# ꯀꯃꯂꯥꯀꯥꯟꯇꯒꯤ ꯀꯣꯔꯕꯦꯛ

# কমলাকান্তগী কোর্বেক

বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

-হন্দোকচবা-

মাইবম তোলেন

Bankimchandra Chatterjee's "Kamalakanter Daptar"
Translated by Maibam Tolen






ফোঙদবী : Published by
মাইবম শশীবালা লৈমা  Maibam Shashibala Leima
সামুসাং লাইরেম্বী লৈরক  Samusang Lairembi Leirak
ইম্ফাল  Imphal

অহান্বা ফোঙবা : First Edition
দিসেম্বর ২০০৯  December 2009

মমল : Price
লুপা ৯০.০০  Rupees 90.00

কোভর গ্রাফিক্স, টাইপ সেট্টিং : Cover Graphics & Type setting
মলয়া লৈমা  Malaya Leima

লাইরিক নম্ফম : Printer
বীর কম্পুটর প্রিন্টিং বার্ক্স  B.C.P.W.,
৮৫ পিদিএ কমপ্লেক্স  85 P.D.A. Complex
লম্ফেলপাৎ, ইম্ফাল  Lamphelpat, Imphal

কচ্চরি

নচানা

লাই্রিক 'সিমত্তং

পলেম পন্থৌ অনিগী

খুয়াখাদা।

## বাংলা সাহিত্যগী নিংথৌরেল
## বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী শন্নগা বারী

বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় ইং ১৮৩৮ জুনগী ২৬ তা ২৪ পবগনাগী কাঁঠালপাড়া কৌবা মফমদা পোকখি। কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না ইং ১৮৫৭ তা লিংখৎলবা মতুংদা বঙ্কিমচন্দ্রনা অহান্বা বি.এ. পাস তৌখি। ইকুই কুইদনা ডিপুটি ম্যাজিষ্ট্রেট ওইনা থবক তৌবা হৌখি। পীক্লিঙৈদগী হৌনা ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তগী চেফোং "সংবাদ প্রভাকব" দা শৈবেং ইবা হৌখি। মথংদা ১৮৭২ ইংদা মশানা "বঙ্গদর্শন" কৌবা থাগী চেফোং অমসু পুথোক্লম্মী। চেফোং অদুদা মহাক্কী উপন্যাস "বিষবৃক্ষ" (The Poison Tree) থেংখাং নাইনা ফোংলম্মী।

বঙ্কিমচন্দ্রনা ইবন্না লাইবিকশিং: দুর্গেশনন্দিনী (১৮৬৫), কপালকুণ্ডলা (১৮৬৬), মৃণালিনী (১৮৬৯), ইন্দিবা (১৮৭৩), বিষবৃক্ষ (১৮৭৩), যুগলাঙ্গুবীয (১৮৭৪), কমলাকান্তেব দপ্তব (১৮৭৫), বাধাবাণী (১৮৭৬), কৃষ্ণকান্তেব উইল (১৮৭৮), আনন্দমঠ (১৮৮২), বাজসিংহ (১৮৮২), দেবী চৌধুবাণী (১৮৮৪), বাবেং লাইরিক ওইনা - বিবিধ প্রবন্ধ, ধর্মতত্ত্ব, কৃষ্ণচবিত্র অসিনা চিংবনি।

ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পনীগী মায়োক্তা মমালৈবাক নিংবা লালহৌবিবা সন্যাসীশিংনা মমা লৈপাকপু খুরুমদুনা 'আনন্দমঠ' উপন্যাসতা শকখিবা ঈশৈনি "বন্দে মাতবম"। হায়নবা লৈ- 'বন্দে মাতবম' আনন্দমঠ ইদ্রিঙৈ মমাংদা ইখ্রবা ঈশৈনি। মথংদা মদু উপন্যাসতা হাপচিনখিবনি। ইং ১৮৯৬ কী কংগ্রেসকী কলিকাতা মীফমদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা মশানা 'বন্দে মাতবম' শক্তুনা মীফম হৌদোকখি। মথংদা ভাবতকী "জাতিগী ঈশৈ" ওইনা লৌশিনখি।

ইং ১৮৯৪ দা বঙ্কিমচন্দ্র তাইবংপান থাদোকখি।

# ৱাহৈ খরদং

বাংলা সাহিত্যগী নিংথৌরেলনি হায়নরিবা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী লাইরিকশিং অয়াম্বদি মীতৈরোলদা হন্দোক্নুনা ফোংখ্রে, তৌইগুম্বসুং বাংলালোনগী মমিং চংলবা নৈনরোয়থিবিক্লা 'কমলাকান্তের দপ্তর' কৌবা ৱাশেম-ৱারীগী লাইরিক অসি বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাস পুম্নমক্তগীসু হেন্না অফবা লাইরিক্নি হায়না ফোংদোক্লবা লৈরম্লবনি, হায়রিবা লাইরিক অসিমদি মীতৈরোন্দা হন্দোক্নুনা ফোংথিদ্রি।

লাইরিক অসিদা কানি থকপা কমলাকান্তগী মায়খুমদা বঙ্কিমচন্দ্রনা মশাগী ৱাংলবা সাহিত্যগী খণ্ড-হৈরবা মতীক ময়ায় ময়েক শেংনা, মকালাম্না, ইচংথৌনা অমদি ফাগিগী মরুমদা লেঙদ্রবা অচুম্বনা লোত্তুনা অণ্ডকপা মওংগী খুৎফোংদোক্লা ইরায় লায়না ফোংদোক্লি। পন্‌বা য়াবদি—তরামাপলশুবা চহিচাদা বাংলা সাহিত্যনা শৈরেং, কীর্তন, পদাবলীগী কোঙ্গোয়দগী নাম্থোরক্নুনা অনৌবা ৱারেংগী শক্তম লাংলকপা মতাংগী অরূবা খুৎইদা- সংস্কৃত বাংলা লোন অনিনা লেঙ্গোম্নদুনা অনৌবা বাংলা সাহিত্যগী খোংকাপ তাম্লকঙে মতম ওইবনা; অদুগীসু মথক্তা ঐহাক্কী পুন্সিগী অহান্‌বা হন্দোকপগী খুৎথাবগী হৌনশা, ৱাহৈগী অশোয়-অরান খিবিক লাকত্রিবা মতমগী মীৎ-নাকোং ওইননবা অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপীরক্লবদি তরাম্না, ফিগাও-শানা, নোম্লুক্লা লৌজগনি।

শামুশঙ, কাৎচুপ লম্বী
ইম্ফাল

মাইবম ভোলেন

## মাতেক্তম তাকপা

# কমলাকান্তগী কোর্বেক

মী অয়াম্বনা কমলাকান্তবু অঙাওবনি হায়নৈ। মহাক ঙাওনিংবতা ঙাওবা, তৌনিংবতা তৌবা তংদু-লৈতাদবা মীশক অমা ওইরম্মী। লাইরিক- লাইশু হৈতবসু নত্তে। ইংরাজীসু খরা, সংস্কৃতসু খরা খঙঙি। অদুবু হৈরিবা মহৈদুনা শেল তানবা ঙমদ্রবা - অদুবু করম্বা মহৈনো? তশেংবদি অচৌ- অশাং, সাহেবশিংবু খনবা তাবনি। শুপ্নগী মমিংখক্তা ইবা ঙম্বা, অচৌ অচৌবা মুর্খ কয়ানা, মখোয়না লৌ ইংখোল লেপশিল্লি — ঐনা খনবদা মখোয়না পণ্ডিতনি হায়বা তাই অদুগা কমলাকান্তগুম্না মহৈ হৈরবা, লাইরিক কয়া কয়া মখোয়না পাদুনসু- ঐনা খনবদা — মখোয়না অচৌবা মুর্খনি হায়বা তাই।

কমলাকান্ত অমুকখক্তি থবক অমা ফংলম্মী। মহাক্কী ইংরাজি ঙাংবা তাবদা সাহেব অমনা কৌদুনা পুখিরম্মী অমসুং কেরানী মচা অমা ওইহল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং কমলাকান্ত থবক অদু তৌবা ঙমখিদে। লোয়শঙদা চংলগা লোয়শঙগী থবক অমত্তা শুরমদে। সবকারগী বোইদা শৈরেং ইশিল্লি-লোয়শঙগী চিঠিশিংগী চেনম্দা শেক্সপীয়ার হায়বা অইবা অমগী ৱাহৈশিং খনগত্তুনা ইশিন্দুনা থল্লম্মী। বিল শানবা চেবাংদা লাই য়েকশিল্লি। নোংমা সাহেবনা থা ফাবগী পে-বিল শানবা কমলাকান্তদা শিন্নরম্মী। কমলাকান্তনা বিল চেবাংদা লাই অমা অসুম্না য়েক্লম্মী — অদুদি মফি থোঙদ্রবা সন্যাসী খবনা সাহেব অমদা ভিক্ষা নীরি, অদুগা সাহেব অদুনা পৈশা অহুম মরি লংশিন্দুনা পীরি। মখাদা ইদুনা থল্লি — মপুং ফারবা পে-বিলনি। অনৌবা মওংগী পে-বিলদু উবদা সাহেবনা কমলাকান্তবু নিংথিনা থেমদুনা মফম লৌথোকপিরম্মী।

কমলাকান্তনা থবক তৌরম্বদি অসি ফাওবতনি। শেলগীসু কা-হেন্না মথৌ তারমদে। মতমদুদা কমলাকান্ত নুপী থিদ্রি। মশাগী ওইনা চাক চখোম অমা অনি

ফংলবা অদুগা কানি (আফিং) তোলা অমবু লৈরবদি অদুম লেনবা য়ারে। মফম অমদা নত্রগা অমদা তাদুনা অদুম লৈথোক্লম্মী। ঐগী য়ুমদসু মতম ফনা কুইনা লৈরম্মী। অঙাওবনি খন্দুনা ঐনা লুনা- চান্না তৌবিরম্মী। অদুবু ঐনসু মহাকপু থম্বা ঙমখিদে। মফম কৈদসু তংদু- লৈতানা লৈরমদে। নোংমা অয়ুক ঙন্না হৌগত্তুনা লাইনিংবা মীগুম ফিঙাং শেত্তুনা কদায়দনো চৎখিরম্মী। কদায়দা চৎখিবনো খঙখিদ্রে, অমুকহন্না মাবু থীবা ফংখিদ্রে। মহাক হৌজিক ফাওবা হল্লকখিদ্রে।

মহাক্কী কোর্বেক অমা লৈরম্মী। কমলাকান্তদি চে মচেৎ অমত্তং তাদুনা লৈবা থেংনরবদি অদুদা করি করিনো পংইদা ইশিল্লি, করি ইরিবনো হায়বসু ভাব তাবা ঙমদে। করি করিগুম্বদা ঐঙোন্দা পাদুনা তাহল্লম্মী — তাবদা ঐনা তুম্মিংবা ফাওই। চে ময়ামদো মুক তৈরবা, মল্লবা, শেগায়রবা ফিজেৎ খরনা পুন্দুনা থম্লম্মী। চৎলমদাইদা কমলাকান্তনা ঐঙোন্দা মহাক্কী কোর্বেক্তু পীরম্লগা চৎখিরম্মী। হায়রমখি- মসি মঙোন্দা খুদোল তম্লবনি।

মমল নাইদ্রবা লল অসি ঐনা কৈদৌনি? অহানবদা ঐনা মৈ কৌবা লাইদা কৎলগে খল্লম্মী। মতুংদা মীওইবগী য়াইফনবগী বাখল থম্মোয়দা কন্না ফাওরকখি। ঐনা খল্লম্মী — মীওইবগী কান্নবা তৌবা ঙমদ্রবা মপোক অদু অরেম্বা মপোক্নি। মসিগী কোর্বেকসিদা তুম্বা য়াদ্রবশিংগী অফবা হিদাক য়াওরি—পাবীরিবা মহাক্তো শোয়দনা তুম্মিংবা ফাওবীগনি। তুম্বা য়াদবগী লায়নানা লাইচুরবশিংগী য়াইফনবগীদমক ঐহাক্ কমলাকান্তগী বারেংশিং ফোংদোকচগে হায়না থৌরাংলবনি।

শ্রীভীষ্মদেব খুৎই- ফজবা

~:০:~

# "শক্লিব'সি কনানো?"

মতম কুইনা কাউস্রবা নুংঙাইরবা মঙলানবু নিংশিংবগুম থোইথুন্নবা ঈশৈগী খোঞ্জেলদু ঐগী নাপ্পদা য়ৈবন্মী। করিগী অদুক খোইথুম্নরিবনো? ঈশৈদু য়াম্না ফজখিবা, অদুমকসু ওইরমদে। খোঙনা চৎলিবা মীনা মদোম মপুক্লিংদা শক- শক্তুনা চৎলি লম্মীথক্তা। থাবলনা চামথোক্লবা অহিংবু উবদা মহাক্কী মপুক্লিং হরাও-মথোই কারন্মী। তশেংবদি মহাক্কী খোঞ্জেলদু নুংশি—নুংশিরবা খোঞ্জেলনা ওসিগী য়েম্লিংথাসিদা মশাগী মপুক্লিংদা মশিং য়ান্নবা অকুপ্পা য়োৎলিনা খোংলিবা ঈশৈ যন্ত্রগী মরীশিংদা খুৎশানা থেংদুনা থীংলুবগুম — ঈশৈগী খোম্থাংদুনা ঐগী থম্মোয়বু নৈহৎপিরম্লিবা করিগীনো?

করিগীনো, কনানা হায়বিগনি? থাবলগী অহিংনি, তুবেলগী তোর্বান্দা থাবলনা ঈপোম হৌরি। ফিজোল তত্থায় থোক্লিবী শকহেনবী কনাগী অতিয়া মচুগী ফিজোলগুম, য়াঙ্গংলবী তুরেলগী শংবানরবা লাইজ ঈচেললা, তোর্বান য়ৈনা থেক্লা-খোয়না চেক্লি, লমজাউদসু হরাও- নুংঙাইবা ওাক্তা, নুপামচা- নুপীমচা, পাখণ্ড- লৈশাবী, মীয়ায় চল্লবী, অহল ওইরবীশিং মেওলবা থাবলদা চাইথজদুনা হরাও- ইপোম হৌরি। নুংঙাইবা ফাওম্রিবদি- ইতোমতনি। অদুবু ঈশৈ অদুনা ঐগী থম্মোয় বীনাদা খোম্থাং য়ৈখিরন্মী।

ঐহাক ইতোমতনি, অদুনা ঐগী হকচাংদা ঈশৈদুনা তিম্থংগী চৈনা ওইহল্লরি। ওসিগী মীয়াম তিঙ্লিবা খুঙ্গংসিদা, নুংঙাইবনা থল্লবা, লোইনাইদ্রবা তাইবং ঈচেল্লক্তা— ঐহাক ইতোমতনি। ঐহাক অসিগী লোইনাইদ্রবা তাইবং ঈচেল্লক্তা তিন্দুনা অসিগুন্নবা পাক্লবা নুংঙাই- ঈপোমথক্কী লাইজ-কোজোল মরীক অমগুম ওইরমম্রিবা করিগীনো? লাইজ মরিক মরিক্লা শেন্নবা সমুদ্র, ঐহাক্লা ঈশিং মরিক অমা ওইনা সমুদ্র'সিদা তিঙ্লুম্রিবা করিগীনো?

মদুদি ঐহাক খঙদে। শুপ্লতগী অসিমতং খঙঙি, মদুদি ঐহাক ইতোমতনি। নদোম লৈগনু কনাসু। করিগুম্বা অতোপ্পা অমদা নহাক্কী নুংশি শরুক তমখিবা লৈত্রবদি নহাক্কী মীওই মপোক্তু অরেম্বনি। লৈরাংদি নুংশিবা লৈনম চেল্লি, তৌইগুম্বসুং লৈনমদু নম্বীনবা লৈত্রবদি লৈনুংশি ওইরম্লোই–নম্বীনিংঙাই ওইবা কয়াৎ লৈত্রবদি মনমসু লৈতে। লৈরাংদি মশা মতোমতগী শাৎপা নত্তে। অতোপ্পগীদমক নহাক্কী থম্মোয় লৈবাংবু শাৎকায়হল্লু।

তৌইগুম্বসুং অমুকখক্তা তাখিবা ঈশৈ অদুনা করিগী অদুক খোইথুম্নহল্লিবা, মদুদি হায়দ্রি। মতম কয়া নুংঙাই-ঈপোম হৌরবা ঈশৈ তাদ্রবনি। মতম কয়া হরাও- নুংঙাই ফাওদ্রিবনি। নহা ওইরিঙেদ, মালেমসিনা ফজরিঙৈ, মতমদুদা লৈরাং খুদিংমক্তগী চেল্লিবা নুংশিবা লৈনম ফংলম্মী। উনা কেনবা খুদিংমক্তা মেঙলবা- থুল্লবা খোঞ্জেল তারম্মী, থবানমিচাক খুদিংমক্কী মায়থোং থোং- নৌনা, চম্মা উরম্মী মতমদুদা নুংঙাইবসু লৈরম্মী। ঙসিগী মালেমসু অদুম্মক লৈরি। তাইবংপানসু অদুম্মক, মীওইবগী লীচৎসু হৌজিক অদুম্মক লৈরি, অদুবু থম্মোয়সিদি হান্নগুম লৈত্রে। মতমদুদা ঈশৈ তারগা হরাওরম্মী। ঙসি ঈশৈসি তারগা অদুঙৈগী হরাও- নুংঙাইবু নীংশিংলকই। তাঞ্জাদুদা- মওংদুদা ফাওখিবা হরাও-নুংঙাইবদু, মদুগী মওং- মতৌগী নুংঙাইবদু নীংশিংলকই। মীকুপ'মগী ওইনা নহা ওইরিঙৈ পুন্সিদা হল্লকখি। অমসুং অসুম তৌনা বাখলনা তিল্লিবা মরুপ-মপিজালক্তা ফম্লম্মী, অমুকসু অদুগুম্লবা মরম লৈতনা খোঞ্জেল হৌনা নোক্লম্মী, কান্নদ্রবা বাহৈনি খন্না হৌজিক্লা হায়দ্রবা, মতম'দুদা কান্নদ্রবা ওইরবসু খোইবাংলবা পুক্লিংনা হায়রম্মী, অমুকহন্না অদুগুম্বদু হায়বা হৌরক্লম্মী। অতৈসু মক্রুবা থম্মোয়না অতোপ্পগী নুংশিববু মক্রুবা অশেঙবনি খন্না পুক্লিংনা লৌরম্মী। ঙাইহাক্তং- অশোয়বনি খল্লুবনি অদুবু ঈশৈদু য়াম্না খোইথুম্নরম্মী। অদুতসু নত্রি। মতম'দুদা ঈশৈ পাল্লম্মী – হৌজিক্তি পামদ্রে। পুক্লিংগী নুংঙাইবা ঈথিলনা পাল্লম্বা'দু অদুগুম্লবা ঈথিলদু লৈতবনা পামদ্রবনি। ঐহাক্কী পুক্লিংদা লুপ্তুনা অদুঙৈ নহা ওইরিঙৈগী যৌবনগী নুংঙাইবা খল্লুবনি – মতম'দুদা হৌপ্রবা নীংশিং মমি চেল্লবা ঈশৈ নাপ্পদা য়ৈরকখি – অদুনা ঈশৈদু অদুক্কী মতীক খোইথুম্নবা ফাওহনখি। অদুগুম্লবা নুংঙাইবদু, হরাও- তয়াম্বদু অতৈ লৈত্রিবা করিগীনো? নুংঙাইবা পোৎচাক্কী অবাৎপা লৈরব্রা? অতোংবা অমসুং অমাঙবা অনিমক সংসারগী চৎনবীনি। অদুবু অমাঙবদগী অতোংবনা হেল্লি–অসিসু চৎনবীনি। নহাক্কী পুন্সি লম্বী অদুক্কী মতিক লাম্থোরক্লিবমখৈ নুংঙাইবা পোৎলম য়াম্না লেপশিনবা ঙমগনি। অদুগা চহিনা বাখলবু

হম্বহল্লিবা করিগীনো? মালেমসিনা অদুগুম্না নীংথিবী ওইনা উবা ফংদ্রিবা করিগীনো? অতিয়াগী থবানমিচাক্লা হান্নগুম ওইদ্রিবা করিগীনো? অতিয়াগী মেঙলবা শংবানরবা মঙাল মকশিল্লিবা করিগীনো? থোংল হানৌনা থল্লবা, লৈরাং নুংশি- লৈনম্ম হারবা, লূরবা তুরেল- লাইজ ঈরিক্ত, য়েম্মিংথাগী মালং- লিরি হুম্বনি হায়না নিংলম্মী। অদু হৌজিক্তি লৈকুপ- লৈঙোইনা কুপ্লবা লৈকংলানি খল্লিবা করিগীনো? শুপ্নগী মচু শংলবা লিক্লি লৈতে খন্দুনা তৌবরা? পামজবদি মচু শংলবা লিক্লিদুনি। যৌবনগী মতমদা ফংখিবা নুংঙাইবদি খজিক্তনি, তৌইগুম্বসুং নুংঙাইবগী নিংলুবা আশাদি চাংদম্লি ঙাই লৈরমদে। হৌজিক্লা নুংঙাইবদি হেন্না ফংলে, অদুবু তরং- মালং শিনথুংলম্বা আশাদি কদায়দনো? মতমদুদা করম্না করি ওইবা খঙলমদে, য়াম্না আশা চাউরম্মী। সংসার ফম্বাল তোংলুবদগী হৌজিক্তি খঙলে, হৌখিবা মফম অদুদা অমুক হন্না হল্লকপা তাবনি। হৌজিক পুক্লিংদা ফাওরি— চঙশিল্লিবা অসিদি উঙদুনা লৈবা ওইরম্লে। হৌজিক খঙলক্লে সংসার ঈপাক্তা ইরোয়বা হৌরুরবদি ঈথক-ঈপোম খুদিংমক্লা পীবা তুংহন চৈথেংনা ঐবু হান্নগী তোর্বান্দা থম্বীরমগনি। হৌজিক্তি খঙলক্লে, উমং অসিদা লম্বী লৈতে, তম্পাক অসিদা লাঈজ- ঈকোন লৈতে, তুরেল অসিগী তোর্বান লৈতে, সমুদ্র অসিগী ঈথৎ লৈতে, অমম্বসিদা থবানমিচাক থোক্তে। হৌজিক্তি খঙলে লৈরাংগী লৈকাদা তীল পকই, থোংলবা উরীসু তিংখং পাল্লি, অতিয়াসু লৈচিন থাংই, লুরবা তুরেলগী লাঈজসু ঈরে লৈ, হৈরাংসু হু চেল্লি, লৈকোন্দসু লিন লৈ, মীওইবগী থম্মোয়সু মদোমতবু নুংশিজে। হৌজিক্তি খঙলে— উপাল খুদিংমক উহৈ পান্দে, লৈবাং খুদিংমক লৈনম চেন্দে, লৈচিল পূম্নমক নোং নত্তে, উমং খুদিংমক্তা চন্দন হৌদে, শামু খুদিংমক মুক্তা চেন্দে। হৌজিক অতৈসু খঙলে লুপাসু হীরাগুম্না মঙাল লৈ, পিপ্লাইসু সনাগুম্না লংই, লৈনাংসু চন্দোন থিনবা য়াই, শেঞ্জেংসু লুপাগুম মখোল নুংশি, অদুবু করি হায়গে খল্লম্বনো কাউথোকখ্রে। মদুগী ঈশে খোঞ্জেলদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী, অদুবু অমুক অনীরকশুনা তাবা পাম্লমদে। মদু মীওইবগী থৌনাউদগী থোকপা ঈশৈনি, অদুগুম্না সংসারসিদা ঈশৈ অমসু লৈরি, সংসারগী মহাও খঙলবা মীশিংতনা মদু তাবা ফংই। অদুগা ঈশৈ অদু তানিংবনা ঐগী পুক্লিংসু লাংতক্লরি। ঈশৈ অদু তাবা ফংলরোইদ্রা? ফংখিগনি-তৌবতবু যন্ত্র কয়াগী খোম্থাংনা পুল্লবা, খৌনাউ কয়াদগী থোক্লকখিবা অদুঙে হাম্না তাপ্পবা সংসার ঈশৈ অতৈদি তাবা ফংলরোই। মদুগী শৈশকপশিংদু লৈত্রে, মদুগী চহিসু লৈত্রে, মদুগী আশাসু লৈত্রে তৌইগুম্বসুং মদুগী মহুত্তা তারিবখিবিকসি, অসিনবু হেন্না নুংঙাইরি। পাম্বে লৈতবনা

শুপ্লগী ঈশেগী খোঝাংতনা নাপথিংনা পুক্লিং লুপ্লা তারি। নুংশিবদি সংসার শিনথুংনা লৈ, ঈশ্বরদি নুংশিবনি। নুংশিবতনা ঐগী নাপদা য়েরিবা সংসার ঈশেনি। লোইনাইব্রবা মতমদসু মসিগী হেন্নথোইরবা শৈহেক্লা লোয়ননা মীওইবগী থম্মোয় শিংলি- নাওরিদা নিন-খোংদুনা লৈরসনু। মীওইবা জাতিবু ঐনা নুংশিজবা গুল্লবদি অদুদগী হেন্না ঐহাক্কী নুংঙাইজবা অতে অমুক পামজদ্রে।

- শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্তী

~:০:~

# তাইবং উহৈ

কানি চিংশিল্লুবগী চাং খরা হেঞ্জিল্লুরবদি মীওইবা পুন্নমক উহৈ অমগুম ঐহাক্কী ৱাখলদা ফাওই, সংসার উপালগী মায়াগী লৈখোক্তা য়াম্দুনা লৈরি—হৈমুন ফাবগা কেনখিগদৌবা ঙাক্তনি। অয়াম্বদি হৈমুন ফাবা ঙমদে, খরা অমনা মতম য়ৌদনা কেনখিবা যাওই। খরা অমনা তীলনা চাথোকখি, খরা অমনা উচেক্না চিকথংলম্মী। খবনা কংদুনা কেনখিরম্মী। খরদি মমুন ফানা মুল্লগা নিংথিনা লৌখত্তুনা গঙ্গাগী ঈশিংদা চান্নগা লাইদা কৎলি নত্রগা ব্রাহ্মনশিংবু পীজে—মখোয়শিংদুগী উহৈগী মপোক নত্রগা মীওইপোক মহৈ য়াল্লে। অতোপ্পা খরনা হৈমুন ফারগা উপালদগী লৈমায়দা কেন্দুনা লৈ—লমহুইনা চায়। মখোয়শিংদুগী মীওইপোক নত্রগা উহৈগী মপোক অরেম্বনি। কয়া'মনা অখাবা, অফকপা—তৌবতবু মদুনা মমল নাইদ্রবা হিদাক ওইনা শীজিন্নে। কয়া'মনা হু চেল্লি, চারুবা মী'দু শি। অদুগা খরা অমদি চাবা য়াদবা—য়েংবদদি তয়ালগুম মফজে।

করিগুম্বদা উইকম উইরুম য়েংবদা উবা ফংই মদুদি — তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপকী মীওইশিংসি তোঙান তোঙানবা মখলগী উহৈগুম্বনি। ঐখোয় লৈবাকসিদা হৌজিক্কী অচৌ-অশাংশিংসি মীওইবা কাঙলুপতা থৈবোং ওইনা উবা ফংই। খরনা অফবা মহাও লৈবা, খরনা য়াম্না অপেৎপা, অতৈ অহান্বা খরনা মণগী মচিঞ্জাক ওইনৈ। খরনা হৈজিং ফাদুনা মুল্লি, খরনা হৈজিং ফাদনা অদুম মুন্দনা লৈ। কয়া'মনা হৈজিং ফারক্তুনা মুন্বা নংগ্রিঙৈদা মালেমগী হিংচাবা- হিংচাবীশিংনা হেক্তুনা এঙ্গাং থোংদুনা চাথোকপী। অদুগা মুল্লবদি লমহুইনা অমুক চাথোকপী। পাম্বীদু শম্বল খাদুনা থম্বীবা ওইরবদি ফরে, অৱাংবা মশাদা পাল্লম্বা ওইরবসু মফরে, নত্রবদি লমহুইনা করিনো'মা তৌদুনা চাথোকখিগনি। লমহুইশিংসি খরনা মন্ত্রীনি, খরনা সেক্রেটরী, খর'মনা শীল্লাংবা মী, খরনা ওফিসারনি—অদুগা খরনা য়াইফ থৌজালবীবা কাংবুনি। মখোয় ময়ামশিংদগী নাম্ছোক্তুনা মুল্লবা থৈবোংনা য়ুম হেক য়ৌবদা, হয়িং ময়াম

পাইশিল্লক্তুনা ড্রুং ড্রুং ঙংবা হৌরক্লনি। হয়িংদি থৈবোং চাদে, মখোয়দি মচুম খজিক্তং ফংজবা পামজবনি। হয়িং অসিমদি মচানিঙোল থাজবগী অব্রাবা মায়োক্লরি, মঙোন্দা মচুম খজিক্তং পীবিরম্মু। মসিনা মমা লৈখিদবগী অব্রাবা তারি, মঙোন্দসু মহী-মচুম খরা পীবিরম্মু। অসিনা লাইরিক অমা ইখ্রবনি- মচুম খজিক্তং পীবিরম্মু। অসোমগী'সিনা পুকচাক পুনবা পাউ-চে পুথোক্লি। মঙোন্দসু মচুম খরা খিকপীরম্মু। হয়িং অসিনা থৈবোংগী মনেগী মতৈহনগী মচাগী মশেন নুপাগী মচানি — চাবা ফংদ্রে। মহী মচুম খরা পীবিরম্মু। হয়িং অসিগী য়ুমগী মহে তম্ফমদা মশীং তরামরি ফানিংচিং ওইরবা মহেরোয় লৈবনি — মঙোন্দা মহী মচুম খরা পীবিরম্মু। অমরোমদা থৈবোং য়ুমদা থম্বসু ফত্তে, পুমদুনা মনম চেল্লক্কনি। ঐহাক্লা খনবদা, থৈবোং থুগাইরগা ঈশিং য়াওদবা শঙ্গোম্না ক্ষীর হৌদুনা কমলাকান্তগুম্বা অফবা ব্রাহ্মনদা পীজবনা হেন্না ফগনি।

ঐখোয় লৈবাক্কী সিবিল সার্বিস তৌবিরিবা সাহেবশিংসি মীওই- কাংলুপলক্তগী ঐহাক্লা হৈনৌ ওইনা খল্লি। ঐখোয় ইরৈপাক'সিদা হৈনৌ লৈরমদে। সমুদ্র ব্রাংমদগী কনাগুম্বা অথোইবা মীওই অমনা কান্নরবা উহৈ অসি ইরমদম'সিদা পুবিরকখিবনি। হৈনৌদি উবদা পুমঙাং ঙাওই, লুকমাইবু মঙাল হাপ্লী। শংলিঙৈদা য়াম্না শিল্লি, মুল্লবদি মহাও থোকই তৌবতবু শিন্তক তৌবদি অদুম য়াওই। হৈনৌ মখল খরদি মুল্লবসু অদুম শিল্লি। তৌইগুম্বসুং তুপ তুপ লাওনা পুমঙাং ঙাওই, অয়োনবনা তাং তৌদুনা মমল ব্রাংনা য়োনবা ঙমই। হৈনৌ মখল খরদি — শঙলিঙৈদসু থুম্মী, মুল্লগা মহাও ব্রাংলি। খরা অমনা উবদা অমুনবা মাল্লি। মখোয়দুদি থুম তোংলগা আচার শেম্বনা হেন্না ফৈ।

অয়াম্বা মীনা হৈনৌ চাবা হৈতে। পাম্বীদগী খুদক্তা হেক্লগা চাবীগনু। মদু ঙাইহাক নোল্লুকপা লাইজদা তীঙদুনা ইংথহল্লু। ঙল্লবদি লাইজদুদা মোইথেম ব্রাহৈগী উনমরিক খরতং চাইশিনবিয়ু। য়াম্না ইংথখিগনি, মথংদা — থাঙ থাদুনা নীংতম্না মহাও থোক্লা হানবা তৌবিয়ু।

নুপীশিংবু চংনবী ব্রাহৈদা লফুপাম্বীগা চাংদম্নে। তৌবদি মদু অদুম হায়বগী ব্রানি। লফোইগা মালেম শুন্দ্বাংগী নুপীশিংগা ঐহাক্লা উবদা থোইনা মান্নবা অমত্তা উদে। নুপীবু লফাং লফাং পানব্রাও? কনাগী মরাইবক্তা পাল্লবসু পানজসনু, কমলাকান্তগী মরাইবক্তদি ওইথোকত্রে। লফোই অমসুং নুপীশিংসি অসিফাওবদি

মান্নে—মদুদি অনিমক য়োংনা পান্মী। নুপীশিংগী মগুন অসি লৈববসু লফোইগা মখোয়গা চাংদম্নবদি ঐহাক য়ানিংদে। মাইকৈ অমরোমদা মচিন কনবা খয়না নুপীশিংবু তয়ালনি হায়না চাংদম্নে। মীকপ্ত মখোয়না হায়বদু হায়জসনু। ঐহাক্তি মখোযগী মীনাইগুম্বনি। ঐহাক্তি মদুমক্তি হায়ররোয়। ঐহাক্না হায়বদি —সংসারসিদা নুপীশিংসি য়ুবীগুম্বনি। য়ুবী অয়াম্বা চরোং চরোং পাল্লি অদুবু (ললোনবা নত্রবদি) পুল্লপ পুল্লপ হেক্পা তৌদে। কনাগুম্বনা তরানিথোইনি পানবগী পার্ণাগী* হায়জরুবদা, নত্রগা শজিবু থাদা ব্রাহ্মন সেবাগীদমক্ত অমা-অনীগুম্বা হেক্লবা য়াওই। চরোং-চরোং হেক্লুনা চাবগী মবালনা লংজবা কনাগুম্বা অমা লৈরবদি মদু থায়নগী ব্রাহ্মনশিং ওইরম্বা য়াই। কমলাকান্তদি অদুগুম্বা মরাল লংজবা করিনুংদসু ওইখিরমদে।

য়ুবীনা উপালদা পাল্লিগুদা ওইবা মওংগুম তাইবংগী য়ুবীশিংসু চহি মতুং ইন্না শক্তম য়াম্না অহোংবা ওই। য়ুবীগী মহীগা নুপীগী মীনুংশিগা মান্নবা উবা ফংই। অনীমক য়াম্না তনিক তনিক থম্মোয়বু ঈংহল্লি। নহাক্না সংসারগী নুংশা মৈশাদা চাকথেক্লুনা, ব্রাবনা শদৌ থোংলবদা য়ুমগী মরুমদা ফমদুনা ঙাইহাক হংচিক লাংলগা ঈংলবা লাইজদু খজিক্তং ফংবিয়ু অবা মৈশা লোয়না কোক্লনি। নহাক্কী শারবা-লমতাদা নত্রগা মকপ কায়নরবা শজিবুদা — নহাক্কী পুল্লি বসন্তনা মীয়ায় চল্লক্লবা নত্রগা অনা-হেদো-নাহেনা য়াচংলক্লবদা অতৈ করিনা নহাক্কী থম্মোয়বু ইংহনবা ঙমগদগে? ইমানা লুনা- চান্না তৌবা, নুপীগী নুংশিবা, ইচানুপীগী মপা নীংবা, নোল্লুকপা, পুল্লিগী অবা-মৈচাক অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা করি অমুক লৈরিবগে? কালেনগী শাববা নুংশাদা য়ুবী ডাব মহীগুম্বা অতৈ করম্বা লৈবগে?

অদুগা খরা লীবক্লবদি মহীগী মহাওদা মযাক কনবা হেল্লকই। রামাগী মমানা লীরক্লবদা কল্লবা ময়াক অদুনা হেনখিদুনা রামাগী মপা ময়ুম থাদোক্লুনা চৎখিবম্মী। মরমদি য়ুবীদি নৌরিগুদা মীনা হেন্না পাম্নে।

য়ুবীগী মতোং, নুপীগী লৌশিং। য়াম্না নৌরিগুদা অমত্তা য়াওদে, ডাব ওইরকপা মতমদা থোংলি, খোইথুম্নে, লীরবদি য়াম্না কল্লি, য়ানা চীকপা কনাগী মতীক্লো? মতমদুদা মখোয়বু য়ুম্নুরেম্বীনি হায়নৈ। য়ুম্নুরেম্বীদি মহাও চেল্লি, অদুবু য়াখুন তাদে। মায়কৈ অমরোমদা মচানুপীনা ঙাইরি মমাগী লৈতেং উপুদগী শকক খবা

---

*পার্ণা : একাদশী ব্রত তৌরগা মথংগী নুমিত্তা লাইগী লুক ফংবা

কাইথোকপগীদমক — অদুবু অরিবীগী মতোংদু অদুগী মতীক কল্লি — মচানুপী ময়া কুমথিরম্মী। অরিবীদুনা নুংশিদুনা নাইন মচা'মা পীবিরে। মচাসু মমাগী শেনগাওদগী শরুক খরা লৌগদবগী ঙাইরম্বা য়াই, অরিবীদুনা নুংশিবিদুনা সিকি অহুম-মরি লৌথোক্লুনা পীবিরে। মপুরোইবসু অহনথংদা ললোন-ঈতিক তৌনিংবা ফাওরক্লে, অহল ওইবনা শেনসু লৈতবা। শেন য়াওদনদি ললোনবা য়াদে। অরিবীগী শেনগাওদা মীংয়েং তারক্লে। হৌনবী মতৌদা কল্লবা ৱাহৈ মঙা-তরানা অহলগী ময়া কুমহল্লে। অরোইবদা খরদং লৌথিবা লৈরবসু য়ুবী মতোং তুমহনবগী মতীক লৈরোয়। লৌথিবা শেন শিংত্রিবমখে চাবা তুমদবগী লায়নানা অহীং তুম্বা য়াহন্দে।

মথংদা মনুংগী অথাবা মকু মসি নুপীগী মহৈনি। মকুদু মচেৎ-তঙ্খায় নত্তনা মপুং ওইনা পাক উবা ফংদে। মদুগী কান্নফম কয়া লৈতে —নুপীগী মহৈসু অদুগুম্বনি। মেরী সমরবিল কাংলোন (বিজ্ঞান) ইরম্মী, জেন অষ্টেন নত্রগা জর্জ এলিয়ট উপন্যাস ইরম্মী —ফনসু ফখি অদুবু মকু'দুগী চানবা চাংদনি।

য়ুবীগী মপানগী কুয়োম (মকু) —নুপীগী শক্তম। কুয়োমদুনা য়ুবীগী মপানগী শরুক্তি —নুপীগী শক্তমসু মপানগীনি। অনিমক কান্নদবা ঙাক্তনি। থাদোকপনা হেন্না ফৈ। তৌবতবু য়ুবী মশিংনা অফবা থৌরি শাই, অদুনা জহাজ ফাওবা পুনবা য়াই, নুপীগী শক্তমগী থৌরী অচৌবনা জহাজ কয়া পুনখিরম্মী। নখোয় য়ুবী থৌরীনা জগন্নাথকী কাং চিংঙি —নুপীগী শক্তমগী য়ুবী থৌরীনা অচৌ-অশাং কয়াগী পুক্লিংগী কাং চিংলি। কাং চিংবা থিংনবগী চৎনবী লৈরক্লবদি, মদুদা অসিগুম্লবা কাং চিংবা লেপহনবা ঙম্লবদি, মীহাৎ-মীপুন অয়াম্বা লৈরক্তবা য়াই। য়ুবী থৌরীগী কোঙ্গোয় ঙকশমদা হুক্লুনা কদায়দা কনা শীথিবগে হায়বদুদি ঐহাক খঙদে, অদুগা নুপীগী শক্তমগী থৌরী কোঙ্গোয় ঙকশমদা হুক্লুনা থৱায় থাখিবা মীশিংদি কনানা মশীং থীবা ঙমগদগে?

উপালগী য়ুবীগা সংসারগী য়ুবীগা ঐহাক্তা য়েক্লুরম্মী মদুনা লাইবকথিরবা ঐসে অনিসিদগী অমা ফাওবা ফংবা ঙমখিদে। অতোপ্পা উহৈদি কাচি-কারোংনা হেকপা য়াই, অদুগা য়ুবীদি পাম্বীদা কাদ্রিবমখে হেকপা ঙমদে। পাম্বীদা কাবা তারবসু খোঙদা থৌরী পুল্লগা কাবা তাবনি, নত্রগা মীবু মোইথেম তৌদুনা শীজিন্নগদবনি। মীবু মোইথেম তৌরুরবসু ঐগী লাইবক্তদি য়ুবী ফংবা মরেখিদ্রে। ঐগুম্বা মীনা অদুগুম্বা উপালদা মদুগুম্বা শক-চুগী কাচি-কারোংনা য়ুবী হেকপদি ঙম্মী অদুবু কেল্লকপদা

ঙকশমদা তারকনি হায়বগী অকীবা ফাওই। নুপী কয়া, নুজা কয়া, শকহেনবী কয়া, অমুবী কয়া কমলাকান্তবু মপুরোইবা ওইগে হায়রকপা য়াই —অদুবু মীগী মচানুপীবু ঙকশমদা য়াম্দুনা য়ুম লীংবা-ঐগুম্বা লাইরবনা ঙম্লরোয়। মরমসিনা হুন্দকী মপোক্কী ওইনা খুরুমজদুনা য়ুবী কৌবী উহৈসি মহেশ্বরদা কখোক্লবনি। মহাক মোংফমদসু লৈবনি, অদুগীসু মথক্তা হুসু থকপ্লবনি —উংকুম্বা য়ুবীনা মহাক্কী করি কান্নগনি?

ইরমদম'সিদা মীওই কাংলুপ অমা হুন্দক উবা ফংলি- মখোয়বু লৈপাকনিংবনি হায়না মমিং চংলি। লৈ ওইনা শাংলকপদা, উবদা য়াম্না নিংথিজে। চবুন- চবুন, পুমঙাং ঙাংনা পাম্বীগী মঙাল ফুদোকহল্লি। তৌইগুম্বসুং মরু কোক্লবা মশাদা অদুক হেন্না ঙানবদি ঐদি য়েংবদা কয়া নুংঙাইতে। মনা খরদংনা য়োল্লবসু খরা ফগদৌবা, লৈনা মরক্তগী অঙাংবা লৈরাং শাংপদুদি য়েংবদা মফজে। লৈদুসু লৈনম চেন্দে, থোং- মেঙবসু য়াওজদে, অচৌবা অঙাংবা লৈঙাক্তা চবুন- চবুন শাংলি। লৈনা কেনখিদুনা মহৈ ওইরকপা মতমদা খরদি শেন্দোং তানবা ঙমগনি হায়না খল্লম্মী। অদুবু মদুদি ওইখিদ্রে। লমতাগী শারবা নুংশাদা লফোইগুম্লবা মহৈদু পোখায়দুনা মদুনা পাইথোরকপা তেরা মকুপ্না লৈপাক সরা শল্লি।

কলেজগী ওজাশিংনা সংসারসিদা শগোলহিদাক মপাললনি। চাউর- চাউরবা মীংথোলনা অচৌ- অচৌবা ব্রাহে লৈতেংনা মখোয়গী চাউ- শাংলবা লৈরাংশিং শাংলি। মহৈদি তিংখংনা থল্লবা শগোলহিদাকনি। ঐহাক মতম কুইনদগী য়েন, শা-চাদুনা হিন্দুগী মপোক শেংদোক্তে খল্লম্বনি। অদুবু তোল্লবা ঐহাক শগোলহিদাক্কী তিংখংগী চৈনানা ঙল্লমদে। মাগী মগুন হায়ববু অসিনি, শগোলহিদাক্লা অঙাওবদা ঙাওবগী চাং হেনহল্লি, গঙ্গা থক্লগা নিশা পান্দ্রবদি গঙ্গাদুদা শগোলহিদাক মরু অনীতং হাপচিনবিয়ু। ঐনা খংজবদা অসিনা ওইবা য়াই, বাংলাগী অইবশিংনা মশা- মশানা ইবা ব্রারেং মরক্তা হায়রিবা ওজাশিংগী ব্রাহে অমা-অনী লৌদুনা তপশিন্দুনা হাপচিল্লি। ব্রারেং গঙ্গাদুদা শগোলহিদাক্কী ব্রাহে মরুনা অপাবশিংবু নিশাদা ঙাওহল্লি। অদুগুম্লবা নিশাদা ঙসিগী বাংলাগী লমদম মথুম- মরাং হৌহল্লে।

ঐখোয় লৈবাক্কী অইবশিংবু ঐহাক্লা মঙ্গেনি হায়না খল্লি। মশাগী মরল- মথুম করিসু লৈতে ইহাং হাংই, শঙ্গোম ফাওবা ফমহল্লি। মগুন হায়বদা অশিনবনি। অদুসু চুম্নগী নত্তে, ফংখিদ্রবা অশিনবনি। অতোপ্পা মগুন অমনা মাগী মশাগী উদি- কল্লি। মঙ্গে পাম্বী উ অফবনি হায়নদে অদুবু নৈনবগী মৈরাদা ফজনা চাকই। তশেংনা হায়রবদা

মঙ্গেগুম্বা ফংখিদ্রবা পোৎশক ঐহাক তাইবংপান্দ উবা ফংদ্রি। খজিক্কং চারুরবসু চাবা তুম্বা ঙমদে, অদুনা অশিনবা থগোকই। কাহেন্না চারুবা মীদুদি মপুন্সি চুপ্না অশিনবা থগোকপা লায়না চেপ্লি। সাহেব ওইরবশিং, টেবলদা ফমদুনা গ্যাসকী মৈ থান্দুনা, ফয়জু খানসামা (চাকথোংবা) না থোংবা, চামচ পায়দুনা লুক হাবা মখোয়দি মদুদগী নাথৈগ্রবনি, মঙ্গেগী অশিনবা মনাক নকখিদ্রবনি। হৌবদগী লোইবা ফাওবা ঙাদা- মঙ্গে থাক্তুনা থোংবনা লুক হাদ্রবনি। অদুগা খাংপোকশঙদা ফমদুনা, হৱাই মহী লাংনা থোংবা মনে- পদীগী অথোংবা চারিবশিংদু মখোয়দি কয়াদা অৱাবনো! ইনে পদী, শেংলবা শাগেগী নুপীনি, অয়ুক ঙন্না চাইথজে, মশাদা নামাবগী ইশ্লি, মখুৎতা তুলসী শরেং অদুগা শগোলহৱাই অমসুং ঙাদা মঙ্গে থাক্তুনা থোংবা নত্তনা অতৈ অমত্তা হৈতে। ফয়জু পাগল ওইরবসু থোংবদি অমৃতনি।

অতোপ্পা তাইবং উহৈ অমগী ৱাফম খরা হায়রগা পোত্থাজরগে। ইরমদমগী মাইবশিংসি করম্বা উহৈনো অমুক্ত হায়বিয়ু। শাওবিগদবা মহাক শাওবিয়ু —ঐহাক অশেঙবা ৱা হায়জগে। মখোয়সে মাইরেলনি। য়ুমথক্তা থাগৎলবদি অৱাংবদা পাপ্লে, নত্রবদি লৈবাক্তা থরো-থরো ওল্লি। অপাম্বা, অৱাংবা মফমদা থাগৎপিয়ু। নুংশিং খজিক্কং শীৎপদা মরিদু লৈখাদা য়ৈথবীরমগনি। অয়াম্বদি মাইথোঙসু মাইরেলগুম মগুনসু মাইরেলগুম্বনি। অদুগা মাইরেল হৌজিক মখল অনি শুরে। হান্নগী মাইরেল হায়বসি বিলাত রোমদগী পুরকপা মাইরেল নত্তে। ইরমদমগী মুচিনা শাবা থোংউপসু বিলাতী থোংউপ হায়নবা লৈ, অদুগুম্বনি। বিলাতী মাইরেলনা চাওথোকচবা খরা হেল্লি হায়বসি হায়মনবা থোক্লোই। তাইবং লৈকোন্দা অতোপ্পা উহৈ কয়াসু লৈরি, মখোয়দুগী মরক্তগী থ্বাইদগী কান্নদবা, মওং চাদবা, অশিনবা........।

শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্তী

~:০:~

# তীল

নসীবামবাবুগী মী ফম্ফমকাদা মিংশেল চল্লবা পোদোনগী মৈয়ানা ঙাল্লি-মনাক্তা ঐনা চীবোল হৈবা অচানবা শাদুনা ফল্লি। বাবুনা কাঙলূপ খায়দোক্লবগী ৱারী শাবি—ঐনা কানি (আফিং) চিংশিন্দুনা উইদুনা লৈরি। কাঙলূপকী ৱাফমদা নুংঙাইতবা ফাওদুনা কানিগী চাংসু হেনখিরম্মী। বিধাতাগী নোংদম্লি। য়েলহৌফম লৈত্রবা, ঙমখে নাইদ্রবা পাক্ল-মালেমগী থৌবম-থৌদা মতুংইন্না তরামাপলশুবা চহীচাদা পোক্লবা কমলাকান্ত চক্রবর্তীনা ঙসিগী অহীংসিদা নসীবামবাবুগী মী ফম্ফমকাদা ফমদুনা, কানিগী চাং খবা হেঞ্জিন্না চিংশিনগনি তমখিমাল্লে। মরম অদুনা হায়রিবা অসি তৌবা লক্তনা ঐনা মদু অমুক থৈদোকপগী কবি ইতীক লৈবগে?

উইনা- উইনা ঐনা উবম্মী মদুদি- তীল অমা পাইবক্তুনা মৈঙালবু কোয়দুনা মখোল থোক্লা পাইদুনা লৈবি। ঙুং ঙুং মখোল থোক্লি। কানিগী ময়াইনা উংদুনা খল্লম্মী—তীলগী মবোলসি খঙবা য়াবোইদ্রা? ঙাইহাক না থাঙ্গত্তুনা তারম্মী, করিসু খঙবা ঙমদে। পুক্লিংনা তীলদুদা হংলম্মী- "নঙনা ঙুং ঙুং ঙংলিবসিবু করি ৱা হায়বিবনো- ঐদি কবিমতা খঙবা ঙমদ্রে"। মদুদা খঙহৌদনা কানিগী থৌজাল্না অথোইবা নাপদা তাবা ফংলম্মী। তীলনা হায়বক্লম্মী—"ঐ মঙালগা ৱারী শান্নবি, নহাক তুমিন লৈযু"। মদুদগী ঐহাক তুমিন্না লৈদুনা তীলগী ৱাহৈশিংদু তাবা হৌবম্মী।

তীলনা হায়বকখি—য়েংবিযু, মঙাল ইবুংঙো, নহাক হান্নদি ফরম্মী- পিথ্রাইগী থাওমৈ মখোঙদা লৈবাক্কী পোদোন্দ ঙাল্লম্মী—ঐখোয় নিংতম্না চাক্তুনা শিজরম্মী। হৌজিক্তি লিক্লিগী কুয়োমনুংদা চঙদুনা লৈখ্রে—ঐখোয়না কোইপাই পাইদুনা লৈরে, চঙজফম লম্বী লৈত্রে, চাকহন্দুনা শিবসু ঙমদ্রে।

য়েংবিযু, চাকহন্দুনা শিবগী ঐখোয়গী বাইট লৈ, ঐখোয়গী মতমপুম্বগী হক্লি।

ঐখোয় তীলগী জাৎনি, য়েলহৌঙেদগী মৈদা চাক্তুনা শিজদুনা লাকপনি, করিগুম্বা কনামত্তনা অথিংবা পীরমদে। থাউগী মৈঙাল, পোদোনগা মৈঙাল, শীঙগী মৈঙাল মৈঙাল অমতনা কৈদৌনুংদসু অপনবা পীরকখিদে। হে প্রভু, নঙ করিগী লিক্লিনা খাজিন্দুনা লৈরিবনো? ঐখোয়দি লাইরবা তীলনি, ঐখোয়দা শিমিন্নবগী অথীংবা বায়েল থম্বিবা করিগীনো? মৈনা চাক্তুনা শিবা ফংহনব্রিবা ঐখোয়বু হিন্দু নুপীরা?

য়েংবিয়ু, হিন্দু নুপীশিংগা ঐখোয়গা য়াম্না খেন্নে। হিন্দু নুপীশিংদি অনীংবা অপাম্বা লৈরিবা মখৈ কৈদৌনুংদসু মৈনা চাকহন্দুনা শিনিংদে। হান্না লুপ্ত্রা ওইরবা মতুংদা শিজগে খনবনি। ঐখোয়দি মতমপুম্বদা ইশাবু কথোকপা পামজবনি। ঐখোয়বু নুপীগা চাংদম্নরিব্রা?

ঐখোয়গুম্না নুপীশিংসু ফজবা শক্তম মৈরি উবদা তশেংনমক্কী চোংশিল্লি। মহৈসু অমতনি ঐখোয়সু চাকহল্লি- মখোয়সু চাক্তুনা শিজে। অদুবু য়েংঙু, মদুগী মৈচাক্তুদা মখোয়গীদি নুংঙাইবনি, ঐখোয়গীদি করম্না নুংঙাইরিবনো? ঐখোয়দি শুপ্নগী চাকহনগে খন্না চাকহনবনি, শিজগে হায়না শিজবনি। নুপীশিংদি অদু ঙম্ব্রা? অদু ওইরবদি ঐখোয়বু করিগী মখোয়গা চাংদম্নরিবনো?

তাবিয়ু, চাক্লিবা মৈঙালদা ইশা কখোক্তুবদি হকচাং অসি করিগীনো? অতোপ্পা জীবশিংনা করি খনগনি, মদু ঐদি হায়বা ঙমদ্রে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি তীলগী কাঙলুপনি, ঐখোয় খনবদা লাম্বা ফংদে —হকচাংসি করিগীনো? অসিনা করি তৌগনি? নোংমা কাংদনা লৈরাংদগী খোইহী চুপ্লি, নোংমগী লেপ্তুনা মালেম্বু নুংঙাই- ঈনোং হাপ্লিবা নুমিৎকী মঙালদা চাক্তারি- অসিদা করি নুংঙাইবগে? লৈগী হান্ন- হান্নগী লৈনম, খোইহীগী অদুম হান্নগী মহাও, নুমিৎকীসু অদুম হান্নগী মঙাল। মদুমুক কান্নদ্রবা, মল্লবা, অঙকপা ফাওদ্রবা তাইবঙপান্দা লৈরিবরা? লিক্লীদগী মপান্দা থোরক্লো, চাক্লিবা মৈঙালদা ইশা কৎথোক্লগে।

য়েংবিয়ু, ঐগী পীক্লবা ভিক্ষানি —ঐগী থবায় নঙোন্দা কৎথোক্লগে - লৌবিরোইদ্রা? পীবখক্তনি, লৌগদবা লৈতে। মদুদা করি মাঙজবগে? নঙদি মৈঙাললনি, চাকহন্নবা পোকপনি, ঐনা তীলনি, চাক্লনবা পোকপনি। লাকপিরো, মশা- মশাগী মথৌ পাঙথোকমিন্নসি, নহাক্লা নোক্তুনা লৈয়ু- ঐনা চাকহল্লগে।

নঙদি মালেম্বু মাঙহন'ঙম্বনি- তাইবঙপান্দা নঙবু অথীংবা পীবিনবা কনাসু লৈতে —নঙ লিক্লী মনুংদা করিগী লোৎতুনা লৈরিবগে? নঙনা মালেমগী খোঙচৎতা

মরু ওইহৈরিবনি —কনাবু কিদুনা লিক্লী মনুংদা লোৎতুনা লৈরিবনো? তোল্লবা কনানা কুয়োম অদু শারল্লিবনো? তোল্লবা কনানা নঙবু কুয়োম মনুংদা হাপ্পল্লিবনো? নঙদি মালেমশীন্না লৈবনি। লিক্লী থুগাইদুনা ঐগা উনবা য়াদ্রবরা?

নহাক করিনো? মদু ঐদি খঙদে —ঐ করিমত্তা খঙদে, মসিখক্তদি ঐনা খঙঙি মদুদি —নঙ ঐগী পামজবা পোৎশক্কি- ঐগী ৱাখলগী লাইনীংনি, আশাগী মঙলাননি, পুন্সিগী নীংজবনি —শিরবা মতমদা চঙজফমনি। নঙবু কৈদৌনুংদা খঙবা ঙম্লোই, খঙবসু পাম্লুদে- খঙলুবা নুমিৎতুদা ঐগী নুংঙাইবা লোইখিগনি। পাল্লিবা পোৎশী অশেংবা শকওং হান্না খঙলবদি কদায়দগী নুংঙাইবা ফাওগদগে?

নঙবু ফংবা ওইথোক্করোইদ্রা? মতম কয়া লিক্লী মনুংদা লৈখিগনি? ঐ লিক্লী থুগাইবা ঙম্লোই খনব্রা? ফরে লৈজরো, ঐদি লেম্না থাররোই —অমুক হল্লকখিগনি —ফ্রৎ ফ্রৎ ফ্রৎ-তীল লৈমায়দা তাখিরম্মী।

নসীরামবাবুনা কৌরকখি, "কমলাকান্ত"। ঐহাক খংপ্রেক খংঙি, খল্লুবদা য়াম্না কন্না উইদুনা লৈরুরমাল্লে। অদুনা হন্না য়েংলুবদা নসীরামবাবুবু মশক খঙবা ঙমদ্রে, উবদা পুক্লীংদা ফাওরক্লম্মী, অচৌবা তীল অমা মোন্দুমদা ঙাদুনা হীদাক্ফু চিংলি। মহাক ফ্লং ফ্লং ঙংদুনা ঙাঙলি। হৌজিক্তগী ঐনা খঙবা ঙল্লকখি মদুদি মীওইবা হায়বসিমক তীল অমনি, লোইনমক্কী মৈ অমমম লৈ —লোইনমক মদুগী মৈদুদা চাক্তুনা শিজবগী হক মখোয়গীসু লৈ, ময়াম্নসু খল্লি। খরনা শিখিরম্মী, খরা অমনা লিক্লীদা থেংলুবনা হন্দুনা থোক্লকই। জ্ঞানগী মৈরী, লনগী মৈরী, নাপলগী মৈরী, শক্তমগী মৈরী, ধর্ম্মগী মৈরী, ইন্দ্রিগী মৈরী, তাইবঙপানসি মৈরীগী মৈবী ঙাক্তনি। অমুকসু শুমহৎলি, শুমহৎতুনা মদুদা পাইশিল্লি —কদায়, ফংবসু ঙমদে, অমুক হন্দুনা ফ্লং ফ্লং ঙংদুনা পাইথোকখি। অমুক হন্না লাক্তুনা কোয়পাই পাইদুনা লৈ। লিক্লী লৈরমদ্রবদি তাইবঙপানসি নহান্না চাক্তুনা তুল্লমগনি। মীয়াম পুন্নমক ধর্ম চেল্লবা চৈতন্যদেবগুম অচুম্বা ধর্মবু নুংগী মীৎয়ানা উবা ফংলম্লবদি মী কয়া হিংদুনা লৈহৌরমগনি। অয়াম্বনা জ্ঞান মৈরীগী লিক্লী কুয়োমদা থেংলুবদা মশাবু ঙাকথোকপা ঙমজখি। সোক্রেতিস, গেলিলিও মদুনা চাক্তুনা শিখিরম্মী। শক্তমগী মৈরী, লনগী মৈরী, নাপলগী মৈবীদা নোংমগী লেপ্তুনা তীল লীশীং লীশীং চাক্তুনা শিরিবা ঐখোয়না ইমীংনা উবা ফংলি। অদুগুম্লবা মৈরীগী মৈচাকপু শন্দোক্লা তল্লিবা অদুবু ঐখোয়না 'কাব্য' হায়নবি। মহাভারত ইরম্বা মহাক্লা নাপলগী মৈরী পুথোক্তুনা দুর্যোধন তীলবু চাকহনখি —

মালেমদা চাংদম্নীংঙাই লৈত্রবা মহাকাব্য শেন্নমখি। জ্ঞান মৈরীদগী মৈহৌরক্কুনা শকথ্রবা ঈশৈনি 'পেরাদাইজ লোস্ত'। ধর্ম্ম মৈরীগী অনীশুব্রবা কবি সেন্ত পল, নুংঙাইপান্বা মৈরীগী তীল 'এন্থোনি ক্লিওপেত্রা', শক্তম মৈরীগী 'রোমিও অমসুং জুলিয়েত', কল্লক- মৈরীগী 'ওথেলো'। গীত গোবিন্দ অমদি বিদ্যাসুন্দরদা অপাম ইন্দ্রিগী মৈরীনা চাক্লি। নুংশি মৈরীদা সীতা তীলগী মৈচাক্তা রামায়ণ থোকখি। মৈ করিনো, ঐখোয় খঙদে। শক্তম, মঙাল, মৈশা, থৌদা, খোঙচৎ- ৱাহৈশিংসিগী ৱাহন্থোক লৈতে। অসিদা ৱাঙুরোল (দর্শন) মায়থীবা নংঙি, বিজ্ঞানসু মায়থীবা নংঙি। পুয়া, লাইরিক, কাব্য লোইনমক মায়থীরিবনি। ঈশ্বর করিনো? ধর্ম করিনো, জ্ঞান করিনো, নুংশিবা করিনো? মদু ঐ করিসু খঙদে। অদুবু থোইনাহেন্না ঙক্লবা, খঙঙমদ্রিবা পোৎশক অদুবু কোয়থি থিদুনা চৎলি। ঐখোয়বু তীল নৎত্রবদি করিনো?

য়েংঙু ভায়, তীলগী কাঙবুশিং- কোয়পাই পাইদুনা করিসু কান্নরোই। ঙম্লবদি মৈদা চাক্কুনা শিজরো, ঙমদ্রবদি চৎলসি ঙ্কুং ঙ্কুং ঙংলগা পাইখ্রসি।

শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্ত্তী

~:০:~

# ঐগী পুক্লিং

ঐগী পুক্লিং কদায়দা লৈগ্রবগে? কনানা লৌব্রবগে? কদায়, ঐগী পুক্লিংনা লৈরম্বা মফম, অদুদসু লৈরমগ্রে। কৈদনো মালেম মরোন তরেং থীদুনা ঐগী 'পুক্লিংহুবা' কনাবুসু থীবা ফংখিদ্রে। অদু ওইরবদি কনানা হুব্রবনো?

মরুপ অমনা হায়রকখি, য়েংঙোই, চাকশঙদা থীদুনা য়েংঙু, অদুদা নঙগী পুক্লিং তাদুনা লৈরম্বা য়াই। চুম্মী, চাকশঙদা ঐগী পুক্লিং লৈতাদুনা লৈগনবনি। পুলাও, কাবাব, কোফতা থোংবগী মনমদা, চফু-উয়ানদা চাকশৌবগী প্রোক-প্রোক লাউবা খোঞ্জেল তাবা মফমদা ঐগী পুক্লিং তাদুনা লৈগনবনি। ইলিশা ঙানা অশাবা থাওদা লুপ্পুরগা মচু শংলবা মহীগী গঙ্গাস্নান তৌদুনা, লৈবাক্কী, শেঞ্জেংগী, লীক্লীগী নত্রগা লুপাগী তেঙ্গোং থক্তা ঙাম্থোরকপা মতমদা ঐগী পুক্লিংনা মফমদুদা মরাইলুক্লা য়াতাদুনা লৈগনবনি, ভক্তিগী ঈথিলনা শুব্বাংখিদুনা, অদুগুম্লবা লাইফম্বু থাদোকপা পাম্লমদবনি। হামেং মচানা অনীশুবা দধীচিগুম অতোপ্পগী য়াইফনবগীদমক মশাগী শদোং কখোকচবা, অদুগুম্বা বৃত্রাসুর হিংচাববু হাৎপগী শেম-শারক্লবা মতমদা, অদুদা ঐগী পুক্লিংনা ইন্দ্র ওইজবা ফংনবগীদমক ফমদুনা লৈবনি। মদুদা লুক হৌরিবা বিষ্ণুনা, সুদর্শন চক্রগুম তলমপাক চাইথোরকপদা, ঐগী পুক্লিংনা বিষ্ণুভক্ত ওইদুনা লেপ্তুনা লৈবনি। নত্রগা অতিয়াদা তলগুম্লবা থাজ থোক্লকপা মতমদা, ঐগী পুক্লিং রাহুনা মফমদুদা চঙশিন্দুনা উমশিনগে খল্লি। অতোপ্পনা হায়নিংবা হায়সনু ঐদি তল অত্তাওববু মপুং ফানা কোয়রবা শেঙলবা পোৎশক অমনি হায়দুনা লৌই। মফম অমদা অথুম-অহাওগী শালগ্রামনা ঙাম্থোইরকপদা ঐগী পুক্লিংনা ইদুদা ঈরাংতুনা লৈজবনি। হলদার ময়ুমগী রাসমনি উবদা শকথীবীনি অমসুং মশাগী চহিসু হুম্ফুনি অদুবু থোংবহৈবদি অঙকপনি, পিজ পিথক্ত মখুৎ চাউই, ঐগী পুক্লিং মঙোল্দা ওনশিন্দুনা লৈগে খল্লম্বনি। তশেংনা রাসমনিনা শীখিবনা মরম ওইদুনা অদুম্মদি থোকখিদ্রে।

মরূপ মপিজাশিংনা হায়রকপদগী, চাকশঙদা ঐগী পুক্লিংবু থিরুরে, অদুদসু ফংলমদে। অহাও অথুম পুলাওনা ঈরাৎলিবা লাইশিংদা হংলুবদা মখোয় কনানসু ঐগী পুক্লিং হুখিবা লৈখিদে হায়না খুন্নকখি।

মরূপ অমনা হায়রকখি শঙ্গোম য়োনবী প্রসন্নগী মনাক্তা অমুক্তং থিবিরুচো। ঐগা প্রসন্নগী মরক্তা নুংশি মরী খরদি লৈনরমই, মদু শুপ্পতগী ষনদগী পুথোকপা মহী মচুম খরগীদমকনি। অদুগা প্রসন্নসি য়েংবদা নোই পেল্লি, মমাই কোইদানৈ, চহি নিফুগী মখানি, চীল্বান খোইরুম মীনোক ভৌবিনি, মরাইবক্তা পীক্লবা চা অমনা লাইবক্কী চন্দোনগুম ফজহল্লি, মহাক মীনোক্কী মহি মচুম লম্বী খুদিংদা চাইথোক্লম্মী, ঐনা মদু খুন্দুনা লৌরম্মী, মদুগীদমক মীনা ঐবু থীনা ভাংনরমই। পূজাগী লৈ হেকপা ব্রাহ্মনগীদমক লৈকোন্দা লৈরাং শাৎচবা ভমদ্রে—অদুগা ঐবু থীনা ভাংনবিবনা প্রসন্নগী মফমদা ঐসু চীনথোক্লা ভাংথোকপা ভমখিদে—নত্রবদি ষনগী শঙ্গোমগা কাব্যগী ঈচেলগা অরাই অথুম তৌনরমগনি। অদুদা ঐহাক ইশাগীদমক নুংঙাইতবা লৈরবসু লৈত্রবসু প্রসন্নগীদমক্তদি ঐহাক নুংঙাইখিদে, মরমদি প্রসন্নদি সতী, মপুরোইবা নিংবীনী। বাহে অসিসু ঐহাক চিনথোক্লা হায়বা ভমখিদে। অদুবু হায়খি হায়দুনা লৈকাইগী মচিন য়াওবা অঙাং অমনা লান্না বাহম্বোক পীখিরম্মী। মদুদি- প্রদন্ন সতী ওইদুনা লৈরিবীনি, মহাক সাধু ঘোষকী নুপীনি অমসুং লুপ্রাবী ওইরবসু মপুরোইবা লৈতবী নত্তে, অদুনা মহাক কা হেন্না মপুরোইবা নিংবীনি হায়দুনা মহাক্লা হায়রম্মী। হায়মনবা থোক্লোই মদুদি, তুরুৎচরবা বাহে ভাংখিবা চাউখত্তবা অঙাংদু পারা তম্বীবগীদমক মখজাইদা খুবাক্লা থাখি, মদুনসু ঐগী মিংচৎথিবা মাঙখিদে।

ইরগে খন্দুনা ফম্নবনিনা—অচুম্বা খরদি হায়ফম থোকপনি। ঐহাক প্রসন্নবু খরা খোয়দবদি লৈখি। মদুগী মরম য়াম্না লৈ —অহানবদা, প্রসন্ননা পীরকপা শঙ্গোমদা ঈশিং য়ান্দে, অদুগা মমলসু হোংই, অনিশুবদা মহাক করি করিগুম্বদা ক্ষীর, শঙ্গোম মপাল, শঙ্গোম অফম্বা ঐঙোন্দা লেম্না পীরম্মী। অহুমশুবদা, মহাক্লা নোংমা ঐঙোন্দা হংলম্মী- "তাদ, নঙগী কোর্বেক্তা লৈরিবা চে-চাংশিংসি করিনো?" ঐনা হংখি, "তানিংব্রা?" মহাক্লা খুন্নকই, "তানিংঙি।" ঐনা মঙোন্দা বারেং খরা পাদুনা তাহল্লম্মী। অসুক্কী মগুণ চেন্নবী মাবু করম্বা অইবশিংনা মঙোন্দা শুম্মৎলোইদগে? প্রসন্নগী মগুণদি অতৈ করি অমুক হায়নি, মহাক ঐনা হায়বদগী কানি ফাওবা থকখি।

মগুণ ময়ামসিনা করিগুম্বদা অয়াম্বা মতমদা ঐগী পুক্লিং প্রসন্নগী য়ুমগী থোংনাও

মনাক্তা কোইলে-লৈদুনা লৈরম্মী, মদু ঐ তশেংনা য়াজে। অদুবু শুপ্পগী মাগী য়ুমগী খোংনাও মনাক্তা-খক্তা নত্তে, মখোয়গী শঙ্গোলগী ফক্লাংদসু মায় থাঙ্গত্তুনা য়েংলম্মী। প্রসন্নবু ঐনা নুংশিবগুম মাগী মঙ্গলা কৌবী ষনবী অদুবুসু নুংশিরম্মী। অমনা ক্ষীর, শঙ্গোম মপাল, শঙ্গোম অঙ্কম্বগী খোংনি, অনিশুবনা মদুগী খুদোল য়েম্থোকপীনি। বিষ্ণুগী খুয়া থম্বালদগী গঙ্গানা ঈহৌরকখি, অদুগা ভগীরথনা মাবু মর্তাদা পুথরকখি, মঙ্গলা বিষ্ণুগী খুয়ানি, প্রসন্ননা ঐগী ভগীরথনি, ঐদি অনিমকপু চপ মান্ননা নুংশি। প্রসন্ন অমসুং মাগী ষণবী অনিমক ফজবীনি, অনিমক মশা নোই-পেল্লি, মঙাল লৈবীনি অমসুং চঙখোনবীনি। অমনা শঙ্গোম্ব পুথোকপীনি, অমনা মাইথোং মোমোন নোক্নবীনি। ঐ মখোয় অনিমক্তা মমল লৌদনা য়োনগ্রবনি।

তৌইগুম্বসুং হন্দক কোইথি থিরুবদা প্রসন্নগী খোংনাও মখাদা নত্রগা মাগী শঙ্গোলদা ঐগী পুক্লিং লৈরমদ্রে। ঐগী পুক্লিং কদাইদা লৈগ্রবগে?

কপ্পা কপ্পা লম্বীদা থোক্লক্ লম্মী। লৈশাবী অমা ঈশিং পুন য়েপ্তুনা চংলম্মী। মাগী মায়থোংদা খোয় খোয়রবা অমুবা শল্লাংনা ফর ফর হায়রি, পিশুম অনিমক নিংথিনা মুনা ফজে, লংনা মুরবা মিংম্না অনিদু উবদা থম্বালগী লৈকোন্দা খোয়মুনা কোইপাই পাইদুনা শান্নবনি খল্লি —তোংলিবরা নত্রগা পাইরিব্রা! খোঙথাংগী তাম্বাদা নোল্লিবা হকচাংগী কয়াংপু উবদা- লুরবা লাইজথক্তা পিক্ল পিক্ল ইপোম কয়ানা তিল্লবগুম তৌরম্মী। মাগী খোঙথাং খুদিংমক্লা থবাক্কী শরু পোলাংবু চৈনা পিরম্লগা চংখিবগুম তৌই। মাবু উরগা ঐনা নীংলম্মী, শোয়দনা মহাক্লা ঐগী পুক্লিং হুখিরম্বা য়াই। ঐ মহাক্কী মতুং ইন্নদুনা চংলম্মী। মহাক্লা হন্না য়েংদুনা শাউরংননা হংলকখি — কৈদৌবে তুং ইন্নরক্লিবনো?

ঐনা হায়রম্মী —“নহাক্লা ঐগী পুক্লিং হুখিবরা?” লৈশাবীদুনা খোন্দা থীনা চৈরকখি। হায়রকখি- “ঐনা হরান্দে এ, নঙগী নচম্নুপীনা ঐবু চাংয়েং তৌরুচো হায়না থারকপনি। মত্তিক্লরগা ঐনা হন্দুনা পিরম্লবনি।”

অদুদগী হৌনা পারা তমদুনা পুক্লিংবু থীবগীদমক অতৈ কদায়দসু লক্লরুগে হায়না খনখিদ্রে, অদুগা সংসারসিদা ঐগী পুক্লিং কদায়দসু লৈদ্রে হায়না পুক্লিংনা খঙবা ঙমখি। লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা তশেংনা য়ায়রিবনি। করিগুম্বা অমত্তদা ঐগী পুক্লিং লৈরমদ্রে। হকচাংগী নুংঙাই-ইচিক হুনবদা ঐগী পুক্লিং লৈতে, অরোন-অথুপ্পা বারীদা য়াম্না খোইদারম্বা ঐসে, হৌজিক অদুদসু পুক্লিং চঙদ্রে। ঐগী অরিবা শেগায়ন্না

কোর্বেক খরা লৈরম্মী — অদুদা ঐগী পুক্লিং লৈরম্বনি, মদুদসু ঐগী পুক্লিং লৈত্রে। শেন তানবগী করিসু খল্লুদে — হৌজিকসু খন্দ্রে। করিগুম্বা অমত্তদা পুক্লিং চঙদ্রে — ঐগী পুক্লিং কদায় চৎল্লবনো?

খঙলে, মপুক্লিং তয়াং-তযাংবশিংদি পুক্লিং লাকশিনবা চঙই। নত্রবদি মপুক্লিং পাইখিগনি। ঐ করিনুংদা করিদসু পুক্লিংবু লাকশিনখিবমদে। অদুনা কবিগুম্বা অমত্তদসু পুক্লিং চঙদ্রে। সংসার অসিদা ঐ কবি তৌবা লাকখিবনো — মদু ঐহাক তশেংনা হায়বা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং শুপ্নগী পুক্লিং ফাজিনবগী লাকপনি। ঐ ইপুন্সি চুপ্পা ঐগীদমক ওইরম্লে — অতোপ্পগী ওইবা ঙমখিদ্রে, মবমসিনা পৃথিবীসিদা ঐ নুংঙাইবা ফংদ্রে। মহৌশানা মশাতবু খঞ্জবা মখোয়সু লুহোংদুনা, যুম লিংদুনা, নুপী- অঙাংশিংদা মশাবু কখোকচৈ, অদুনা মখোয়দা নুংঙাইবা ফাওজে। নত্রবদি মখোয় কবিদসু নুংঙাইবা ফাওবল্লোয়। ঐহাক্কা য়াম্না থীজিল্লুবদগী খঙলকখি, অতোপ্পগীদমক মশাবু কখোকপা নত্তনা পৃথিবীদা তংদু- লৈতানা নুংঙাইবা ফংবগী অতোপ্পা লম্নী লৈবমদ্রে। লন, মীংচৎ, ইন্দ্রিনা ফংবা নুংঙাইবা ওইবা যাই, অদুবু মদুদি অবেপ্পা নত্তে। অসিগুম্বসি অহানবদা ফংবা নুংঙাইবগুম্না অনীশুবদা অদু যৌবা ঙমদে; অহুমলক শুবদসু নুংঙাইবগী চাং হচ্ছবকই, মথং মথং অদুদা নুংঙাইবা অমত্ত লৈবক্লবোই। নুংঙাইবা লৈবক্তবদা, নুংঙাইতবা অনীগী মবম ওইবকই। অহানবদা — হৈনখিবা পোৎশক তুনা ফংবদা নুংঙাইবা ফাওদ্রবসু, লৈবক্তবদা থোইনা হেন্না নুংঙাইতবা পোকহল্লি অমসুং পেল্লিংঙাই ওইদ্রবা অপাম্বনা হেল্লক্তুনা চৈনা ফাওহল্লি। মবম'সিনা পৃথিবীদা খ্বাই মযাম্ন পাম্নবিবা পোৎশক্কি হায়না লৌনবিবা, মদু লোয়নমক্কী ওইনসু অপেনবা ফংদ্রবা অমসুং অৱাবগী মরূনি। মতম পুম্নমক্তা মীংচৎকি তুংদা থীনা ঙাংনবা, ইন্দ্রিগী নুংঙাইবগী তুংইনবীনা লায়না, লনগা লোযনবী অমাঙবা অমসুং পুক্লিং ৱাবা, হকচাং চাউবা লায়না-চেনবা ওই। অফবা মীংচৎত্তসু লান্না পাউথোকপা যাওই, লর্নাদ নুপী-অঙাংনসু শীজিন্নৈ, ইকাই-খুম্নবা অমুবা নোংগী মপেগুম হিয়াঙ্গৈগী মতুংদা মাঙখিগনি। মহৈসু অপেনবগী ঙমখৈ নাইহনদে, শুপ্ন অমম্বদগী হেন্না থোইনা অমম্বদা চিংদুনা পুশিল্লি। সংসার'সিগী মরূ থীকুবদা ঙমখৈ ফংদে, মহৈনা ইশাগী অনিংবা পান্দম পীবা ঙমদে। লন পৈশিন্দুনা ঐ নুংঙাইরবনি, মীংচৎ ফংদুনা পেল্লবনি হাযদুনা কনানা হায়খ্রবগে? কদায়দা তাখ্রবগে? পরেং খবসি পাবীরবদি অমুক্ত নীংথিনা নীংশিংদুনা য়েংবীয়ু করিগুম্বদা কনানা অস্নুম্না হায়খিবা লৈবগে? অসিগুম্না হায়নবা তাবীরল্লোয়। অসিদগী হেন্না লনগী অমসুং মীংচৎকী কান্নবা খঙদ্রবগী কল্লবা খুদম

অতে কৈদগী ফংবা ওমগদগে? অঙকপগী মওংদি অসিদগী হেন্না কক্নিংঙাই লৈত্রবা খুদম লৈরবসু মীওইবা খুদিংমক্তা মদুগীদমক থব্রায় থাদোক্লরি। মসি গুণ্নগী ফত্তবা মহেৎগী গুণনি। পলেমগী খোল্লাং ঈরিক্তা লোয়না লোয়ননা লনগী ইকায়খুম্নবগী মরুওইরবা মচাক্কী থাজবা নব্বাগী থম্মোয়নুংদা চঙবা হৌখি — অঙাংনা উবা ফংঙি মমা-মপা, মচে-ময়াম্বা, গুজা-গুরু, মীনাই অমদি য়ুমলোন্নবশিং, য়েক্নবা-মরুপ লোয়নমক অহিং-নুংথিল খায়দনা লন কদায়, মীংচৎ কদায়, ইকায়খুম্নবনা কদায় হায়দুনা কোইথি-থীদুনা চেন্নরি। অদুদগী নব্বানা মরোল থোকত্রিঙেনা লম্বী অদুদা খোংকাপ থাংবা হৌই। করম্বা মতমদা মীওইবনা লোঙত্রবা নুংঙাইবগী মরূ থীবা হৌগনি। মহে হৈরবা, লৌশিং লৈরবা, বাংঙুরোয়শিং, য়ুম্বাললোন খঙলবশিং লোয়নমক্ত। পুন্সিন্দুনা অমুক্ত য়েংবীয়ু। অতোপ্পগী নুংঙাই-য়াইফবা পীবা নত্তনা মীওইবগী অশেংবা নুংঙাইবগী মরূ ওইবা পাম্বৈ করি লৈবগে — লৈতে। ঐহাক শিরগা উৎ ওনখিগনি, ঐহাক্কী ইমিং ফাওবা মাঙখিগনি, অদুবু ঐহাক খোঞ্জেল থোক্লা হায়রিবনি, নোংমদি মীওইবা খিবিক্লা ঐগী ব্রাহে অসি খঙলক্কনি; মদুদি মীওইবগী তুং-কোয়না নুংঙাইবগী অতোপ্পা মরূ ওইবা লৈত্রবনি। হৌজিক মীশিংনা অঙাওবগুম লন-ইজ্জৎকী অমদি নুংঙাইবা তানবগীদমক চেনশিন্নরি, নোংমদি মীওইবা জাতিনা অঙাওবগী মতৌগুম অতোপ্পগী নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক চেনশিন্নবা হৌরক্কনি। ঐহাক শিরগা উৎ ওনখিগনি তৌইগুম্বসুং ঐগী আশা অসিমদি নোংমা মহে য়াল্লক্কনি। মহে য়াল্লক্কনি, অদুবু কয়া ব্রাৎলিবগে? অঙকপনি — কয়া ব্রাৎলিবগে, কনানা হায়বিগনি!

য়াম্না লীরবা ব্রাহেনি। চহি লিশিং অনীরোম মমাংদা শাক্যসিংহনা ব্রাহে অসি মওং কয়াথোক্লা হায়খিরম্নবনি। মদুগী তুংদা অখঙ-অহে ওজা লিশিং লিশিংনা মীয়ামদা লিশিং লিশিংরক হন্না তম্বীদুনা তাকপীরম্লনি। অদুবু মীওইবনা খঙবা-হৈবা মরেতে — করিনুংদসু মশাগী ওইজবথিবগী লাংদগী নাম্থোকপা ঙমখিদে। অমুক হন্না ইরৈপাকসি ইংরেজকী খুদুম চনখিবদগী অহোয়ননা চমম্নবা থোকহনবা ওইরকখি। ইংরেজগী লৈঙাকলোন, চাওখৎপা, মহে হৈক্নবদগী লোয়ন-লোয়ননা "মেটরিয়েল প্রস্পেরিটি" (মপানম্থোংগী লন) বু হেন্না পাম্নবনা লৈপাকসি চাওথরকপা মায়কৈদা চঙশিনবা হৌরক্লি। ইংরেজ জাতি হায়বসে মপাম্থোংগী লনবু কাহেন্না পাম্মী — অসিনা নোংচুপলোমগী চাওখৎপগী মরুওইবা খুদম্নি। মখোয় লাক্লুনা লৈপাক অসিগী মপাম্থোংগী লন-থুম মরাং কায়হন্নবা হোৎনরি, ঐখোয়সু মদুবু পাম্নবনা লোয়নমকপু

অকাওবগী লৈরোন চলহনবা হৌরক্লে। ভারতবর্ষগী অতে লাইয়ামশিংগী মুর্ত্তি পুম্নমক লাইশঙ থাদোক্লবা হৌরক্লে। সিন্ধুদগী ব্রহ্মপুত্র ফাওবা শুপ্নগী মপাম্বোংগী লনবু ঈরাংপা হৌরক্লে। য়েংঙু —ললোন-ইতিক হেনগৎলে, য়েংঙু, রেলগাড়িনা হিন্দুগী লম কয়া লৈমায় পরিং খোপখরে, উবা ফংবনি-টেলিগ্রাফ করম্বা পোংশক্লো, উরবনি — অদুবু কমলাকান্তগী ব্রাহংদি অসিনি — নখোয়গী রেলবে টেলিগ্রাফনা ঐগী পুক্নিংগী নুংঙাইবা কয়াগীমতিক হেনগৎহনবা ঙম্লবগে? ঐগী মাঙখ্রবা পুক্নিংবু থীদুনা পুথোকপীবা ঙম্লব্রা? কনাগী মপুক্নিংগী মৈচাক মুথৎপীবা ঙম্লবগে? নুংশি-কঙাওনরবা কনাগী মতম্বাক্তা শকহেনবীবু শীন্নবীবা ঙম্লবরা? ঙমদ্রবদি নঙগী রেলবে, টেলিগ্রাফ লোয়নমক ফুকতুনা লাইজ ঈরোম্নুংদা থাদবিখ্রো। কমলাকান্ত শর্মনা অদুদা করিসু কায়দে হায়না লৌজগনি।

পাউ-চে, চেযোং, স্পীচ, ডিবেট, লেকচরশিং তারিবা নত্রগা পারিবা অদুদা মপাম্বোংগী লন অসি নত্তনা অতে হিরম অমত্তগী ব্রাফম উবা ফংদে। হর হর বম বম। মপাম্বোংগী লনবু ঈরাংলু, হর হর বম বম। শেলগী মপৈ মথক্তা শেল হৈজিল্লু। শেলনা নোল্লুকপা, শেলনা অরানবা, শেলনা জগোই শাই, শেলনা চংলি। শেলনা ধর্মনি, শেলনা লননি, শেলনা অপাম্বনি, শেলনা লানবিবনি। লম্বী অদোমদা চৎপীগনু —লৈবাক্কী লন ময়েং তাগনি।, লম্বী অসোমদা চৎপীয়ু —লৈবাক্কী লন হেঙ্গৎকনি। হর হর বম বম। লন হেঙ্গৎহল্লু, লন হেঙ্গৎহল্লু, রেলবে, টেলিগ্রাফ লন পোকপীনি, লাইশঙ অদুদা খুরুম্মু। শেল হেঙ্গৎনবা অদুম্না তৌ, শুন্দ্রংদগী শেলগী নোং চুরকসনু। শেল চাইথরকপগী খোঞ্জেলনা ভারতবর্ষ পুম্বা নিল্লসনু। পুক্নিং — পুক্নিং হায়বদি করিনো? শেল নত্তনা ঐখোয়গী পুক্নিং চংদে, শেল শাফমদা ঐখোয়গী পুক্নিং শেমগৎলি-কাইহল্লি। শেলদি মপাম্বোংগী লম্নি। মপাম্বোংগী লনবু ইরাংলু। ইরাংফমদুদা কোইঙাং চোল্লবা ইংরেজ ঋষিশিংনা থৌবুনি, এডাম স্মিথনা পুয়ানি অমসুং মিলনা শেম্বা ব্রাহ্মনা ইরাং-লাইশোন শোনগদবনি। থৌরম অসিদা ইংরেজী পাউ-চেনা ঢোলগী খোম্বাংদা থীল্লি, বাংলা পাউ- চেনা কাংশি মখোল য়ৈরি, মহে অমসুং থৌনানা হৈরক্লি, থম্মোয়না অদুদা হামেংগুম য়াইবী কৎপনি। ইরাংপা অসিগী মহৈদি মীরমলেন-লাইরমলেন অনীমক্তা লোয়নাইদ্রবা অব্রাবগী নোরক্লি। অদুনা লাকপীরো, ময়াম লাকপিরো মীংচৎ লাইজদা ঈরু শাদেংলগা, নমথাক্কী লৈনাদা ওইদবা ব্রাহ্মগী চন্দোন তৈদুনা অখোইবা লাইসিবু ইরাংপা হৌরসি। লাওবিয়ু হর হর বম বম। লনগী ঈরাংপা হৌরসি। ঢোল থিল্লু- ধোং ধোং ধোং, কাংশি য়ৈয়ু- কাং

কাং কাং লেঙশিনবীয়ু থৌঝুরেল। লাইশোন হৌবিরো। ঐখোয়গী মতম কুইনদগী পীরক্কবা অরীবা থী- স্বহা স্বহা হায়দুনা মৈদা হৈজিনবিয়ু। কদায় মরূপ ইউটিলিটেরিয়ন য়োংশুবা। খোঙসে কোমদা থাদস্লবনি। অমুক্তং নুংঙাই-মথোই মঙাগী* মিংলেন শোন্দুনা কাচিন অমদা থাজিনলু। হর হর বম বম। কমলাকান্ত লেপ্পুনা লৈজরি। নখোয় নিংঙাইদনা ঈয়াংপা হৌরো।

ঈয়াংলু, করিসু কায়দে, অদুবু ঐঙোন্দা ব্রাহে খরদি নীংথিনা খঙহনবিয়ু। নঙগী মপাম্বোংগী লনদুনা চাওখত্তবা কয়াবু চাওখৎহনস্লবগে? লেমজদবা কয়াবু লেমহনবা ঙমস্লবগে? ধর্ম লৈতবা কয়াবু অফবা লম্বীদা পুরকস্লবগে? অমাংবা কয়াবু শেংহনবা ঙমস্লবগে? অমত্তসু ঙমথিবা লৈতে? অমত্তা ওইখিদ্রবদি — নঙগী অদুগুম্বদু উৎ ঙাক্তনি — ঐখোয় অমত্তা পামদে। ঐনা য়াথং পীরবনি, উৎ অদু ভারতবর্ষদগী খোমদুনা পুবিম্রো।

নখোযগী ব্রাহেদু ঐসু খঙতি। পুক্ হায়বা অচৌবা মখুল লৈবদু নোংমগী নত্তনা থলহনবদি তাবনি, নত্রবদি য়াদে। নখোয়না হায়বনা মীপুম খুদিংমক মখুলদু নিংথিনা থন্নবা হোৎনদুনা লৈবি হায়বনি। ঐনা হায়বদি—মদু চুম্মি, অদুবু মদুগীদমক অদুক হেন্না থৌবাংগদবা নত্তে। মখুল থন্নবা হোৎনবদা নখোয় অদুক্কী মতিক পুক্লিং লুপথিবনা ব্রাফম অপুম্বা কাউথোক্কুনা লৈম্রে। তৌবগীদি মখুলগী কাচিন অমা হাংদুনা লৈবনবু হেন্না ফগনি। অদুনা অতোপ্পা মায়কৈরোমদসু পুক্লিং চংফম খরা থোকপনি। মখুল থন্নবা হোৎনবগা পুক্লিংগী নুংঙাইবগা তোপ-তোপ্পা পোৎশক্লি, মদুগী হেঙ্গৎনবা পাম্বে অমত্তা লৈত্রবরা? নখোয়না খুৎলায় কয়া পুথোক্লে, মীগা-মীগা নুংশিনবা হেঙ্গৎনবগী খুৎলাই অমত্তা লৈত্রবরা? অমুক্ত লৌশিং থাদবীয়ু, নত্রবদি অমত্তা কান্নবা ফংলবোয়।

মতম কুইনদগী ঐহাক শুপ্লগী মখুল থন্নবা হোৎদুনা লাক্রবনি — মী অতোপ্পগী করিনুংদ খল্লুবা লৈখিদে। অদুনা ঐগী লোয়না অমাঙবা ওইস্লবনি। তাইবংপান্দা ঐগী নুংঙাইফম খঙদ্রে। মালেমসিদা ঐনা হিংদুনা লৈবগী কান্নফম লৈবা উদ্রে। অতোপ্পগী পোৎলুম করিগী লুথোংদা পুগনি খল্লুবনা য়ুমলীংগে নিঙলুদে। মদুগী মহৈদুনা ঙসিদি ঐ করি অমত্তদা পুক্লিং চঙদ্রে। ঐহাক নুংঙাইবা মশক খঙদ্রে। করম্না খঙগনি? ঐহাক মীগীদমক মায়য়োক য়াখিদে, নুংঙাইবদু করম্না ঐগী ফংফম থোকপা ওইরিবগে?

* য়ু, শা, গাড়ি, ফিজেৎ, ওক্তবী মঙা অসিগী নুংঙাইবা লৌবা

ঐগীদি নুংঙাইবা শরুক অদু ফংনিংঙাই লৈত্রে। তৌইগুম্বসুং নখোয় লুহোংদুনা নুংঙাইবা মপুং ফারে হায়দুমক্তি খনবিগনু। ইমুং মনুংগী নুংশিবগী ময়ায়না নখোয়গী নশানা নশাবু নুংশিজবা মাঙখিদ্রবা ওইরবদি, লুহোংবগী কিশিনা নখোয়গী থম্মোয়বু শেংদোকহনবা ঙমদ্রবদি, ইশাগী ইমুং মনুংগী মীয়াম্বু নুংশিরগা অতৈ মীওইবা জাতিবু নুংশিবা হৈবা ঙমদ্রবদি মদুগী লুহোংবদু অরেম্বনি, কান্নদ্রবনি। শুপ্নগী গাধাগী পোৎলুমনি। কয়াৎ-ইন্দ্রিগী অপেনবা ফংনবা নত্রগা নব্বা শক্তম উননবা লুহোংবা নত্তে। লুহোংবগী মহৈনা মীওইবগী লমচৎকী অফবা থাক্তা পুখৎপা ঙমদ্রবদি অদুগুম্বা লুহোংবগী কান্নফম লৈত্রে। হকচাং-কয়াৎনচিংবা অপাম্বা, হোৎনবগী মখা পোল্লী, হোৎনবনা অদুগুম্লবা ঈথিল ইংথহনবা য়াই। অদুমক ওইনা মীওইবা জাতিনা ইন্দ্রিবু খুদুম চন্দুনা মালেমদগী মুৎখিবা ওইসনু, করিগীদমক্তো হায়বদা, অদুগুম্লবা লুহোংবনা নুংশিবগী মঙাল পীবা ঙমদ্রবদি, লুহোংবা অদুগী কান্নফম লৈত্রে।

তাঞ্জা'সিদা কমলাকান্তনা খুবাম লোন্দুনা মীয়ামগী মফমদা নোল্লুকচরি-নখোয় কনাগুম্বনা কমলাকান্তবু লুহোংবিবা ঙমগদ্রা?

~:০:~

# থাজগী মঙালদা

পীক্লবা নাপী হানৌনা লৈতেংলবা শংবান্নরবা লৌবুকসিদা, অসিগুম্লবা লাইজ-খোম্থাং য়েরবা ভাগীরথীগী তোর্বান্দা, অসিগুম্লবা ফুগাইনা ঙাল্লবা থাবলদা, ঙসি কোর্বেক্কী ফজবা কয়াৎ হেনগৎহল্লে। অসিগুম্লবা থাবলদা নত্রা ট্রেলস শর্মানা ট্রোয়গী ব্রাংলবা চেকপলথক্তা কাদুনা, ক্রিসীদাবু নিংশিংদুনা নিংশা-সোব ফুইনা হোনখিরম্বা। অসিগুম্লবা থাবলদা নত্রা শকহেল্লবী থিসবীনা মেঙলবা লিক্লা ঈরিক্ল চামথোক্লবা নাপীথক্তা তপ্পবা খোঙদোয় হুন্দুনা পিরামসগী শামিন মাযকৈ তম্মা অরোনবা নুংশি-মাঞ্জা নাক্তা উন্নবা লাকখিবা?

থাজ, নহাক নোক্লিবরা? নোক্লা নোক্লা নহাক ঙাম্থোইরক্লিব্রা? নহাক্কী লোয়নবী কুনতরেংনা ঐবু যেংদুনা ঐঙোন্দা মীৎচি খৎতুনা করেম্নবিব্রা? দক্ষনিংথৌগী অঙকপা থৌশিল – কুনতরেংমকপু থাজ অমত্তদা কথোক্লমখিবা, অদুগা হৌজিক কমলাকান্ত শর্মানা লুহোংনিংবনা কঙাওনরিবা। লুরবা-ঙৌরবা-মঙালনা-য়োম্লবা থাজও। নহাক্কী লোয়নমক ওইরবসু শুপ্পগী অশ্লেষা মঘাবু থাদোকপীবকউ। ঐ অনীদুবু য়াম্না নুংশিজে। ঐগুম্লবা থৌলৈত্রবা মীশক্লা, মখোযগী মপান্দগী য়ামদ্রবদা নুমিৎ নিনিবোম যুমলীংবগী নুংঙাইবা ফংবা ওইজহৌগে। ঐ মখোয় মচিন-মনাও অনীবু ঐগী যুমদা মতম চুপ্পগী ওইনা লৈফম পীদুনা নুংঙাইনা মতম লেঞ্জগে। মখোয়গী মগুন কয়ামরুম লৈ। মীনা মশানা তৌঙম্লোয়দবা থবক অমা তৌবা ঙমদ্রবদা, ইরেন্না মখোয়দা তাইশিন্দুনা মীমাংদা কামজাও হুনবা ঙম্মী। ঐসু নসীরামবাবুগী ফিরোল লৈবদা ইরৌশিং ব্রাৎপগী করিগুম্বা নমথাক তৌবিরক্লবদি, ঐগী লোয়নবীশিংদা মবাল থংজিন্দুনা অচুম্বা শাবা ঙমগনি।

থানিংথৌ! ঐগী ব্রাহ্মেশিংসে নহাক তাবীদ্রবরা? হৌজিকসু মন্দাকিনিগী তপ্পা নোম্লিবা থবাক-ফিজোল খুৎনা শোক্তুনা তনিকহল্লিবরা? হৌজিকসু তপ্প মালংগা

চিরোল তৌনদুনা পামেল উপালথক্তা মীকুপ খুদিং মঙাল খীক্লিবরা? হৌজিকসু নাপী তুম্নৌথক্তা নিংঙাইদনা মণি-মুক্তাগী খিকফেন চাইগে নীংলিবা? তৌ-লাংলক্তা মুক্তা চাইথোকপা, অতে কনানা চাইথোক্লবসু চাইথোক্রবসু নহাক্না চাইথোকপদি উবা ফংলি; অদুগা ঐসু ঙসি চাইথোক্কনি।

হে ভাগীরথি! নহাক শান্তনুগী হৃদিদা নত্রগা অদুদগী হেন্না ৱাংলবা হিমালয়গী তম্বাক্তা নত্রগা অহোয়নসু হেন্না ৱাংলবা শিবগী জটালক্তা ঙাম্থোইদুনা লৈরম্লবদি, ঙসি কনানা নঙবু ঈরাৎপীগনি? নঙনা লৈখা পাংলক্তুনা মালেমদা কুমথরক্তুনা ঈচেল লিশিংফাংনা, সমুদ্র তম্না চেম্থখিরম্বদগী সাগর শাগে লানবীবমখি। মালংবা! নঙ অঞ্জনাগী ফিজিবু হুমদুনা লেপনাইদ্রবা শান্নবদা ঙাওদুনা লৈরম্লবদি, নত্রগা মালয় চীংশাং পরেংদা নশাগী য়াঙ্গোনশঙদা চন্দন পাম্বীগী মশালক্তা নোম্লক্লা নত্রগা এলাচি উরীবু নিকহন্দুনা কোযলৈ লৈদুনা লৈরম্লবদি কনানো নঙবু "ত্বমেব জগজ্জীবনং পালনং" হায়দুনা নঙগী ঈরাৎ-শৈথা শকপীগনি? অসিগী অনৌবা য়েন্নিংথানা ৱাইথুংলবা, চেক্লা সঙ্গুগী মির-খোঞ্জেলনা শুপ্নগী নঙগী ইন্দ্রগী সৈকোন্দা খোম্থাং য়ৈবা ওইরম্লবদি, ঙসিগী অহিংসিদা কমলাকান্ত চক্রবর্তীনা মশাগী কলমগী মুক অরেম্বদা করিগী মাঙহল্লমগনি? থাজ-ও, নঙনা শঙ্গোম-সমুদ্র লাইজ ঈরোম্নুংদা, অমৃতগী পুক্কেদা, পোহামগী কাংথোলথক্তা, মুক্তগী ফম্বাক্তা য়াহিপতুনা লৈরম্লবদি, কনানা নঙবু নীংথিবী নুজা মায়থোংগা চাংদম্নরমগনি? নত্রগা নঙগী তুংইম্নবী কুনতরেৎ লোয়ননা অরেপ্পা ওইরবা নকু-লাইশঙ দক্ষগী সঙ্গায়দা লৈরম্লবদি ঙসি কমল শর্ম্মনা নঙবু য়েংনীংবনা অসিগী মোংফমনাক্তা খোংনাংবট পাম্বী মখোঙদা লৈরমখিগদ্রা?

থাজ-ও! নহাক ব্যাকরন খঙলবদি ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐগী থৱায়না লৈরিমখে নঙবু নুপানি খনবা ঙমলোয়। ঐহাক ঙসাইমখে নঙগী নগুন থীদুনা লৈরম্লিবনি। থাজ-ও! নহাক কনা লৈজদ্রবীগী খাংপোকশঙগী থোঙজিন্দা নমিৎকুপ্তনা থোঙশঙবগুম ফমদুনা লৈ, ৱারোল শেংদ্রিবা নৱানা জগোয় শা-শাদুনা নঙবু ফাবগী তান্নবদা নঙসু অঙাংগা লোয়ননা জগোয় শাদুনা শান্নদুনা লৈ, নুপীমচানা লুরবা পুম্রি-লাইজনুংদা নঙবু অমুক উখিবদগী, অমুক্লা উবা ফংদবদগী, নঙবু উনিংবনা লাংতক্লদুনা পুম্রি মপান্দা চেন-চোংদুনা লৈরবদা, নঙনা অদুম্না হায়ফেৎ শক উংলম্লগা মহাক্কা কেকু লোংপী শান্নদুনা লৈথোকপা, লুহোংলবী অনৌবীনা ৱারদুনা দম্লানথক্তা

মদোমত্তা নিংশা সোর ফুইনা হোম্দোকচরিঙৈ মতমদুদা নঙনা যুবী পাম্বী মশালঙ্গী য়াম্না ঈংনা তপ্না, মহাক্কী থম্মোয় চোম্না অমৃতগী ঈরা খিকপীদুনা নুংঙাই-ইচিক হুনবীরি, ঈপোম হৌরবী আশানা ঈপোম হৌরবা থম্মোয়না তপ্নবা ঈচেলদা ইংল্লবা তাম্বাদা সমুদ্রগী মাইকৈ পাংলকপদা, নঙনা মদুদা সনাগী লৈতেংনা লৈতেংবীদুনা য়াইফ থৌজাল পীদুনা লমতাকপী ওইবীনি, লৈরাং গুলাপনা ময়াই কারবা বসন্তগী লৈখোক্তা মায়কৈ মরিথুংনা হাই-হুম্না শাথেক্লিঙৈ মদুদা নঙনা লৈবাংগী নাপ্লচিক্লা মালতী উরিবু চিলোকনৌ হায়না চিরোল তৌবীনি। অমুক্তসু তমথিরবা মপুকচেল শেংদ্রবা তম্বা অমনা যোমনু নুজা অমবু শরাক তমগে নীংলকপদা, মদুদা নঙগী মায়থোঙনা অখাবা মীংয়েং শাংখৈবকপদা, মহাক নঙোম্দা য়েংবগী মথৌনা লৈখিদে, নঙনা মীহাৎপগী থাংলেন ময়াদা নোংথাং কুপহল্লি, মহাক্কী পাপ ঈখেং মরিক্তা নোরোক হুম্ফুমরিগী মীবেল ফাওহন্দুনা উৎপীনি।

নঙনা শান্নবিবা অঙাংগী পাঙ্গলগী সনা কোনযাইনি, নহাশিংগী আশাগী মৈরানি, পাখং-লৈশাবী অহিং য়ারেকপগী মকওইবা নুংঙাইবা লৌফম মচাক্লি অমসুং শোল্লবা অহলগী নীংশিং মীংশেলনি। নঙনা কনা লৈজদ্রবীগী শেন্নবীনি, লেপত্রবা মৈঙাল পীবীনি, নঙনা খোঙনা চৎলিবা মীগী লমতাকপীনি, যুম্নুগী অহিংগী নুমিৎনি, নঙদি পাপীশিংগী পাপকী সাক্ষিনি, পুকচেল চাউরবগী মীংয়েংদা মাগী মীংচৎ ফিরালনি। নঙদি অতিয়াগী ঙাল্লবা মণিনি, মালেমগী লৈতেংনি। অদুগা মোংফমথক্তা চৎলিবা শ্রীকমলাকান্তগী অমত্তা ঙাইরবা, নঙনা অফবগী অফবা, ফত্তবগী ফত্তবা, মহাওগী মহি, মহাও য়াওদবগী হুনি। নঙদি কমলাকান্তগী লোয়নবীনি, থাজ নঙবু ঐনা ওম্থোক্ল নুংশি; ঐনা নঙতবু লুহোংলগনি। ময়াম্না অমুক্ত হায়বীযু- হবি হবি বোল। ঙসি অসিদা অহিং য়ারেক্লনি।

বোম ভোলানাথ! থাজদি নুপানি। অদুনা চিংশিনবগী চাং দবল হেঙ্গৎপা তাবে।

থাজ-ঐখোয়গী আর্য্যমতকি মতুং ইন্না নুপা ওই, তৌইগুম্বসুং বিলাতকী শর্ম্মশিংগী মত মতুং ইন্নদি মহাক থোং-নৌবীনি। ঐখোয়রোমগীদা থাজ "হি" ইংবেজি রোমদনা থাজসে "শী"। হৌজিক করি উপায় লৈ? হি নত্রগা শী, মদু করম্না অরেপ্পা খঙদোক্কনি?

তশেংনা হায়রবদা, সংসার অসিগী মীয়ামগী ব্রাখলগা ঐগী ব্রাখলগা করিনুংদসু মান্নবা ওইখিদ্রে। হিরমসিদা ঐগী চিংনবা কয়ামরুমসু লৈ। ব্রাজিদালিশাহা অদুনা

লক্ষ্ণৌ সহরদগী দোলাইথক্তগা কাইদোংলদুনা মুচিখোলাদা থুংলরগা, ঙানু লাবা-অমোম, খুনু লাবা-অমোম লোয়নঙ্গুনা শান্নজবা, নোংমগী নত্তনা আতবগুলাপ লৈনম চেল্লবা লাইজা পাংতা চাইথজরগা, মশামক্কী মতৌগুম পোন্দা য়োক্লিবী খোইনিঙবু ঘি-খোইহী তোংলবা মচিঞাক পীজরিবা মহাকসে 'হি' হায়গদ্রা নত্রগা 'শী' হায়গদ্রা? অদুগা-অদুগুম্লবী নুপীনা মরেবাক নিংবদগী, মশাগী নুংঙাইবা মরল লোয়না থাদোক্লম্লগা-নিংথৌ মনাইশিংদ চঙজরুবগী মহুত্তা ভিক্কা নীদুনা হিংবনা হেন্না অফবনি খন্দুনা, নেপালগী চীংগী লমদা চঙজফম লৌদুনা লৈপ্রবী মহাক্তু 'হি' হায়সিরা নত্রগা 'শী' হায়সিরা? মথৌনাতনা 'হি' 'শী' খাযদোকপা যাদে হায়রবসু অদুদি লালোং হৈবনা 'হি- শী'গী খঙদোক্লবা য়াগদ্রা? অদুগুম্লবী জোৱাননা ওর্লিয়ান্সকী লানবন লান্দাবদা খ্বাইগী মাঙথাদুনা লমজিংখিবী, ফ্রান্সপু অমুকহন্না নীংতম্বা ফংহনখিবা, মহাক অদু 'হি' হায়সিরা—'শী' হায়সিরা? অদুগা বেডফোর্ডনা মহাকপু অৱাতুরৈ চন্নবা জোৱানগী কৈশুমশঙদা নুপাগী ফিজোল ঙাকশেন্দুনা লৈখিবম্ব। মহাকপু 'হি' হায়গদ্রা? নত্রগা 'শী' হায়গদ্রা? নত্তে, লাল্লোং হৈবনসু মদু খঙবা ৱারমগনি, অদুগা হায়নবদি লৈ-মপাঙ্গল লৈবা মহাক নুপানি, শোল্লবা ফুরুপ, কাঙবু অদুদি নুপীনি। ফরে—কোমৎ মশাবু হৌনরোল খ্বাইদগী হেন্না খঙলবনি খন্দুনা ইউরোপকী পণ্ডিতশিংগী মফমদগী খাজনা খোম্বা হৌখিরম্মী, অদুগুম্লবা মপালৈতনা কল্লবা মহাকপু মাদাম ক্লোতিলদ দেবোনা মশাগী মতিক ময়ায়না খুদুম চনখিরম্মী, মহাকপু 'হি' হায়গদ্রা, 'শী' হায়গদ্রা? রোম লৈপাক শেমগৎলম্বা নিংথৌশিং, অমমম্না মালেমগী নিংথৌনি, অদুগুম্লবী মিশরগী মহারানী ক্লিওপেট্রানা অদুগুম্লবা নিংথৌশিং অহুম্মু মহাক্লা খুদুম চল্লম্মী, মহাকপু 'হি' হায়সিরা? নত্রগা 'শী' হায়সিরা? তশেংবদি মালেম'সিদা কনানা 'হি' কনানা 'শী' - লেপ্পা য়াদে। নোংমা কীর্তন শক্লম্মী, কীর্তন শকপী অদুনা শক্লকপদা হায়রকখি- "নোংশা অমোম ওইরগা লমহুই থৌগল তৌগদ্রা?" অমসুং অনৌবা বঙ্গগী নহারোল কাংলুপ্পা মস্ত্রনা শুক্ষৎলবা থম্মোগ লাইথিগুম্না মহাক্কী মায়থোং য়েংদুনা লৈখিরম্মী, ঐদি তশেংবমক্কী কীর্তন শকপী অদু নোংশাগুম খল্লম্মী, অদুগা তিল্লিবা বাঙ্গালী নহারোলশিংবু লমহুইনি হায়না লৌরম্মী। মতমদুদা কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা হংবিরম্লবদি মখোয়সিদা করম্বনা 'হি' নো; কবম্বনা 'শী' নো? অদু ওইরম্লবদি ঐনা শোয়দনা হাযরমগনি মদুদি- কীর্তন শকপীদু 'হি' নি অদুগা লেঙহাদ্রবগুম তারিবা মীয়ামদুনা 'শী' নি। তশেংবদি বঙ্গগী নহারোলশিং করিগুম্বদা হি, করিগুম্বদা শী অমসুং মফম পুন্নমক্তা 'ইট' না মহুৎ শিন্দুনা ওম্লোক্লরে।

মদুগী চৎনবী- মওং লৈরি। খুদম ওইনা, মরূপ-মপিজালক্তা "হি" য়ারেকশঙদা শী অমসুং থৌরম-থৌদাদা 'ইট'। মখোয়দু ঝা-ঙাঙবদা (ভাষন) হি, সাহেবশিংগী মফমদা শী, য়ু থক্লগা 'ইট' ওইখি। অদুনা অমা অমবু ওইরবসু, ইট, হি, শী গী মতাংদা ইশা ইতোমতগী চিংনবা কয়ারোমসু লৈরি। মধু চাটার্জিনা ঐগী মিং পানশিন দুনা করিগুম্বা করেম্নরুবগীদমক প্রসন্ন শঙ্গোম য়োনবীনা শঙ্গোয়া থন্নবা চফু অদু মাগী মকোক্তা থোমদুনা, চাটার্জিদুগী মপাঙ্গল চাংয়েং তৌগে খন্দুনা খুৎলায় থাগে খনখিরম্মী, ময়ামগী মীৎয়েংদ প্রসন্ন শী- অদুগা ঐঙোন্দা নোংমা নসীরামবাবুনা হায়খিরম্মী - "চক্রবর্তী উই- উইবদগী ঙসিদি ফমুং মৈ থাদোক্লে, নোংমদি লক্তামে থাবগুম তৌরকপা য়ারি" মদুদগী কিদুনা কানিগী চাং হুম্বহনখি- মদুদা ঐসে 'হি' ওইরিব্রা? অসিগুম্বা ঝায়েলগীদমক মীয়ামগা ঐগা ঝাখল তিন্নদবনি, অবোইবা ঝাহৈদি - ঐ ইশামক্লা 'হি' 'শী' অশেঙবা লেপথোকপা ঙমত্রবদা, থাজবু 'হি' নত্রগা 'শী' নি হায়না করম্না লেপ্পা ঙমগনি? থাজনা হি ওইরবদি - ঐ শীনি - মরমদি ঐগা থাজগা নুংশি মীৎচান্নপ্রবনি। অমসুং ঐনা থাজবু লুহোংদ্রবা য়াদ্রবনি। লোয়নননা ঐসে তশেংনা কমলাকান্ত চক্রবর্তী ওইববদি অদু ওইরবদি থাজসে 'শী' নি। থাজদি ইংরেজশিংগী ওইনা 'শী' ওইবনি। মরম অদুনা ঐনা থাজবু ইংবেজশিংগী চৎনবীদা পুল্দি লৈগুন শেন্নগনি।

হৌজিক মখল কয়াগী চৎনবীদা থৌরম মখল কয়া পাঙথোরক্লে। ঐসু বিলাতকী চৎনবীদা লুহোংগনি। হৌজিক শায়োন তরা (দশবতার) থৌরম তরাদা পাঙথোক্লবক্লে। ঙা, থেঙ্গু, ওক টেবলগী লৈতেং ওইনরক্লে। নৃসিংহরাম কমলাকান্তগুম্নবা হিংচাবা শাগেগী প্রহলাদশিংদা চঙজফম ওইনপ্রে। বামনগী শায়োন্দ বঙ্গলমগী নহারোলশিং ঐগী সনাগী থাজবু মখুৎনা শোকপগী তান্নরি। অহানবা রামগী মফমদা মখোয়না পলেম- থৌগল, অনীশুবা রামগী মফমদ্ম লোয়নবী- থৌগল অমসুং অরোইবা রামদগী ঈশিং থৌগলগী মহে ফংলে। মখোয়না বৌদ্ধগী মতুং ইন্না অরেপ্পা লৈত্রবা তাইবংপান্নি খন্দুনা কল্কিগী চৎনবী মীহাৎপা শক্তম লৌরক্লে। হৌজিক মতমগী শাক্তগী* মতুং ইন্না অচা- থক থোঙলগা শৈবগী* ত্রিশুল না লেংদুনা য়োৎতুনা চানরক্লে, মদুগী মথংদা ময়াই কারবা লাইজ থক্কনি। মতুং জেরুজালেমগী অহানবা গৌরাঙ্গগী পাউতাক মতুং ইন্না লাইশোনফম শেমগনি। ময়াই ওইবা গৌরাঙ্গ নবদ্বীপকী মীয়ামগুম

* শাক্ত: শক্তি (দুর্গা) ঈবাংপা কাঙবু; শৈব: শিববু ঈয়াংপা কাঙবু

হরিসংকীর্ত্তন শকনি, রাধানগরগী গৌরাঙ্গ মচাগুম মচিন্দা প্লোক থীবা হৌগনি।

মরম অদুনা থাজ, মপুং ফারবী থাজ, ঙসি ঐনা বিলাতকী চৎনবীদা 'শী' ওইনা খন্দুনা ইশানা জ্ঞান তানা, পুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা ইশাগী অনীংবা মতুং ইন্না নঙবু লুহোংলবনি। ঐনা ইচা-শুরোন-শুথাং নাইনা,য়াম্না নুংঙাইনা, অতোপ্পগী অয়েৎপা য়াওহন্দনা নুংঙাইবা লৌদুনা খুদুম চন্দুনা থমগনি। অসিদা নঙনা নত্রগা নঙগী নহুৎ-নরেং-শিনবী কনাগুম্বনা করিগুম্বদা অয়েৎপাশীবা নত্রগা শীরবা-অদু চৎনদবা ওইগনি। নঙগী কুনতরেৎ পুন্নমকসু ঙসিদগী হৌনা ঐগী মপুং ফারবা স্বত্ব ওইনা লৈরগনি।

অতে অমুক নখোঙ নম-নোইহন্দুনা, হায়-হুম্না কেথদুনা রোহিনীগা ব্রারী শান্নদুনা করি কান্ননি ? অদুগুম্না খোইরুম-মোমোন মীনোক্লা পারবা লৈচিলগী ফিরুক খুমদুনা প্রপ প্রপ কয়া লাপ্না চৎখিগনি? ইতি কোর্টশিপ সমাপ্ত:

হৌজিক ঐখোয় লুহোংলনি। ঐনা লৈ-পরেং হুক্লে, নঙনসু লৈ-পরেং হুক্লো।

কৈন্যামপানা কৈন্যা ওইরে
বর মপানা বর
মপুক্লিংনা ইরাং-লাইশোন
মোংফম থক্তা য়ারেকফম।
অমুক্তা হায়বিয়ু-হরি বোলো হরি বোলো।

ঙসিদগী হৌদুনা থাজবু উরগা থম্বালনা মমিৎ উইশিল্লরোয়। থম্বালনা শাৎকাইরকপদা থাজনা অমুক মকশিল্লরোয়। হৌজিক ভারতবর্ষগী কবিশিংগী শৈথা মাঙত্রগনি —হান্নদি,

থম্বাল মমিৎ উইশিল্লি, থাজবু উবদা
হৌজিক্তি,
য়েংনিংবনা থাজবু, থম্বাল মীৎয়েং শাংখেরে।
অমকপা মন্নি লৈবনি থম্মোয়নুংদা থাজগী
তৌইগুম্বসুং,
থম্বাল মানা উবদি থাজদি মঙাল ঙাক্তনি।

য়েংভু থাজ ! হৌজিক মী-পোং অমত্তা লৈত্রে। নঙোন্দা ব্রাহে খরা হায়গে খল্লি। নহাক নঙগী ফজবগী নাপলনা মফম-মরাং খঙদনা ফজবা উৎকনু। মচা

কাইনরবী মমানা মথবাক য়ৈনা কপ্তুনা নঙোন্দা য়েংলকপদা, নঙনা মাঙোন্দা ফজবা শক্তম উৎলুদুনা করি কান্নগনি? অমোৎপা মমি থাংলবী নঙগী মায়থোংদু মতমদুদা থারবা অমুবা নোংগী মপেলক্তা লোৎশিন্দুনা থম্মু। তাইবংপানবগী অব্রা-অন্যাগী মৈশানা চাক্রবা মীশিংনা নঙগী নফমদা লাক্লগা ব্রাকৎলকপদা মতমদুদা নঙগী ফজবা মঙোন্দা উহলগনু, মহাক অব্রা-মৈনা চাক্রবনি, নঙগী ফজবা মঙোন্দা হুগী পাংথক ওইথিগনি। অদুমক ওইনা মাইথোং কুচু ঙাংনা ব্রারী শায়বীয়ু। পুম্নমকপু তুক্কচ্চরবা মহাক অদো, কনাদসু মীনুংশি মরিক অমত্তা মঙোন্দা পক্রবা অদুগা সংসারগী থম থেংলবা নুংঙাইবগী ঙমখৈনি খন্দুনা থব্রায়বু থাদোক্লগে থৌরাংলিবা মঙোন্দা অরেম্বা আশাগী মঙাল পীদুনা থেমলুরনু। নহাক হৌজিক্তি ঐথক্তগী ওইরবনি, নঙনা অতৈ করি উৎতুনা অতোপ্পা অমবু থেমলুগনি? অদুগা কমলাকান্তগীদি তাঙ্গা- মেঙ্গা লৈতে, ওইবা ওইদবা য়াওদে, অব্রা-নুংঙাইসু লৈতে। নঙ মতম পুম্নমক্তা ইনাক্তা লাক্দবনি, নঙগী নশাগী ব্রারী-ঐঙোন্দা হায়গদবনি, ঐগী ব্রারী তারগা নশাগী থম্মোয়নুংদা নশাগী লু-তোংদা তিনশিন্দুনা তোংশিন্দুনা থমগদবনি। নঙ থাবলগী অহিংদা ঐগা উন্নবা লাকউ, নঙগী থোংলবা মঙালদু পুদুনা অমম্বদা চাক্তাগনু। ঙসিসে ঐখোয়গী নুংঙাইবা নুমিৎনি, মদু নঙ নত্তনা অতৈ কনানা থঙগনি? ঙসিদগী গঙ্গা মপান অসিদা লৈরাংথক্তা য়ারেকমিন্নগনি। থাবুং ফারবা মতম পুম্নমক্তা খুদক্তা ঐগী নাক্তা লাক্নু। পাঞ্জিশিংনা পীবা অফবা তাঙ্গা য়েংদুনা নুংশি চিলোক্রবা লাকউ, নত্রবদি নোংমা রাহুনা নঙবু লমথাংদা খুদক্তা অমুবা ময়ি তাহন্দুনা অব্রাবা পীরমগনি। অদুগা ঙসিগী লুহোংবগী অহিংসিদা অনৌবীগী মফমদা অসিদগী হেন্না পাওতাক পীরবদি ধর্ম্মগুরু মাল্লগনি। মরম অদুনা-অলমতিবিস্তরেন।

হৌজিক অমুক্তং

কমলা থাজগী য়ারেকশঙদা
খোঙু কোকিল পঞ্চম্ সুরদা॥

হৌজিক থাজ, অমুক্তা মালেমথক্তা কুমথদুনা লাইজ ঈপাকথক্তা লাইগী জগোইশাবীগী শাথেক্তা জগোই শারো য়েংলসি। অমুবা নোংগী মরক্তা শাফু কন্না চেনশিন্দুনা অমুক্তা ঙমখৈ নাইদ্রবা অতিয়াগী খৈনাইদ্রবা লম্বীদা থক- খা ওন্দুনা তাদুনা লৈয়ু। অমুক্তা থারবা নোংলক্তগী, পীক্রবা অহোবা মখুলদগী ঐঙোন্দা নঙগী থুন্ন- মীৎয়েংনা য়েংলকউ। অমুক্তা থব্রানমিচাক মশেন খৎনহল্লগা, মখোয় মশেন লান শোক্রবগুম, অদুদগী মায়কৈ অনীমক্কী লানগোয় মরোল ফাওদোকুনা শাফু

কন্না চেল্থোরকউ য়েংশি। অমুক্তা খোঙজেল কন্না চেল্লুবগী চোকথরদুনা, মুক্তাবু ইকায়হল্লিবা হুমাং মরিক্তা চোংলবা লাইবক্কী মায়খুম হাইদোক্লগা অতিয়া খোংনাওদা ইংনা মীংয়েং শাংখৈদুনা হঙচিক' লাংদুনা লৈয়ু। অমুক্তা মশিং লাকঙমগ্রবা অমৃত-ঈরিক থীক্লুনা নোংঈনশিংগী পেন্নাইদ্রবা লৈয়েংদা মহাও পেন্না য়েনবীরম্মু, অমুক্তা কমলাকান্তগী থম্মোয়লকানুংদা ওাল্লরো লাও, কমলাকান্ত হিংথখিরম্মী। হে থাজ, নঙদি শজোম লাইজ ইরোমুংদগী পোকচবী, মালেম মরোল অহুম কোয়রিবী ওইদুনসু নুজা হৌনা লীচংকুম ওইনচাউবী ওইরবরা? কমলাকান্তনা লংজরুবা করি মরালনো খঙদ্রে-নুপা-নুপী খেন্না-চয়েৎ লীক্লম নাখৈ শেংদোক্লবগী করিগুম্বা অমুক্তং প্রসন্নগী মমীং পল্লুবগী অদুক ওইনবদি ঙসিগী অহিংসিদা কয়া ফজদে। য়েংঙু, নঙসে অমুবা ময়ি লৈরবীনি, অদুম ওইনমক ঐনা নঙবু লৌশিল্লবনি। নঙবু লুহোংলুবগীদমক ঙসিদগী Lunatic* অমা ওইরবনি। পাঞ্জি খঙলবশিংনা হায়নৈ, নঙসে নুঙগী থম্মোয়পানবীনি, অদুম ওইনমক নঙবু ঐনা লুহোংলবীনি। মখোয়না হায়নৈ নঙোন্দা মীওইবগী মীনুংশি চেন্দে, অদুম ওইনমক নঙবু ঐনা লুহোংলবনি। অদুম্মক ম্বারৌরিব্রা? অদুনা *সংসার অসি হুগী মপৈনি, চীং- উপাল লুরেল কোক্লুনা, অদুগী খুবাক্কী-লৈই ঐগী কোথক্তা থাজংলু। ওন্নবদি মতম'পুম্বগী শংবান্নরবা মচুনা কুপ্লবা বৃন্দাবন্দা, অমুক্তা নোংগী মায়খুম খুমদুনা অমুক্তা ওইনচাউরবী রাধিকা ওইনা ফল্লো লাও। ঐ অমুক্তা নুপীগী খোঙ শোক্লা পায়দুনা খোংজেল লেপ্লবা তোল্লবা পুন্সি মহৈ য়ান্নবা হোংনগে। ঙসি ঐসে ইরাল চাম্মনা লাল্লবসু নঙগী মফমদগী ঐগী পাপ ময়াম কোকপা* ফংজগে। নঙসে ঐগী নীংজবা পুন্সিগী পান্দম্লি। ঐগী বৈতরনীগী অনৌবা নব্বানি।

অদুম তৌরবদি ঐ চাম্মরক হুন্না লুহোংগনি।

হৌজিক কমলাকান্ত অনৌবা লুহোংবগী চৎনপথাপ তন্নবনি। কমল মশানা বর, য়ুম্মু, লাইশোন পীবা, লুহোংবা শীনবা হৈরবনি। কমলাকান্ত হৌজিক অসিদা অদুদা লুহোংবা পাঙথোকপা ঙম্লে। অনৌবা য়েন্নিংশিংনা পামেল মশা শাইজিখাদগী নৌর-মায়থোং লীথোরক্লুনা, লৈনানা লিরি হুমদুনা খুংলাম তোইনা কৌবা উবা মতমদা ঐনা মাবু লুহোংগনি। থম্বাল লৈরাংনা লুর-লাইজ-ঈকোন মীংশেন্দা মশাগী

* কমলাকান্ত অমুক্তি প্রসন্নগী মখোঙ পায়খিরম্মী- মদু শজোমগীদমকনি।
* Lunatic - খাশি- খানৌদা হৌবা অঙাওবা মখল অমা।

শক্তম্ব চুবা পৈনা. য়েংদুনা নোকচবা উবদা, ঐনা মাবু লুহোংগনি। ঈশিং চাইবীনা চুমথাংবু ফাদুনা পুরক্লগা কোইনা- লৈনা শাম্নরিঙৈ মতমদা, মহাকপু চুমথাং লীরুং পায়দুনা য়াশকহল্লগা ঐনা লোয়নবী ওইনা লৌশিনগনি। সনা মনিমুক্তানা মথা-অন্নাং মায়কৈ য়াহিগ্না ভূমখুল তাম্লিঙৈ-মতমদুদা মহাকপু মখুৎ পায়দুনা তপ্না তপ্না য়াকাইহল্লগা, উরীনা নাম্লগী চোম্লাং নোম নোম হাইদুনা মুরবা শম্লাংনা মায়কৈ মরিদা চোইজাইনা শন্দোক্লগা, ঈংনা-চিক্লা মেংলবা কোরৌ মৈশাদা লুম্বু শানা য়াইরিঙৈ, মতমদুদা মহাক্কী শম্লাং চবুনলক্তা লুরেন থীংজিন্দুনা মহাক্কী চোম্লাং হাইদোক্লগা মাগী বরবু শক তাক্কনি। কমলাকান্ত চক্রবর্তী হৌজিক লুহোংবা হৈরবনি, নুপা-নুপী শেম্বা হৈরবনি, অতৈ কনাবুসু ঈরাংলরোয়। নখোয়না ঐগী পাউতাক অসিবু য়ানিংলবদি, ঐগুম্না লুহোংবীয়ু- ঐ লুহোংবা শীনবা নিংথিনা হৈরবনি, নখোয়গী নপুক্লিংনা তাবা পোংলম ফংহনগনি।

~:o:~

# বসন্তগী কোকিল

নঙদি বসন্তগী কোকিলনি, অঙকপা মীনি। লৈরাংনা ফুগায়না লৈশাং তম্লকপদা, খাগী নামিবা নুংশিংনা লিরি হুম্লকপদা, মালেম অসি নুংঙাইবনা খমথোংবগী তনীক্লবা মতমদা - তাঙ্গাদুদা নহাক্লা লাক্লগা ফাগি- জুগাই তৌবা হৌররি। ঈংলবা নিংথমদা, মীয়াম্না থক- থক নীক্লুনা খাঙলিঙৈ—মতমদুদা নঙবু কৈদা লৈবগে ইবুংঙো? ইঙাগী নোংজুদা ঐগী য়ুমগী শাইজিনখাদা তুরেল চেল্লিঙৈ—মতম অদুদা নঙগী নাম্না যুরবা তনৌরবা হকচাং কয়াৎ অদু কদায়দা লৈরুবগে? নঙদি বসন্তগী কোকিলনি, নোংজু- নিংথমগী কনাসু নত্তে।

শাউগনু, নঙগুম্বা ঐখোয়গী মরক্তসু য়াম্না লৈরি। নসীরাম বাবুগী লমগী খাজনা কারকপা মতমদা তাইবঙ কোকিলনা মাগী ময়ুম লৈকোল পীকথল্লী, মরূ কোক্লবা, চন্দোন থিল্লবা, অনোক উপ্লবা কয়ানা কৈথেল কাবগুম তিল্লি, শৈরেং কয়া, শৈরেং মতেক কয়া, ঈশৈ, ইংরাজী, ফৈরেং-তুরেং ইংরাজী লোলনা নসীরাম বাবুগী ফম্ফমকা অদু চেক্লা খুনু খোঞ্জেলতনা নিল্লবা অচৌবা য়ুমজাউগুম নিল-খোংবনা পুন্নাং লাঙন্তি। মহাক্কী ময়ুমদা জগোয়-ঈশৈ, কুম্মৈ, থৌরম পাঙথোকপা মতমদা তাইবঙ কোকিল শঙ্কু শঙ্কু লাক্লুনা মহাক্কী য়ুম-কৈ পুমথন থল্লি। খরনা চারি, খরনা থক্লি, খরনা ঈশৈ শক্লি, খরনা নোক্লি, খরনা লোক খুরি, কনা অমনা হীদাকফু থক্লি, কনা অমনা লাউ- খোংলি, কনা অমনা কানিগী চাং হেন্না চিংলি। নসীবাবুনা লৈকোল পাংলকপা মতমদা তাইবঙ কোকিলশিং মহাক্কী মতুংদা ককচেং পরেংগুম তুংইল্লি। অদুগা নোংনা লেপ্পা লৈতনা চুখিবা অহিংগী মতমদুদা, নসীবাবুগী মচানুপানা মনুং- মতম চাদনা শিখিবা নুমিৎতুদা মহাক্কী মী অমত্তা থিবা ফংখিদে। কনা'মনা মশা নুংঙাইতবনা লাকপা ঙমখিদ্রে, কনা'মনা মশুনুপা অমা ফংবগীদমক নুংঙাইমল্লদ্বিদুনা লাকপা ঙমখিদ্রে, কনা অমগীনা অহিংগী তুম্বা য়াদদুনা লাকপা ঙমখিদ্রে, কনা অমগীনা

অহিংগী তুম্নখিবা মতম ওইবনা লাকপা ঙমখিদ্রে। শম্না হায়রবদা-নুমিৎ অদো নোংজুথানি, য়েম্নিংথা নত্তে, মদুদা বসন্তগী কোকিলদি করম্না লাক্কনি?

হে মরূপ, বসন্তগী কোকিল, নঙগী নরাল লৈতে, নঙ খোংঙু। অশোক পাম্বীগী ফৈরাদা তোংদুনা অঙাংবা লৈগী চরোং মরক্তা, অমুবা নহকচাং, চাক্লিবা মৈরক্তা লৈরিবা অমুবা খামেনগুম, লোত্তুনা লৈয়গা, অমুক্তা নঙগী মঙাশুবা খোঞ্জেলনা 'কু-উ' হায়না খোংঙু। নঙগী কু-উ হায়না খোংবা খোঞ্জেলদু ঐনা য়াম্না পামজে। নঙগী নশাদু অমুবনি- চাক্তাংদুনা চাউরক্লবনি, মঙগী মীৎয়েংদা লোইনমক ফত্তবনি, অদুনা ঙল্লিবমখে, অদুগী মঙাশুবা খোঞ্জেলনা খোংলকউ 'কু-উ'। মালেমসিদা করিগুম্বা ফজবা পোৎশক অমা হেক উবদা, মদুদা ঐগী কল্লকপা, মিহৌবা, য়েংথীবা পোক্লবদি- মতমদুদা ৱাংলবা পামেল ফৈবাদা তোংদুনা খোংলকউ 'কু-উ'। করিগীনো হায়বদা, নঙদি ফজবা পক্লরা, চাক্তাংলদুনা চাউরকপনি। উরীদা নুমিদাংৱাইরমগী মালঙনা হুম্লকপদা লোনশিম্নরবা লৈরাং চবুনশিংনা হাই-হুম্না ইম্নদুনা, নুংশিবা লৈনম্না ইপোম হৌরকপা উবদা নঙনা তাঞ্জাদুদা খোংলকউ 'কু-উ'। মশীং লাকঙমদ্রবা কবোকলৈনা অমুক্তা পূল্লপ শাৎমিম্নদুনা, মশাগী লৈনমদা মখোয়না ঙাওজদুনা, অমনা অমগী মথক্তা লেকথনরিঙৈ উরুবা মীকুপ্তা, নঙনা নঙগী পামেল মথক্রুদগী খোংদুনা লাউরকউ 'কু-উ'। বোকুল পাম্বীগী থোইনা কুংলবা মুবৈননা নীংথিরবা, চঙখোম্না ঙাল্লবা লৈনাশিংগী ফজবনা উপালবু য়োমশীল্লবা, মপূৎ ফারবী শকহেনবীগী ফজবগুম নোক্ল-নোক্লা, হাই-হুম্না, ইপোম-ঈথক হৌনা, থেক্লা-নৌনা, নুংঙাই-মথোই কারিঙৈ, মাগী মশীং য়াম্লবা, শাৎলিবা লৈরাং লৈনম্না অতিয়া শীন-থুংনা চাইথোক্লিঙৈ—মতমদুদা নহাক্লা ফৈরাথক্তা তোংদুনা, লৈনাগা থেংনদুনা নহকচাংবু ঈংথহল্লগা, লৈনমদুনা পুক্লিং-হকচাং শেংদোক্লগা, মদুগী বোকুলমনা মপূংলক্তগী খোংলকউ 'কু-উ'। মাযথোঙ পশোৎ ঙৌববী, মশা তরূ- তনাল্লবী, শকহেল্লবী মালিকানা সন্ধ্যাগী লীক্লানা চোত্তুনা, মঙালগী ময়াম্ন ৱাৎলিঙৈ তাঞ্জা উদুনা তপ্না তপ্না মায়থোঙ হাইদোকপগী থৌনা তাল্লিঙৈ, তাংথক নাই-নাইদুনা মশীং থীঙমদ্রবা অমকপা পক্লবা লৈনাশিংবু শাৎকায়হনগে হোৎনবিঙৈ উবদা, খোইমু লাবনা মতৌ অদু উরগা 'নুংশিনা চঙশিন্দুনা' মখৌ পোঙনা ড্রুং ড্রুং ঙংদুনা খোইহী চুপ্লিঙৈ—মতমদুদা হে মায়মুবা! অমুকহম্না 'কু-উ' হায়না খোংদুনা পুক্লিংগী মৈচাক মুৎথৎলু। অদুগা য়ুম্নুরেনগী য়ুমগী শূমাঙ-নাকচীগী কফোয় মশাদা ফমদুনা য়ুমগী লৈরাংগুম্নবী মচানুপীশিংনা অদুগুম্নবা হাই- হুম্নবা উরীগী মতৌ,

অদুগুম্নবা কবোকলৈগী লৈশাংতম্বা, বোকুলগী ফজবা মওং-মতৌ, মালিকাগী মেঙলবা শক্তম, অমুক্তা অমম্ভা ওইনা তিল্লবা মতৌ য়েংলিঙৈ মঙম্বদুদা, মখোয়গী মমাওমক্তদা, অদুগী মঙাশুবা খোঞ্জেলনা, যুমগী চেকপলদা খোঙ্বাং য়ৈহন্দুনা, মীয়াম্দু তাহন্দুনা খোংলকউ- অসুক ফজবা,অসুক নুংঙাইবা, অসুক শেংলবা 'কু-উ'। অদুদা নঙনা গুম্নবনি- অদুগী মঙাশুবা খোঞ্জেলদুনা। নত্রবদি নঙগী কু-উ হায়বদু কনানসু তাবীরম্লোই। অসিগী পৃথিবীসিদা গ্লাদস্তোন, দিস্রেলিখোয়গুম্বা নঙসু শৃপ্নগী খোঞ্জেলতনা গুমম্রবনি — নত্রবদি নঙগী অদুক অমুবদু চম্নরম্লোই, নঙবুদি চফ্-উয়াম্না হেম্না কাম্নৈ। খোঞ্জেলগী মগুন লৈরমম্রবদি, কাম্নদবা নোবেল ইরমখিবা মহাক্লা করম্না নিংথৌগী মন্ত্রী ওইদৌরিবনো? অদুগা জোন ষ্টুবার্ত মিলনা করিগী পার্লিয়ামেন্ততা মফম ফংখিদ্রিবনো?

অদুনা কোকিল, নঙ প্রকৃতিগী চাউরবা পার্লিয়ামেন্ত অসিদা লেপ্তুনা থবানমিচাক্লা থম্লবা, শংবান্নরবা মচুগী থানিলগী অতিয়াদা, চীং-তুরেল-খুঙ্গং-উমংনা পরীং নাইনা লৈতেংলবা অসিগী চাউরবা সভাগী শঙলেনসিদা, নঙগী অদুগুম্নবা মঙাশুবা খোঞ্জেলনা 'কু-উ' হায়দুনা খোংঙু, সিংহাসন্দগী হেষ্টিংস ফাওবা লোইনমক থক-থক নীকসনু। 'কু-উ', অদুনা মফরে, অদুগুম্নবা খোঞ্জেলদুনা ফত্তে হায়রগা ফত্তে হায়না লৌনি, ফৈ হায়রগা ফৈ হায়না লৌনি। ফত্তবা নত্তনা করিনো? উরীদা তিল্থং পাল্লি, লৈরাংসু তীন চেল্লি, মনমসু হূ চেল্লি, উনাসু কংবা নাই, ফজবা শক্তমসু অহোংবা লৈ, নুপী ওইবীশিং লৌনম হৈ। ফত্তে, অচুম্বনি- নঙ খোংঙু। তৌইগুম্বসুং নঙগী অদুগী মঙাশুবা খোঞ্জেলনা ফত্তে (কু) হায়রগা ফত্তে হায়না লৌনি। নৎত্রবদি ইবুংঙো য়েনবারাবনা 'কু-কু-ক্রুক-কু' খোংদুনা ঐগী নোংঙাল্লমদাইগী নুংঙাইরবা তুমখুলবু ফত্তে হায়বদি- ঐদি য়ানীংলোই। মাগীদি খোঞ্জেলদু খোয়থুম্নদে। খোঞ্জেলতনা সংসারসি লৈঙাকপা য়াই, অচুম্বনি, তৌইগুম্বসুং শুপ্নগী লাউবথক্তনা য়াদে, ব্রাহ্মেগী মন্ত্রনা সংসারবু জয় তৌগে হায়রবদি- নঙগী সুরগী মঙাশুবদু চঙষ্টি- মায় কনবা নৎত্রগা শেলনা ওইবা য়াবা নত্তে। সার জেমস মাকিন্তস, মাগী ব্র াঙাওদা ফিলোসোফিগী লৈতেং হাপ্পুবগীদমক মায়থীবা ফংখি, অদুগা মেকলে রেতরিক্কী লৈশি-লৈথোনগী সুর হাপ্তুনা মায় পাকপা ওইখি। ভারতচন্দ্রনা নুংশি শৈথা মঙাশুবা সুর হাপ্তুনা মায় পাকপা ওইখিরম্মী। কবিকঙ্কনগী শল্লাবগী খোঞ্জেল কনানা তাবীবগে? য়েংঙু, অহল ওইরবা মপা-মমাগী থোংনৌবা য়াওদ্রবা চবেঙ চবেঙ ঙাঙবদুনা কাম্নবা

করি উবা কংবগে? অদুগা বাবুগী নুপীনা, বাবুবু মশাগী খুদুম চন্নবা হায়দুনা মনা চেংনা পায়রগা মঙাশুবা খোঞ্জেলনা লাউরকপদা, মতমদুদা বাবু মহাক্তু মরোল খোকপ্রা, খোক্তবরা?

অদুম্নদি ওইরগা, নঙগী খোঞ্জেলবু মঙাশুবা খোঞ্জেল করম্না হায়রিবনো, মদুদি খঙদে। খোয়থুম্নবা খোঞ্জেলবু মঙাশুবা ওইব্রা? মঙাশুবা অনীদি তশেংনমক্কী খোয়থুম্নে—খোঞ্জেলগী মঙাশুবা অমনা আলতা* তৈরবা অঙাংগী খোঙগী খোঙজিনা খোঙদগী লৌথোক্লগা খোয়থুম্নে।

করম্বা খোঞ্জেলনা মঙাশুবা, করম্বনা তরেংশুবা, কনানা ময়ায়নো- ঐঙোন্দা কনানা তাকপীগনি? অসিনা শামুগী মখোল, অদুনা শগোলগী মখোল, মদুনা ব্রাহোংগী খোঞ্জেল, মদুদি য়োংগী মখোল—মদু হায়রবসু করিমত্তা খঙবা ঙমদে। ঐদি কানি থকপনি—শেরাম্নলা তায়, শেরাম্ননা খঙডি, শেরাম্ননা ইগল্লি—ধৈবত, গন্ধার, নিষাদ, পঞ্চম অমত্তা মবা লৌদে। কনাগুম্বনা, পাখোরাজ, তানপুরা খুংতা পায়দুনা ঐঙোন্দা খোঞ্জেল তরেংপু তম্বিরবসু, মদুদা মহাক্কী খোল্লাউদু তারগা শনবী মঙ্গলাগী নৌনা পোকপা শন্নাও খোংবা মখোলদু নীংশিংহল্লি, লোয়ননা মাগী নাপু হাইফেং কারবা ঈশিং য়াওব্রবা শজোমগী ব্রাখলদা পুক্লিং লূপখি, খোঞ্জেল খঙবা ওইথোক্তে। ঐনা ঈশৈ শক্লিবা অদুগী মফমদা তৌবিমল খঙবা ওইনা থব্রায় হকচাং য়াওনা মথংগী মপোক্তা মঙ্গলাগী শন্নাও ওইজবা ফংনবা আশীর্বাদ তৌরি।

লাও চেক্লাও! নঙসু ঐসু অমতনি—অবাবসু মাম্নে, নুংঙাইবসু মাম্নে। নঙসু লৈকোলসিদা, পামেল উপাল খুদিংদা নতোমতগী নুংঙাইবনা খোংদুনা পাইরি, ঐসু তাইবঙ লৈকোলসিদা য়ুমখোঙ খুদিং, ইতোমতগী নুংঙাইবনা কোর্বেক অসি ইদুনা লৈরি। লাও মরূপ, নঙগা ঐগা পূম্না মঙাশুবা সুরদা শক্লসি। নঙগী কনামত্তা লৈত্রে—নুংঙাইবদি লৈরি, ঐগীসু কনামত্তা লৈত্রে—নুংঙাইবদি লৈরি। নঙগী নপোং-নরলদি খোঞ্জেলদুনি, ঐগী ইপোং ইরলদি কানি মতুম'সিনি, নঙ অসিগী সংসার অসিদা মঙাশুবা খোঞ্জেলতবু পামজবনি—ঐগীসু মদুনি, নঙবু মঙাশুবা খোঞ্জেলনা কনাবু কৌবনো? ঐনসু কনাবুনো? অমুক্তা হায়ম্নু চেক্লা- কনাবুনো?

ফজবা ওইরিবা, মহাকপু কৌবনি, অফবা ওইরিবা মহাকপু কৌবনি, ঐনা

---

* অঙাংবা মহী

কৌবদা তাবীবা—মহাকপু কৌবনি। অসিগী অঙকপা মালেম তেঙবানবসি উরগা করিসু অমত্তা খঙদদুনা ঙকচানদুনা লৈরি—মদুবু কৌবনি। ঙসিগী লোইনাইরবা, নীংথিরবা মালেম কয়াৎনুংগী য়াইবিরেল ওইরিবা মহাকপু কৌবনি। ঐসু কৌগে, নঙসু কৌ। খঙনবু কৌরবসু, খঙদনবু কৌরবসু চপ মান্নে। নঙ করিসু খঙদে, ঐসু খঙদে, নঙনা কৌবসু তারমগনি, ঐনা কৌবসু তারমগনি। খোঞ্জেল পূম্বা তাবা ফংবা করিগুম্বা নাকোং পাল্লম্লবদি, নঙনা ঐনা কৌরিবসি করিগী তাবীরম্লোই? লাও মরুপ, অমুক্তা ঐখোয় অনী পূন্না মঙাশুবা খোঞ্জেলনা কৌসি।

অদুনা 'কু-উ' হায়না শেমল্লবা খোঞ্জেলদুনা অমুক্তা খোংঙু—হে কোকিল। খোঞ্জেল য়াওদবনা ঐগী পুক্লিংগী বারোল করিনুংদসু হায়দোকপা ঙমখিদ্রে। নঙগী অদুগুম্বা মালেম শুমহৎঙম্বা খোঞ্জেল চেল্লম্লবদি মদু ঙম্লমগদবনি। নঙনা ঐগী অদুগুম্লবা পুক্লিংগী বারোল ফোঙদোক্লুনা অসিগী লৈরাংনা থল্লবা লৈকোলসিদা অমুক্তা খোংঙু য়েংসি। হায়গেদি খল্লগা হায়দোকপা ঙমদ্রবা, বাহৈ অদু নঙনা অমুক্তা হায়য়ু। কমলাকান্তগী পুক্লিংগী বাহৈ, হুন্দক্কী মপোকসিদা হায়খিদ্রবা—মদু কোকিলগী খোঞ্জেল চেল্লম্লবদি মীরোল নত্তবা বাহৈ খঙলম্লবা অদুগা থবানমিচাকশিংনা তাবীনবা ওইরম্লবদি- পুক্লিংগী বাহৈ হায়দোক্লনি। মদুগী শংবাম্নবা অতিয়ানুংদা চঙশিন্দুনা, থবানমিচাক মপৈলক্তা পাইশিন্দুনা, করিগুম্বদা 'কু-উ' হায়না খোংবা ফংলরোইদ্রা? ঐনা ফংদ্রবসু নঙনা ঐগীদমক অমুক্তা খোংঙু য়েংসি।

শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্তী

~ঃ০ঃ~

## নুপীগী শক্তম

অয়াম্বা নুপীশিংনা ফজবা শক্তমগী নাপলনা লৈমায়দা খোঙথানিংদবা য়াওই। খল্লি, হকচাং শাথেক্লা হুমদুনা চৎখিবা মায়কৈদা, নীংথিবগী ঈপোয়া মায়কৈ অদুবু শুমহৎপা ঙম্মী, অনৌবা তাইবংপান অমা শেম্মী। মখোয়না খল্লি— মখোয়গী শক্তমগী নোংলৈ নুংশিংনা হুমখিবা মাইকৈদা, মাইকৈ অদোমগী অখাঙ- কনবগী চীংমাইবু হুমদোক্তুনা পুবা ঙম্মী, ধর্মগী ব্রাশক থুগাইবা ঙম্মী, নুপাশিংগী পুক্লিংনা ঈনোৎ হাপ্পকপদা, মখোয়গী শক্তম ফজবগী ঈথক হৌই, মতমদুদা মখোয়গী মথৌদাংগী জহাজ, ধর্মগী হিনাও, মরৌশিংগী হিদিঙ্গা লোয়নমক লুপখি। শুপ্লতগী নিংথিশক্তম থোইচৎনরবী নুপীশিংতগী ওইনা অসিগুম্না খনবা নত্তে, নুপাশিংসু নুপীশিংগী শুম্মৎয়াইনা পংথত্রবা মতমদা মখোয়গী ফজবা শক্তমগী থাগৎপবু শৈথাবা হৌরকই, মতমদুদা মখোয়না হায়রিবা কয়া অদু তাবদা অঙকপা পোকহল্লি। মতমদুদা নোংথক্কী থব্রানমিচাক, মালেমগী চীংদোল, উচেক- ব্রায়া, তীল- কাঙ,উরী- ব্রারী পুম্নমক খোমজিন্দুনা পান্দম্নবগী থৌরাং তৌই, অদুগা অব্রাম্বা কয়াবু মায়থিহল্লগা থাদোকখি। মপুং ফারবা থাজবু পাওকত্তুনা পুরক্লগা শকহেনবীগী মায়থোংগা চাংদম্নে অমুকসু অমুবা মমিনা মকশিল্লি হায়দুনা শীংথানবিদে। নোংদমথিরবী থাজ মশাগী অমুবা ময়ি মথানুংদা কোল্লগা খুদক্তা অতিয়াগী মথৌদাং লোয়শিল্লগা চেনখি। নিংথিরবী লাইবক্কী সিন্দুর উবদা চীংখৈ হল্লক্লিবা নুমিৎপু করেম্নরুই, নুমিৎ কৌবা লাইনা শাউরদুনা মালেম্বু অশাবা মৈশানা চাকহল্লল্লগা চৎখি। মীনোক নিংথিবীগী খোয়রুম চিব্রান উবদা শাৎকাইরকপা থম্বালদা কৌরৌ মশেক্কী মীনোক নত্রগা শাৎকাইরক্লবা থারিকথাদা থাবলগী জগোয় অমত্তা অপাম্বা অমুক হন্না কাওদ্রে, অদুনা থম্বাল- থারিকথাদা তীল- কাঙনা খুদুম চনখি। নুজাগী লিকফাং পরেং উরগা মখোয়না অহিংগী থব্রাম্নিচাক পরেংবু থোইনা পান্নমদে, মতুংদা পাঙ্গিশিংগী মনাক চৎপা থাদোক্তুনা সনা শাবা তল্লকপগী মওং ওইরকপা য়াই। ফজরবী নুজাগী হকচাং শাথেক্তা মখোয়না অদুক্কী

মতীক ফজবা মওং উবা ফংলম্মী মদুদি, থাবলগী অহিংদা তপ্পাতপ্পা হাইরিবা পান্মেল লৈনা নত্রগা লেপ্তুনা নোমলিবা সমুদ্রগী ইপোমদা থাবলনা শান্নজবা, মদুদা মখোয়গী পুক্লিং চণ্ডদ্রে। অদুনা ওইবা য়াই- নুমিদাংদা তুন্নিবা অমসুং সনাবুল পরেং পরেংনা তুরেলবু কংনবা তৌরিবা। অমুক নুপীগী মীংয়েংবু শৈথারকপদা, ঈকোনথক্তা লিরি হুম্বা মালংনা নোম- নোম হাইহুমলিবা অশংবা থরোবু লাপ্পা নাথেরম্মী, মালেমগী করিগুম্বা অমতদা খোইদারুবা ওমদে।

অসিগুম্নবা নুজা শক্তমগী লৈশি লৈথোম্নিবশিংগী চাংদম ষাহে ষারোল হেনখোইনা খণ্ডববু খরদি থাগৎফম থোকই। মীং অমা: মখোয়গী ষাখলগী পাম্বৈনা করিগুম্বদা চেক্লা, খুদমদা- খমত্রাংচাক, নোংইন, করিগুম্বদা লেমলৈ ঙা, খুদম ওইনা ফাবৌ ঙা, করিগুম্বদা উরী- উপাল, খুদমদা থম্বাল, অঙাংবা থম্বাল, থরো অশংবা। করিগুম্বদা লেণ্ডন্ত্রবা পোৎশক, খুদম ওইনা অতিয়াগী থবানমিচাক। থাজ অমা, করিগুম্বদা নুজাগী মায়খোং, করিগুম্বদা খোঙগী খুজিল। ষাংলবা হিমালয় চীংদোল, অমসুং পীক্রবা থোংলবা মগ্রাম, অমতগী ওইবা পান্দমফম্নি। তৌইগুম্বসুং অসিখক্তনা কোন্নদবনা, কফোই কদম্ব অসিগুম্বা চাংদম লংলানা পুনশিল্লম্মী। ঈশিংগী পীক্রবা চেক্লা ঙানু অমসুং কংফালগী চাউরবা শামু, মখোয়গী খোঙথাংগা চাংদম্নদুনা শীংথানরি। অদুবু শামুগী খোঙথাংগা চাংদম্নবা কয়াদি থোক্তবনি। শামুশিংগী নিংথৌ ওইরিবা শামু অদুগা, অদুগুম্নবা শামু খোঙথাং ঙমজবীশিংগা চাংদম্নফম থোকই। অখিবদি লৈ, শামু নোংমদা লেপ্তুনা য়াম্না লাপ্পা চৎপা ঙম্মী, শগোল ফাওবা অদুগুম্না ঙমদে, লম লাপ্পা চৎকদবাশিং মখোয় শামু খোঙথাং ঙমজবীগী নমদা তোংদুনা চত্রিবা করিগীনো? রেললম্বীনা য়ৌদ্রিবা মাইকৈ, অদোমদা শামুখোঙথাং ঙমজবী নুপীশিং খনখন্দুনা মী পুনবা থম্নবদি করি থোক্কনি।

ঐসু মতম'মদা নুপীদা থবায় লুপচবা কবি শঙ্কুলক্তা তিল্লম্মী। ঐ মতম'দুদা নুপীগুম্বা ফজবা পোৎশক পাক্রবা সংসারসিদা অতৈ উবা ফংলমদে। লৈহাও, থম্বাল, কুন্দ, কদম্ব, গুলাপনচিংবা লৈরাংখিবিক নুপীগী মশোং মঙালনা হৎলিবা লৈরাং ম্যালিকাগুম্না পুক্লিংহুবনি নীংলমদে। শেংনা হায়রবদা বসন্তগী লৈরাংনা য়োম্নবী মালেমদগী ক্রুগাইনা শাংলবী নুজাবু হেয়া ঐনা নুংশিজরম্মী; নোংজুগী লাইজ ঈপোম্না ঈথক হৌরবী নোক্তুনা চেন্নিবী তুরেলদগীসু মহী-ময়াই চেন্নবী নুজাগী মায়কৈদা লেপ্পম্মী। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি ঐগী অদুগুম্বা ষাখলদু মাঙম্রে। ঐ অনৌবা জ্ঞান

ফংলে। ঐ মায়ানা য়োন্নবী নুপীশিংগী মিত্রংগী য়ুখল হাইদোজনা মপালদা চেঙ্খোয়রক্নবনি। ঈনচিংবীগী মন্নবা ঈন্দা অচৌবা শারেং লক্লবদি, ঈন শেগাইদুনা নাঙ্খোকপগুম ঐসু অদুগুম্না নাঙ্খোক্লবনি। পীক্লবা মীরাং মহম্মদগী কোবী তীলনা মহমসী লাং থদত্তুনা নাঙ্খোরকপগুম, ঐসু অদুগুম্না নাঙ্খোরক্লবনি। লমহেন্নবা মণনা অমুক্তং থৌরী থদংপদা থৌশাদুনা চেনবগুম ঐসু অদুগুম্না চেল্লক্লবনি। পুম্নমক কানিগী থৌজালদগীনি। হে ইমা, কানি লাইরেন্সী! নঙগী কৌটা লোয়বা নাইদবা ওইব্রীয়ু। নঙ চহি চহিগী সনাগী জহাজ তোংদুনা খাগী লৈবাক্তা ঈরাংনবা খোঙদোয়বীয়ু। জপান, সাইবেরিয়া, ইউরোপ, আমেরিকা লোয়নমকপু নঙনা খুদুমচনবা ওইসনু, লৈবাক খুদিংদা নঙগীদমক দুর্গা পুজা তৌবা ওইসনু। কমলাকান্তবু খুয়াখাদা থম্বীয়ু। নহাক্কী থৌজালনা মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক ইশাগী পুক্লিং তিংনা ঐনা ৱাহৈ মরি মঙাদং হায়জগে।

ৱাহৈশিং অসি তারগা শুপ্পগী নুপীখক্তা নত্তনা নুপা ফাওবা ঐবু অঙাওবনি হায়বীরক্কনি। হায়জসনু, করিসু কায়দে। অনৌবা ৱাহৈ হায়রম্বা মহাক অদো অঙাওবনি হায়নৈ। গ্যালিলিওনা হায়রম্মী, পৃথিবী অসি উঙদুনা চৎলি। ইতালীগী খঙহৈরবা মীয়াম, ধর্মলৈরবশিং, মীয়াম্না তারগা নোক্রম্মী। অদুগা গ্যালিলিওগী মবুদ্ধি চোইরে হায়না লেপ্পম্মী। মতমগী ঈচেলসু চেঙ্খথিরম্মী। মহৈ-হৈরবা খুম্নাইনা পৃথিবী উঙদুনা চৎলি হায়বা তারগা নোক্লিংবা ফাওদ্রে। গ্যালিলিওবু অঙাওবনি হায়না খনখিদ্রে।

মীয়াম্না ফজবগী মতাংদা নুপীতনা অহেনবনি হায়দুনা য়ানরবা শাক্তনি। মহৈ, লৌশিং, পাঙলদা নুপানা অথোইবনি খঙনরবসু, শক্তমগী ফজবদি নুপীশিংগী মরাইবক্তা ওইদুনা লাক্লি। ঐনা খনবদা অসি চাওরবা অশোয়বনি। ঐগী অথোইবা মীৎয়েংনা উবা ফংলি মদুদি, নুপাগী শক্তমদগী নুপীগী শক্তম্না ফজবগী চাং য়াম্না হৄম্না লৈ। হে ওইনচাওবী শকহেনবীশা! তমথিরবা ফত্তবা হৃগী মীৎয়েংনা ঐবু ইরাল অসিগীদমক তুম্না চাকহনবীগনু। অমুবা লিনবু ইকায়পীরিবী বেনীদুনা ঐবু পুনবীগনু। মীৎচি তেন্না থৌরবা তেঙ্গা থাদুনা ঐঙোন্দা কাপ্নীরক্কনু। তশেংনা হায়রবদা নখোয়বু নোক্লবদা অকীবা ফাওই। লম্বী য়েঙদুনা নখোয়না মীৎচি-লাংথাক্লবদি শামু কম্নাবু মখোঙ পুন্দুনা, নখোয়গী খুদোম্বীদা লৈহন্দুনা থম্মী। কমলাকান্তদি করিসু নত্তে। নখোয়গী নাত্তোনগী নাথাং কেনবদা মী হাৎনবম্নী ওইখোকপা লৈ, শুরুশমগী লিক্লাং

পরেংদগী লিক্কু অমত্তং কেন্দুনা কনাগুম্বগী মথক্তা তারকপদা খোঙ-খুং তেকপা অত্তকপা নত্তে। অদুনা নখোয় হ্নারৌবিনু অদুগা নুপীবু চানবীবা, হ্নাখলদা ঙাওরিবা, চাংদম্নবা হৈরবা সনাগুম্নবীগী শকওং থুগাইগে থৌরাংলি খন্দুনা ঐবু হ্বাংলগে হোংনবীনু। ঐনা খুদম চাংদম পীদুনা উংকনি মদুদি, নখোয় ফত্তবা চংনবীদা লুপ্পবা ইরাংপা কাওবুনি। নখোয়গী ঈরাংকদবা অশেংবা লাইগী মুর্তি থাদোক্লগা অরানবা মুর্তিবু ঈরাংতুনা লৈরবনি।

ফজবা শম্লাং হৌবশিংনা, খুংশেমগী শম হাপ্পদে। অফবা ঙৌরবা য়া হৌবশিংনা, খুংশেমগী য়া হাপ্পদে। মীগী কুচুনা মীগী পুক্লিংহবা ওম্লবদি মদুদা অমুক মচু শওজিন্দুনা ফজহনবগী মথৌ তাদ্রে। মমিং পাল্লিবা মীওইদুনা লিক্লিগী মীং হাপত্রবসু য়ারবনি। মখোঙ য়াওরিবা মীদুগী উগী অশাবা খোঙ হাপত্রবসু য়াই। অদুগুম্না মশাগী লৈজরিবা পোংশক অদুগীদমক থৌরাংবা কনামত্তসু পোক্লদে। মহৌশাদগী কনাগুম্বদা করিগুম্বা পোংচাক অমগী অৱাংপা লৈখিবা তারবদি, মহাক অদু মশাগী অৱাংপদু মেনখংনবগীদমক য়াম্না কন্না হোংনজৈ। ঐহাক অসিগুম্বসি খঙল-উরবা মতুংদা লেপ্পবনি, মরমদি নুপীশিংগী ফজবগী অৱাংপা য়াম্না লৈ। মখোয় মতম'পুম্বদা মশাগী ফজবা হেনগংনবগীদমক খন্দুনা লৈ। করম্বা পাম্বৈনা শকহেনবী ওইহনবা ঙমগনি— মদুগীদমক ঙাওদুনা লৈ। অথোই-অহেনবা, লুরবা লৈতেংগীদমক লাইনিং ওইদুনা লৈ। লৈতেংনা অমত্তা ওইরবা মখোয়গী শক্তমনি, লৈতেংনা মখোয়গী লাইশোম্নি, লৈতেংনা মখোয়গী মরৌশিংনি। মশাগী কয়াংপু লৈতেংনবগী অসুক কন্না হোংনজরিবা মখোয়বু তশেংনা ফজবা শক্তম মপুং ফারবীনি হায়না লৌবা য়াদে। লৈতেং য়াওদনা মশাবু শকহেনবীনি হায়না খল্লিবা মহাক অদো করিগুম্বদসু লৈতেংগী পোংলুম পুবগীদমক কঙাওনফম থোক্তে। নুপাশিংনা লৈতেং য়াওদ্রবসু পেম্থোকপা ঙম্মী। নুপীশিংনা লৈতেং য়াওদ্রবদি মীয়াম তিনবদা ইকায়বা ফাওজৈ। অদুনা নুপীশিংনা মশাগী চংন-লোনচংনা ফজবা মপুং ফাদ্রিবনি হায়না তাকচৈ। নুপীদগী নুপাশিংনা ফজবগী চাং য়াম্না হেল্লি, মহৌশাগী খুংশেম পথাপ মতুং ইন্না নৈনদুনা য়েংলবদি অমুক হেম্না ময়েকশেংনা উবা ফংগনি। থাগোয় শারবা মচুগী নিংথিবা লাইজ ঈরিক্লা শেল্লবা চুমথাংদগীসু হেল্লবা হ্বাহোং মতু হ্বাহোং লাবদা পাল্লি। হ্বাহোং অমোমদা পান্দে। নোংশা লাবগী ওকশমদা শোঙলবা মতু নোংশা অমোমদা হৌদে। ভোঙলবা মরুংনা বণগী ফজবা মস্তাল হেনগংহল্লি। বণবীদা মরুং য়াওদে। তঙাংলবা

নিংথীরবা মতোক অমসুং মচু নিংথীরবা মতু য়েনবাদা পাল্লি, য়েনবীদা পান্দে। অসিগুম্না অচৌবা মখলগী থৱায়গানবশিংদসু নুপীদগী নুপানা হেন্না ফজবা উবা ফংই। তাইবঙ শেম্বা মহাকসু মীওইববু শেম্নকপদা অসিগুম্বা খুৎশেম-পথাপকী তায়োন্ননা শেম্নকখিবা নত্তে হায়না খনবা য়াই। নুপীনা ফনা হেন্না মহে হৈরবসু মহৌশাগী নুপা অমগী ফজবা অমসুং লৌশিংদা মায়থিবা ওইগদৌরিবনি।

ফজবগী ঈনোং হৌবদি মথোং কারক্লিবা মতমদনি। নখোয়গী মথোং কাবগী মতম কয়া কুইনা লৈবগে? জোবারগী ঈথক হৌবগুম খঙহৌদনা লোইখিনি। চহি কুনদা হনুবী ফারে। মতম খরগী মতুংদা নখোয়গী কয়াৎ তুকথরক্লবনি। চহিনা নখোয়গী নিংথিবগী লৈ-পরেং থদৎতুনা পুখিনি। নিফু-নিফুমঙাগী ফাওবা নুপাদা চেনবা নিংথিবা, চহি কুন-কুনমঙাদা ফাওবা মখোয়গীদি মদু লৈতে। নখোয়গী শক্তমদি নোংথাংগুম, চুমথাংগুম ঙাইহাক্কী ওইনা নত্রবসু মতম খরতগীনি। ফজবা শক্তমদা ঙাওরবা মখোয়গীদমক ঐনা চাক চাবগী হেক ফমথবদা পুক্লিংদা অৱাবা ফাওই-ঐগী পুন্সিদা য়াম্না নুংঙাইজদবদি, চাক-এপ্পাং চাকলুক্তা হাপ্লকপদা ইংথখিবনা হাল্লি। অদুগুম্না নুপী ফজবসু অপৌবা চেংগী চাকনি, নুংশি চাকলুক্তা হাপ্লিঙৈ অদুম ইংথবকই-কনানবু হাবা ঙমগদগে? অরোইবদা ফিজেৎ-লৈতেংগুম্না মঙ্গে তোৎলগা, খজিক্তং হরাও-মখোয়গী থুমহি হৈদুনা চানবা হোৎনবা তাবনি।

ফজবগী নাপলদা পোঙলিবী হে চনুরাশিং! তশেংনা অমুক্তা হায়ু-ফজবদি খাঙুথক্কীনি হায়দুনা নখোয়না অদুক চান্ন-লুনা তৌরিবরা? নিংথিজনা উবা ফংদ্রিঙৈ, মপুং ফানা নুংঙাইবা মহাও খঙদ্রিঙৈ মাঙখিনি খন্দুনা, নখোয়গী ফজবা শক্তমগীদমক নিপাশিংসু ঈথৌলাংলবা নোঙ্গৌবীগুম কঙাওনব্রা? শকখঙদ্রিবা মাঙপ্রবা লন্নি হায়দুনা নখোয়বু মদুগী অরেপ্পা মমল লেপ্পা ঙমদ্রবরা? শুপ্নতগী তেল্লবা মতমগী নত্রবসু অতোপ্পা মরমগীসু নুপীশিংনা ফজরবা পুক্লিংহবা শক্তম লাংঙি। মালেম'সিগী ওইনা লৌনরিবা অইবশিংগী ৱাখল্লোন,মখোয় লোয়নমক নুপা ঙাক্তনি, মরমসিনা মখোয় নুংশিবা মীৎয়েংনা নুপীশিংগী ফজরবা শক্তসু শৈথারম্বনি হায়না ঐনা খল্লি। হায়নবা লৈ "পুক্লিংনবু খোয়দারবদি, শাগৈ জাৎ থিদে, মুবা ঙৌবা খঙদে"। নুংশিবা পোৎচাক ওইরিবা নুপীশিংবু, কনানা চন্নবা মীৎয়েংনা য়েংবা ঙম্বগে? ফজরবা মিংশেলগী ময়াইনা উরিবা পোৎশক অথিবা ইরবসু নিংথিজনা ফজহল্লি। পুক্লিং হরবীশিংগী শক্তম য়েংবা মতমদা নুংশিমিৎয়েং শাংখৈনা য়েংগনি। নুপীদগী হেন্না

য়েঙলবা অদুগা করিগী ফাওরোইদৌরিব্নো?

হে নুংশি লাইরেম্বা-নোংচুপ মাইকৈগী শৈথাবশিংনা নংবু মমিং তাংবনি হায়নে। মাহেসি থোইনা লান্দে। নঙগী ময়াইনা মীশিং পামজবা পোৎশক্কী অশোয়বা উবা ফংদে। কনাগুম্বগী মীৎমাদা নঙগী মচুনা শংম্রবদি, মহাক মালেমগুম্বা শুম্মৎয়াইনা কুপম্রবা পোৎশক ওইনা থল্লি। তমথিরবা শক্তমবু মহাক্না পুক্লিংহুবা ওইবা উবা ফংঙি। য়াক্লবা খোঞ্জেল খোইথুম্মনা তাই। শারোই ঙারোইগী শাথেক শাওংবু মালংগী ঈপোমদা নোম নোম হাইরিবা, থোং-নৌরবী উরীগী নিংথীবদগীসু হেন্না তনিক্ল ফজে হায়না থল্লি। অদুনা চীন লৈবাক্তা নাতোন নম্বশিংবু পায়ে। ইংরেজ নুপীগী অঙাংবা শম্নাং, হৌদোং মমীৎশু চান্নতৌই। মরম অদুনা নিগ্রোশিংনা চিঙ্গান চৌবী হেন্না পায়ে। অদুনা বাংলাগী লমদমদা সিন্দুর নল্লবা, বিন্দি নল্লবা, মীৎতা অঞ্জুবা য়েক্লবা মায়থোংবু খোইদানে। মরম অসিননি মীওইবা খুন্নাইদা নুপীগী শক্তম্বু খোইদানবিবা। অদুগা নুপীশিংনা নুপাগুম মপুক্লিংগী মাহে চিঙ্গানথোংদা ফোংদোকপা ঙম্লমলবদিকো হে নুংশি লাইবেম্বা, মশামক্কী মগুন্না ওইরবসু নত্রগা ওইদ্রবসু, অসিমদি ঐথোয়না তাবা ফংলমগনি মদুদি নুপাগী ফজবা য়েঙলুববদি নুপীশিংগী ফজবদি করিসু নত্তে। পুক্লিংগী অরোংপা চিঙ্গানথোংদা নুপীশিংনা ফোংদোকপদা য়াম্না মীপাইজে, তৌইগুম্বসুং তৌথোবকপা থবক্না পুক্লিংগী অরোনবশিং খরদি অদুম ফোংদোকচরকই। শকহেনবীশিং অমনা অমবু হেল্লি হায়না কয়া লৌনিংদে অদুগা নুপা অমবুদি খোইদাবা অদুম লৈরম্মী। অদুনা মখোয়গী মপুক্লিংদা নুপীগী শক্তমদগী নুপাগী শক্তম্না হেল্লি হায়বগী মীচংদা লৈবগী শমিন পীবা নত্রা?

শক্তম, শক্তমগী খনবদা নুপীশিংগী অমাঙবা থোক্লবনি। মীয়াম্নসু খল্লি-শক্তম্না নুপীশিংগী মমল য়াম্লবা লল্লি, শক্তম্না নুপী ওইবীশিং অথোইবনি। মরম অসিন্না নুপী শিংগী পামজবা হায়জবা পুম্নমক মীয়াম্না শক্তমগী মতুং ইন্না অয়াবা পী। অসিদগী মীওইবা খুন্নাইগী মোংলবা ওক্তবী কাংলুপকী হৌরকফম ওইখি। অসিদগী ইমুং মনুংদা নুপীনা মীনাইফমদা লৈখি।

অরেম্না নাইদবা ফজবা শক্তম্না নুপীশিংগী অমত্তা ঙাইরবনি, তাইবঙ ঈপাক লানবগী অমত্তা ঙাইরবা হিরোয়নি, অসিগুম্বা মাহে অত্তে ঐহাক অমুক তানিংম্রে। তাবা ম[illegible]কবনি। তামন্দুনা নাকোং শারে। অত্তে তাবা ঙমদ্রে। ঐনা তাবা পাশ্মী [illegible] নুপীশিংগী শক্তমদগী শরুক চান্মা হেন্না, শরুক লীশিং হেন্না, শরুক

লাক্ক হেন্না শরুক কোটি হেন্না অথোইবা মগুন চেল্লি। ঐনা তাবা পাম্মী, মখোয়দি শক্রোন ওইহ্রিবীনি অখাঙকনবগী, নোল্লুকপা অমসুং নুংশিবগী মায়থোং পুরিবীনি। কয়া কয়ানা উবা ফংখীরমগনি, কয়াগী মতিক অৱাবা খাঙদুনা মমানা মচাবু নাওয়োক নাওকোল্লি, কয়ানসু উবীরমগনি, নুপীশিংনা মরী-মতা, অশোন-অনা কয়াবু লুনা-চায়া সেবা তৌবীরি। মখোয়দু নুপী ওইবীগী অখাঙ-কনবগী (খজিক ওইরবসু) শক্তাক্লবনি। কনাগুম্বী শকহেনবী অমনা মচা মপুরোইবগীদমক মপুন্সি কখোকচবা, ধর্মগীদমক মপাম্বোংগী নুংঙাইবা থাদোকখিবা উবীরবদি, মখোয়না খঙবীরম্বগনি -কয়াগী মতিক কখোকপা, নোল্লুকপা অমসুং নুংশিবা নুপীগী থম্মোয়নুংদা তুংদুনা লৈরিবা।

ঐহাক্না অথোইবা নুপীজাশিংগী মরমদা খল্লুবদা, খুদক্তা ঐহাক্কী পুক্লিং মীংশেলদা উবা ফংই- মপুরোইবগী চিতাথক্তা অশি তুংইল্লিবী সতীগী ঙাম্বোইরকপা শক্তম। ঐহাক্না উবা ফংলি পোৎলোয়বগী মৈরী চাকপা হৌরকলি, মপুরোইবগী খুয়া থম্বালবু মথানুংদা কোন্দুনা মৈরীলক্তা ফমদুনা লৈরি। তপ্না তপ্না মৈবাইরকপা হৌরক্লি, মৈরীনা হকচাং কয়াৎ অমদগী কয়াৎ অমদা চাকপা হৌরক্লি, মৈচাক্লবীনা মপুরোইবগী খুয়াতবু হীরি কোন্দুনা ফল্লি, মরম-মরক্তা হরিবোল শোল্লু হায়দুনা ইনশিল্লি। হকচাং অৱা-মৈশাগী চৈনা ফাওবা উদে। মায়থোং মকা লাল্লি। মতুংদা মৈরী মৈচাক হেনগৎলকই, পুন্সি লোইশিনখ্রে, হকচাংনা তাজোয় ওনখ্রে। কয়াদা কনখ্রবা অখাঙকনবা! কয়াদা শেঙলবা নুংশিবা! কয়াদা অথোইবা নোল্লুকপনো?

মতম খরা হৌখ্রে, ঐনা মতম'দুদা খল্লি মদুদি, ঐখোয়গী ইরমদমগী পাঙ্গল শোল্লবী নুপীশিংনা থোং-নৌরবী ওইরবসু অসিগুম্বা শিবা ঙম্নল্লবা, মদুদা ঐগী পুক্লিংদা অনৌবা আশানা য়াকোয়রকই, মদুদা ঐনা থাজবা ফাওখি মদুদি ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদসু অথোইবগী ইহুল লোত্নুনা লৈরি। করিগুম্বা মতমদসু অদুগুম্বা অথোইবদু উৎপা ঙম্নরোইদ্রা? হে ইরমদমগী চনুরাশিং--নখোয়দি ইরমদমগী মক ওইরিবা লল্লি! নখোয়গী অরেম্বা শক্তমগী নাপল উৎপগী করি কান্নবা লৈবগে?

শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্ত্তী

ওমখিরমদে। তন্দনশিংনা লৈকাই হৎপুনা অতিয়াদা মৈকান্নী কাপলম্মী। কোকিলনা মমাঙ থানা খোংবা হৌরম্মী। বরগী খোঙবু য়াম্না চৎলম্মী। নিংথৌমচা উ-থম্বাল নুমিদাং ওইরকপনা নুংঙাইতবা ফাওদুনা চৎপা ঙল্লমদে। অদুগা জবাকুসুমগী শাগৈ-হুগ্রা-জবাকুসুম অঙৌবা, অঙাংবা, লৈ-মচু, অরাংবা লোইনমক লাক্লম্মী। কবিরৈনা থাইলগী নিংথৌ মচাগুম অবাংবা উশাদা তোংদুনা য়ৌরক্লম্মী। শিজারৈনা মীয়াম্না হম্বুনা খনখিনি মতাগুম হাই-হুমদুনা লাক্লম্মী। চন্দোন মচুগী ফিজেৎ থোন্দুনা লৈহাওসু য়ৌরক্লম্মী। মহাক ব্রান্দি খরা থকচিল্লকপা ওইরম্বা য়াই। য়াক্লবা মনম শন্দোক্লম্মী। কবোকলৈনা ময়াম হৎপুনা লৈনম চাইথোক্লুনা লৈকাই শিনথুংলম্মী। অশোক পাম্বীগী মশালনা নিশাগী ময়াইনা মায়থোঙ পুমঙাক্ত ঙাংদুনা লাক্লম্মী, লোয়ননা ককচেং শঙ্খ অমসু খোঙলোয় ওইনা ইম্নরক্লি। মখোয়দি মগুনদি করিমত্তা লৈতে অদুগা ময়াদি য়াম্না থৌই। লুহোংবা খুদিংমক্তা মখোয়না য়াওখিদবা লৈতে অদুগা লুহোংকম কয়াদা মখোয়গী ময়ানা চীক্লুনা খৎন-চৈনবা কোক্সায় থোকখিবসু লৈহ্রবনি। থরো- অঙাওবা থৌবুদগী মখোয়গী পাওদমসু ফংখীগনি। মকম পুম্নমক্তা মহাক্না কোইচৎ চৎলি, থোইহিসু খরা অদুম ফংলম্মী।

ঐহাকসু বার্তোন ফংদুনা খোঙচৎ অদুদা য়াওরম্মী, মালংবা ময়াম্বু থিন্দোক-থিনজিন তৌগনি হায়দুনা মাঙজৌননা শেন লৌখিরম্মী, মতম'দুদা য়াম্না ইচঙ-থৌনা ঙাংলম্মী, অদুবু থবক থোক্লকপদা কদায়দা লোৎপ্রবনো, থীবা ফঙখিদ্রে। বরযাত্রা মতম ওইরকপনা ময়াম ইঙক- ঙক্লুনা লেপ্পুনা লৈনরম্মী। মালিকাখোয় মায়থিরগনি খন্দুনা ঐহাক্না থিন্দোক-থিনজিনগী থৌদাং লৌবা তাখিরম্মী। বর অমসুং বরযাত্রী ময়াম্বু পুদুনা মালিকা লৈকায়দা থুংলম্মী।

থুংলবা মতমদা, চনুরাশিং, মচল-মচেশিং নুংঙাই মথোই কাদুনা মায়থোং মকালাম্না, লৈনম্না লৈকায় পল্লান্দুনা হরাও-মীনোক তল্লম্মী। উরম্মী, লৈনাগা লৈনাগা য়েৎশিন্নদুনা লৈনমগী পুক্কৈনা চাংজৌ চোলহন্দুনা নীংথিরবী শক্তম্না লোয়নমক লৈতেৎলম্মী। যাতিকুল্লী, মালতি, বোকুল, কুন্দালৈনচিংবা ময়াম্না নুপীময়ুমগী ওইদুনা ময়াম্বু ওকপা থোক্লকম্মী। ইরাৎ-লাইশোনবা থুংলরে, নসীবাবুগী চহি মাপলশুরবী মচানুপী (অহিংবা লৈরাংগুম্বী) কুসুমলতানা লং-য়েৎতুম পায়দুনা লেপ্পুনা লৈরি। নুপীমপানা কন্যাদান পীবা লোইপ্রে, ইরাৎ-লাইশোন মপুনা বর-কন্যা অনীবু লংলা অমত্তদা চেজেৎ পুনশিনপ্রে।

অদুদগী বর অদুবু তুম্ফম কাদা পুদুনা চৎখিরম্মী। শকহেনবী, খোইথুম্লরবী, লৈহিচেনবী কম্মানা বরগী নাকচি-নক্লা ফমলম্মী—করি হায়নি, অঙকপনি। অহল ওইরবী তখৈব্লেনা ইচম চম্না কাগী-জুগাই তৌদুনা খুইথরম্মী। কন্যাগী মতারোয় জাতিকুল্লী কন্যাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হিপ্লরে। কুন্দালৈবু বরনা তাড়কা হিংচাবীনি হায়দুনা লক্লবীরে, মশক্কগী মগুম্না হেন্নবী লৈরাং অশিশক বোকুললনা কাচিন্দা তুমিন্না ফমদুনা লৈরি। অদুগা চোঙ্লাং লৈনা ইনাকখুনবা য়ুমগী মৌওম হিংগোক মচু শেত্তুনা মকা-কম্না ফম্লম্মী। তাঞ্জা'দুদা -কাকা কমলা হৌগৎলো-য়ুমদা চৎলসে-নুমিদাং য়াম্না থেঙলে -অস! লুকথদুনা উইবদা তুশিনগদৌরে, সে... চৎলসে।

কুসুমলতানা ঐগী হকচাং শগন পায়দুনা ইল্লক্লম্মী। বাখল খঙতা তারক্তুনা য়েঙলুবদা করিসু অমত্তা লৈরমদ্রে। লৈকোনগী অহিং'দু কদায়দা মাঙগ্লবনো? পুক্লিংদা ফাওখিরম্মী-তাইবঙপান অসি অরেল্লা নত্তে, খাঙুথক্কীনি। হৌজিক লৈনি, হৌরেন লৈরোই। অদুগী নিংথিরবী লৈকোন্দুনা কৈদা লৈগ্রবগে? মোমোন মীনোক্লিবী, তনানবী খোয়থুম্লরবী শকহেনবী শিঙেলশিংদুনা কদায়দা চৎপ্রবনো? লোয়নমক মফম অদুদা চৎকদবনি। নিংশিং-ঙমখৈ বাংমদা, হৌম্রবা মতমগী ঈরোম্লুংদা। মফম অদুদনি, নিংথৌ-প্রজা, চীং-পাৎ-তুরেল, গ্রহ-থবানমিচাক লোয়নমক্লা য়ৌগদবা—খমুংশবাগী মশাইগোন্দ। হৌজিক্কী লুহোংবা অদুগুম্না লোয়নমক তরং-মালংদা তিনখিগনি, মতমগী নোংলৈনা হমদুনা পুখিগনি-শুগ্লগী করি লৈহৌগনি? নুংঙাইবা লৌবা খক্তবা? নত্তে নুংঙাইবগী মচাক লৈত্রবদি নুংঙাইবা লৌবা ওইথোক্রোই। অদুগা নিংশিংবদি? কুসুমনা হায়রকই-হৌগৎলো, কৈদৌরগে? ঐনা খুম্লমই-"হে অঙাওবী, ঐনা লুহোংবীরম্লিবনিনে"- কুসুমনা ইনাক্তা নকশিল্লক্তুনা য়াম্না তপ্না হঙলকই—করি-কাকা-কনাগী লুহোংবনো?

ঐনা খুম্লম্মী— " লৈগী লুহোংবনি।"

লৈগী-ওন্থোকপনিদকো! ঐবু করি হায়সিগে, ঐসু লৈ ময়ামসি লুহোংবিরে। কদায়?

"সে, উরব্রা লৈ পরেংসে"। লৈ পরেং অদুদা ঐগী বর কৈন্যাদু উবা ফংলম্মী।

~:০:~

লৈবীনবগীদমক মমৈ কয় কয় হাইদুনা নোন্নি, মতম থেঙথরক্লিবা মখে য়োনবা শিংনবা লাংতক্লবা হেন্নকই। ঙা য়োনবীনা লাওরকই- ঙা লৌবীরো, শাগে পুন্ত্রী অচৌবগী অহোঙবা ঙানি-অহনবা মমলদা পীজগে। য়োনবা লোইবগা হঙ্গপ্রগে। কনা অমনা কৌরি-ঙা লৌবীরোসে, লনথুম পাংকী অহাওবা ঙানি। লৈবীবা মদু তাইবঙ মপোক্তা হন্নক্লরোয়। ধর্ম, লন, অপাম্বা নুজাগী লুরেন ওন্দুনা য়ুমথোং খুদিং থোংজিন খুদিং কোইচাই- চাইথোক্লুনা লেরি। লৈবা ঙস্বগী মতীক কনাগী লৈবগে। সনাগী উয়ান্দা মীংকি পীরাংনা ফুংতুনা থম্মোয়গী মৈরীনা মৈশৌ কম্না থোংবা তাবনি-পোং লৈবা কনানো- নথৌনা লৈরবদি চঙলকউ। চেকশিল্লু। শাই তিথ্থং, কল্লবা তিথ্থং থৌনাওদা য়ুরবদি মনেমগুম্বী হোঁদোংগী মথোঙ কোনবা তাই—তিথ্থংগী চৈনানা, লৈবা মীনবু চেনবরা। খরা অমনা কৌরি- ও, ঐগীসে ফাবৌ মচানি, য়োনবগা চংচত্রগে। শাতক শিক্তক মহীদা, ঘি থাও ঈশিংদা, অপাম অপাম মওংদা, থোংনিংবদা থোংবীয়ু, লেনগনি পুল্দি নুংঙাইনা, ঐগী ফাবৌ ঙাগী পাম্বেনা, খরা অমনসু কৌরি-ঈশিংতুনা ফারকপা ঙানি তগং তগং তেক্লিবা, লৈদুনা য়ুমদা পুবীয়ু, য়ুমগী মঙাল ওইবীয়ু।

অসিগুম্লবা কয়ানি উরুবদা ঙা লৈরগে নিংলম্মী- মরমদি ঐগী নিরামিষ (ঙা চাদবা) পুল্দি মরেন্নি। ঙাগী দলালীসু লৈরম্মী। মখোয়বু পুরোহিত কৌই। লৈরিবা দালালীদুদা মমল হংলম্মী—খুন্নমখি মমলদি “পুল্দিচুপ্পা”। মশা মশানা পামজবা লৈনিং লৈনিংবা ঙা লৈবীয়ু। লোয়নমক মমল অয়ত্তনি “পুল্দি চুপ্পা”। অমুক হংলম্মী, ‘ফরে ঙাদি মতম কয়া চাবা য়াগদগে’ দলালী ওইবা অদুনা খুন্নকখি “নুমিৎ নিনি, হুমনিমুক,অদুদগী পুমদুনা মনম চেল্লরুনি”। অদুদি —‘মমল অদুক তাঙনা, অসুক থুনা মাঙখিগদবা পোংশকপু করিগী লৈজরুনি’ অদুনা ঙায়োনফমদগী ঐহাক চেম্ঘোরক্লম্মী। ঐবু উবদা ঙা য়োনবীশিংনা মীকিথি ঐবু চৈবা হৌখিরম্মী।

শক্তমগী কৈথেল থাদোক্লুনা মহৈগী কৈথেলদা চঙলম্মী। অদুদা উহৈ-বাহৈ য়োনবা উরম্মী। মফম অমদা চন্দোনথিনবা শিখা-খাকপা, মুগা ফি শেংপা, নামাবলী ইন্দুনা য়ুবীগী দুকান হাংদুনা, পোং লৈবা মীবু কৌশিলম্মী। পোংচংলোন হায়বা য়ুবী অরিবা চাবদা কল্লবা— মদুগীঅহানবা মকুদা- ব্রাহ্মন নুপীনা অথোইবা পোংচংনি হায়না ইদুনা লৈরি। অরাংপা কৌবা য়ুবীদি মথল মরি থোকই। নহাক্কী য়ুমদা নরন- নথুম লৈ, ঐগী য়ুমদদি লৈতে-মসি অতোপ্পা অরাংপনি ফংত্রিবমখে-মদু অহানবা শরুক্লি। চাদিং তৌদুনা লোইথ্রবদি — মাঙথ্রবা অরাংপনি, অদুগা ঐখোয়গী য়ুমদদি মতম’পুম্বদা



শাথিবা অবাংপনি। অবাংপা মতম'পুম্বাগীরা, ঙাইহাক্তগীরা করিগুম্বা চিংনবীরবদি ঐখোয়গী পুক্কেদা অমুক্তা মীংয়েং তাবীয়ু। মতম'পুম্বগী অবাংপা শোয়দনা ঊবীগনি। অদুনা ঐখোয়গী অরিবা য়ুবী লৈবীয়ু। শুম্নবা, শম্পেক্কবা, শিনবা থুংলবনি। য়ুবী অরিবসি লৈবীয়ু, হৌজিকমক খণ্ডবীগনি। য়েংঙু ইবুংঙো, থৌদা অমসুং মরমগা মরী লৈনবা ব্রাকমদি অরাইবা নত্তে, শেল থাদবীয়ু হৌজিকমক থবক অমা ওইগনি, ব্রাংলবদি ওইথোক্রোই। অদুগী মরম করি অমুক হায়নি, য়েংবীয়ু সে নুংশানা য়ক লাওনা শারবা অসিদা পুং তরুকচুপ্পা য়ুবী য়োনবা লাক্লিবসিগী মরমদি ব্রাহ্মন নুপীনা ওইরিবনি- অদুগা লৈবীবা য়াওদ্রবদি য়ুবী পুদুনা লাকপগী কাম্নবা অমত্তা কংদ্রে। মরমসিনা য়ুবী লৈবীয়ু- নত্রবদি য়ুবী অরিবসিনা কোঁকতা থোমদংতুনা শিজরগনি।

ব্রাহ্মনশিং কল্লবা নুংশাগী মৈশাদা হুমাংনা ঈরি চেল্লবা মরাইবক অমসুং মচিন লেপত্রবা খোল্লাও ব্রাহে তাবদা নুংশিবা পোক্লম্মী। হংলম্মী ঐজ্ঞা ইবুংঙো, য়ুবীবুদি লৈজগে তৌইগুম্বসুং থাগুকাদি য়াওবীব্রা?

করম্না খোক্কনি?

লৈতে ইবুংঙো — থাগুদি থমজদে,

অদুদি য়ুবীদি করম্না খোকপগে?

ঐখোয়দি খোকতে- ঐখোয় চীক্কুনা মকু চাই।

তাবদা ব্রাহ্মনশিংবু খুং লোম্দুনা খুরম্নগা মথংগী দুকানরোমদা চংলম্মী।

মখোয়গী মায়োক্লনা এক্সপেরিমেন্টল সাইন্সকী দুকান অমা ঊরম্মী। সাহেব থরা য়ুবী অরিবা, বাদাম, কা অমসুং ঊহে- ব্রাহে য়োন্দুনা লৈরি। য়ুমগী মথক্তা য়াম্না লূ- নাম্না পিথ্রাইগী ময়েক্লা ইদুনা থেংলী-

MESSRS BROWN JONES AND
ROBINSON
NUT SUPPLIERS
ESTABLISHED 1757
ON THE FIELD OF PLASSEY
MESSRS BROWN JONES & ROBINSON
offer to the Indian Public
A large Assortment of
NUTS
PHYSICAL METAPHYSICAL LOGICAL

পাওচে ইবা পোৎ য়োনবা কাঙবুশিং, চুহি লুপ্পবা ত্তলগী দুকান হাংদুনা শেন-খুৎশিন্নদুনা য়োল্লম্মী। লম্বীগী মীশিংদা ত্তল নম্ফুদা য়োল্লগা মখুৎ ত্তিংখোক্তুনা নীরি-মমল শীগ্রবদি কী মুন্দুনা লৌরি। অদুদা মখোয়না য়োল্লিবা মিংচৎকী নত্তবিন্নবা মনমন্ন লম্বী চৎলিবশিং মনাতোন মেন্দুনা চেল্লম্মী। দুকানমপুশিংনা শজোম হানা য়াওনা শুপ্পগী চিনি অত্তাংবনা অত্তকপা মওংদা ত্তল হৌদুনা মমল হোংনা য়োল্লম্মী। কনাগুম্বনা লুপা, মখাই, সিকিনা কনাগুম্বা খন্নবা খত্তন-চান্নবনা, কনাগুম্বনা মপুং ফারবা উহৈ-য়াহৈগী মখেল লানশিন্দুনা কনাগুম্বা অমনা বাবুশিংগী গাড়ি তোংবা ফংলবদি খন্দুনা মিংচৎ য়োল্লম্মী। অতোপ্পা নিংথৌ খনবা অত্তম-অথৌ কন্নানা অথুম-অহাও য়োনবা শাদুনা রায় বহাদুর, রাজাবহাদুর মিংথোল, তাংলবা ফিজোল, থাগৎপগী অথুম-অহাও থেন্দুনা দুকান কমদুনা লৈরম্মী, খেনখায়, সেলাম (খুরুম্বা), মোয়থেম, লাইয়েংশত্ত, লম্বী-থোং, মমল লৌদুনা অহাওবশিং য়োন্দুনা লৈরি। য়োনবগী মওং মতৌ নাত্তে চাদে-কনাগুম্বনা লৈজবখিবিক শীদুনসু ময়োম মচা অমা ফাওবা ফংলমদে, কনাগুম্বনা শুপ্পগী সেলাম কত্তুনা মোণ অমা মখাইরোম ফংলম্মী। অদুগুম্লবা দুকান কয়ামুক উবা ফংলম্মী —অদুবু অয়াম্বনা পুন্নবা পোৎশকশিং মমল ত্তখায় তানা য়োল্লম্মী- অশেংবা দুকান অমত্তা উবা ফংলমদে। শুপ্পগী দুকান অমত্তংদি য়াম্না অত্তকপা মওংদা উবা ফংলম্মী।

দুকান্দু শুক্লামল্লবা ওইনা উরম্মী —করিসু অমত্তা তাবা ফংলমদে। কৌরুবদসু দুকান্দারগী মখোল অমতা তাবা ফংলমদে —সুপ্পগী থবায়নিংশা পানবাশিংদা অকিবা ফাওহল্লিবা লেপ্তুনা ত্তংলিবা খোজেল অমা তাবা ফংলম্মী —শেংফাত্রবা মত্তালদা থোংজিন্দা ইরিবা ময়েক অদু পারম্মী।

মিংচৎকী পোৎয়োনকম

য়োল্লিবা পোৎ — খৈনাইল্লবা মিংচৎ

য়োল্লিবা মপু — মতম

মমল — পুলি

হিংলিঙ্কেদা অসিদা কনা অমত্তা চংকদে।

অমবা মিংচৎ অত্তে মফমক্কেদসু য়োনদে।

বায়েলশত্তগী কৈথেলদা অমুক চত্তলম্মী। উবদা শা-ককফমনি হায়বা খত্তলম্মী। টুপি উপ্পবা, মকোক মুরবা শা-হাংপা অচৌ-মচা পুম্নমক, খুৎতা থাত্ত মচা পায়দুনা

ৰণ লেপ্লি। ইয়োইনচিংবা অচৌবা শাশিংনা মচি হাইগদুনা চেষ্টোয়রক্রি, য়াও, হামেং অমসুং ৰণনচিংবা শা- মচাশিং কাবীরম্মী। ঐহাকপু উবদা ৰণনি খন্দুনা শা- হাংগা অমনা লাওয়রকই- অসিসু ৰণনি, হাংগা তাবনি।" ঐহাক সেলাম তৌরম্লগা চেষ্টোয়রক্লম্মী।

অদুদগী কৈথেল অচৌবা য়েংনিংবগী অপাম্বা লৈখিরমদে। অদুবু প্রসান্নগী মথক্তা শাওনিংবা লৈবদগী - শজোম অফম্বা য়োনফমদা চঙলম্মী। হেক চঙখিবদা উবা ফংলম্মী - মদুদা কমলাকান্ত চক্রবর্তী কৌবা গোয়ালা অমা মশামক্তা কোর্বেক্লম্লবা বিক্কা ওল্লবা শজোম অফম্বগী চফু কোন্দুনা ফমদুনা লৈরি —মশানসু শজোম অফম্বা চারি —মীওোন্দসু পীজদুনা লৈরি।

খণ্ডপ্রেক খণ্ডনা মীং পাংথোক্লম্মী —নসীরাম বাবুগী য়ুমদা অদুম্মক লৈরম্মী। ইনাক্তা শজোম চফুসু লৈরম্মী। প্রসন্ন শজোম অফম্বা চফু অমা পুরক্লুনা ঐওোন্দা থেমলম্মী —অজ্ঞা চক্রবর্তী, শাওবীরনু। ওসিদি শজোম লৈত্রে —অফম্বা ওইনা পুরক্লবনি- অসিগীদি মমল পীদ্রবসু য়াররনি"।

~:o:~

কুপল্লবা মফোল অমবু কৌরি অরেপ্পা লৈতনা "লাও লাও ইশাবী লাও।" মতুম ওইরবা লেঙনাইদ্রবা থবায় পাল্লবাখিবিক, গ্রহ, উপগ্রহ, শঙাইশেল-লোয়নমক শুজাংগ্নাইগী লায়বা অসিনা পুন্দুনা উঙদুনা লৈরি। মহৌশা লাইরেম্বীনা লাইরেম্ব অমবু কৌরি, "লাও লাও ইশাবী লাও।" অরেপ্পা লৈত্রবা অরুম্বা খোঞ্জেলনি তেংবানবগী - "লাও লাও ইশাবী লাও।" কমলাকান্তগী মশাবীবু লাকখিগদ্রা?

## "ফিজি তথ্বায়দা ফল্লরো"।

নাপীহানৌনা কুপ্লবা, তিংখং- তুম্নৌনা থল্লবা সংসার উমংথকসিদা- হে খোয়দাজবী! নঙগী ফজ্বাল কদাইদা লাংগনি, ঐগী থম্মোয় ফরাংজি তথ্বায়দা ফল্লরো। তিংখংতুম্নৌদগী নঙগী নফল্লাংগীদমক ঐনা ইশাগী কয়াংকি ফিজোল হোংদোক্লবনি— ঐগী ফিগাওদা ফল্লরো। মদুনা ঐগী ঈকাইবা কোকপা, মায়থীবা ঙাকপা, মদুনা ঐগী নিংথিজবনি—পুকচেল তিন্নরবী। নহাক মদুগী তথ্বায়'মা লৌশিল্লো- ফিজিথক্তা ফল্লরো। হে লম্লানবী থম্মোয়, হে নিংথিবী পুক্নিংগী লৈতেং ওইরিবী, হে নুংঙাইহল্লিবী-নাক্তা লাও, ঐঙোন্দা থেংলকউ, ঐ নহাক্তা শাথেংনগনি, লাপ্পা ফম্বীগনু—ঐগী ইশাগী ফিজি তথ্বায়সিদা ফল্লরো। হে কমলাকান্ত, হে থোইচংনরবা, নপুন্সি চুপ্পা যুম্বাদ্রবা! হায়রিবসি নহাক্তী শান্তিপুরগী ঙাছক ফানমিন্নবা নয়াম্বগী ফিজিগী তথ্বায়নি খনগনু। নহাক্তা ফিজি তথ্বায়দা ফম্মুগদবা, মদুগী ফিশাবী ঙসি ফাওবা পোক্তি। ফি-থ্রোংদ্রবা নপুক্নিং ভানগী ফিজোলনা কুপলিবা তথ্বায় অমনা নঙগী থম্মোয়বু কুপশিন্দুনা থম্মু, তথ্বায় অমনা পামজবীদুবু ফমহল্লু। নঙদি মুর্খনি—অদুম ওইনমক নঙোন্দগী অহেনবা মুর্খ অমা লৈরবদি মহাকপু কৌজৌ- "লাও লাও ইশাবী লাও- ফিজি তথ্বায়দা ফল্লরো।"

## "য়েংজগে নঙবু ইমিৎ পেল্লা"

কৈদৌঙৈদসু কনানা উম্লবগে? নহাক নরল- নথুম য়াম্না পৈশিল্লে-নশাগী নরল অদু কৈদৌঙৈদা নমিৎ পেল্লা য়েংবা ফংখিবরা? নহাক নশাগী মিংচংকীদমক থবায় থাবা মখে হোৎনরক্লি-তৌইগুম্বসুং নশাগী মিংচং-মপৈশিং নমিৎ পেল্লা য়েংবা ফংখিবরা? ফজবগী ইখৌলাংদুনা তাইবংপানবসিদা লেল্লক্লে—লৈরাংনা শাৎকাইরকপদা, শিঙেলনা হাই-হুন্নকপদা, চেক্লানা পাইহিরিঙৈদা, অমুবা নোংহৌনা হুন্নকপদা, চীংদোল থক্তা কাবদা, তুরেলগী ঈচেলদা, লাইজনা চেম্বরকপদা, অদুগুম্লবা মফমদা নহাক্তা ফজববু থিদুনা লাক্লি-পীক্লিবা নবানা নুংশিরবা মায়খোং ঈপোম হৌহন্দুনা নোক্লিঙৈ,

ইকাইখিরবী নুপীমচাশিংনা ইকাই-তনিক্লা অকিখোঙদোই হল্লিঙে, মীয়াইচল্লবী নুপীনা নুমিৎ য়ুংবদা মকালাম্না শাংলিবী থম্মালগুম পামুবা লৈত্রবা ফজবা উংথোক্লিঙে—মফম অদুদা নহাক্লা ফজববু খিদুনা চৎলুরি, কৈদৌঙেদসু নমিৎ পেন্না ফজবদু উবা ফংলকপরা? উদ্রিবল্লা নহাক, লৈরাংনা উনা উনা খুইথখি, উহৈনা উনা উনা হৈমুন ফায়, কেল্লকই, পুমথরকই, মহি ওল্লি, চেক্লানা পাইদুনা চৎখি, অমুবা নোংসু হুমদোক্লুনা মাঙখি, অবাংবা চীংদোল লৈচিন্না খুমজিনখি, তুরেলগী লাইজসু কংখি, থাসু তাখিগনি, থবানমিচাকসু মঙাল শামখিনি। লায়নানা নবাগী মীনোক মাঙহনখিনি, ইকাইথিবী নুপীসু ফখিবা তাঞ্জা লাক্কনি, মীয়ায়-চল্লবী নুপী চহিগী তম্মাক্তা খুইথখিনি। অসিনি তাইবংপানগী অবাবা—কৈদৌঙেদ কনানসু মমিৎ পেন্না উবা ফংখিদে। নত্রগা অসিনা সংসারসিগী য়াইফবনি-কৈদৌঙেদা কনানসু মমিৎ পেন্না উবা ফংখিদে। খোঙজেলনা সংসারগী নুংঙাইবনি—তথক্পনা সংসারগী ফজবনি, য়েংবগী পেনবা নাইদে। মদুগী মীৎয়েং ঐখোয়দা য়াওরক্তে। যাওরম্লবদি সংসার অসি অবাবাঙক্তা ওইরমগনি, ঐখোযগী নুংঙাইবা পুম্নমক পেল্লবী হিংচাবীগী খৌবুমনুংদা তাখিরমগনি। অহোংবা নাইবা তাইবংপান অদুগা অপেনবা নাইদ্রবা মীৎলুসিবু শেম্বীরকপা মপু অদু মহাক্কী খুৎশেমগী অথোয়বা খুৎশেম—মদুবু ইমিৎ পেন্না য়েংবা পামজবনি। অহোংবা নাইবা তাইবংপান্নি, অপেনবা নাইদ্রবা পুক্লিংনি, অদুনা য়েংজগে নঙবু ইমিৎ পেন্না।

হে ফজবা! মপাম্লোংগী নিংথিবা! হে নুংগী মহৌশাগা পুন্না তিন্নবিবা! ইনাক্তা লাও—য়েংজগে নঙবু ইমিৎপেন্না, লাপ্না লৈরবদি উবা ফংলরোয়, মরমদি শুপ্নগী ইমিৎনা য়েংগদবা নত্তে। নকশিন্নবা নত্রগা শাথেংনবা নত্তনা পুক্লিং-নোংথাং-ঈথিল হৌদে। ঐখোয় হকচাং-কয়াৎ পুন্না য়েংঙি। পুক্লিংদগী পুক্লিংদা, নোংথাং মরীনা থেংলবদি মদুদা মীৎ পেনবা ওইগনি। ওম্মোকপনি! করম্নবু ইমিৎ পেনগনি। মিৎসু কুপ্তবা য়াদবনি।

**"কুইরবা ভুংদা পুক্লিংনা নিংজবা**
**উন্নহল্লে নঙবু ঙসি বিথিনা।"**

ঐহাক কবি কবিগুরুদসু পুক্লিংনা খন্দুনা লৈরম্মী, শুপ্নগী অবাবাখক্তগী ওইনা নোংদম্বনা থৌজালবিদুনা অয়ুক-নুংথিল শেল্লখিবনি। নত্রবদি মতমসু ঙমখৈ নাইদবগুম, মীওইবগী অবাবসু ঙমখৈ নাইরমলোয়। ঐহাক্লা হৌজিক হায়বা ঙম্মী

মদুগি ঐহাক নুমিৎ নিনি, থা অনি, চহি অনি ৱাদুনতা লৈরক্লি। অদুগা অয়ুক-নুমিদাং থাইরমম্‌ন্রবদি মতমগী খোঙচৎকী খুদম অমতা লৈরমম্ব্রবদি, ঐহাক লোয়নাইদ্রবা মতমগী ওইনা অৱাবা নংলি হায়বা কনানা খঙবিরগ্লোয়দৌরিবনো? অদুম ওইরন্নবদি আশাগী পল্লেপফমসু লৈরগ্লোয়—নোংমদি অৱাবা কোকপা ওইখিনি হায়বা কনানসু খঙবা ঙম্নগ্লোয়। উপাল-ৱাপাল হৌদ্রবা ঙমখে নাইদ্রবা লমহাংগুম পুক্সিগী লম্বী লানঙমদ্রবা ওইরমগনি, পুন্সি-খোঙচৎ খাংঙমদ্রবা অৱাবগী মশক ওইরমগনি। অদুনা মসিগী পাক চাওরবা মালেমথকসিদা কোরৌহনবগী খোঙচৎ ঐখোয়গী অৱা-নুংঙাইগী চাংদম্‌খললনি। নুমিৎপাবগীসু নুংঙাইবা লৈ। নুংঙাইবা লৈবনা অৱাবা তারবাশিংনা নুমিৎ মশিং পাদুনা লৈ। নুমিৎ মশিং পাবসু অৱাবা কোকহল্লি। তৌইংগুম্বসুং কনাগুম্বগী অৱাবা খরসু লৈ, মখোয় নুমিৎ মশিং পাদে, নুমিৎ মশিং পাবা মঙোন্দদি অৱা কোক্লফম ওইদে।

কমলাকান্ত চক্রবর্তী ঐহাকসে, শোয়খিবদগী মীওইপোক্তা মালেমসিদা পোক্লমখিবনি—নুংঙাইবা য়াওদ্রবা, আশা লৈত্রবা, পান্দম লৈত্রবা, অনিংবা পকত্রবা ঐনা করিগীদমক নুমিৎ মশিং পারুগনি? সংসাব ঈপাকসিদা ঐদি তাউরিবা নাপী মকা'মনি, সংসারগী ঈরৈদা ঐদি উঙদুনা লৈরিবা উফুল মরিক্লি, সংসার উমংসিদা উহৈ পান্দ্রবা উপালনি ঐদি—সংসার অতিয়াদা ঐদি নোংলিক পক্লবা লৈচিন্নি, ঐহাক্তা করিগীদমক নুমিৎ মশিং পারুগনি? পারগনি—ঐহাক্কী অৱাবা অমা, চৈনা অমা, অনীংবা অমগীদমক। বঙ্গাব্দ (বাংলা চহি) ১২০৩ দগী নুমিৎ মশিং পাবক্লি। বঙ্গ লমদমদা হিন্দুগী মিং মুৎখিবা, নুমিৎ অদুদগী নুমিৎ মশিং পারক্লি। শগোল লাম্মী তরাতরেৎনা বঙ্গবু জয় তৌখিবা নুমিৎ, নুমিৎ অদুদগী নুমিৎ মশিং পারক্লি। ওম্থোকপনি! কয়া য়াম্না পাখিগনি! নুমিৎ মশিং পাবদগী থাবুম ফারকই, থাশিং পাবদগী চহি ওইরকই, চহি পা-পাবদগী কুমজা ওইরমই, কুমজা হন্না হন্না তরেৎলক য়ারে। কদায়, কুইরবা'তুংদা পুক্লিংনা নীংজবা উন্নহল্লবরা নঙবু বিথিনা? পাল্লিবা অদু কদায়দা উন্নবা ফংলবগে? মীওইবগসু উন্নবা ফংদ্রে, জাতি অমগুগী ওইবা কদায়দা উবা ফংলবগে? মান্নবনা কদায়? মহৈনা কৈদা? চাউথোকচবনা কদায়দনো? শ্রীহর্ষনা কদায়দা? ভট্টনারায়ননা কদায়দা? হলায়ুধনা কৈদনো? লক্ষনসেননা কদায়? অতৈ অমত্তা ফংলরোইদ্রা? ওম্থোকপা হায়বদুনি, মীয়ামগী অনিংবদি ফংঙি, কমলাকান্তগীদি ফংলরোইদ্রা?

**"হী নত্তে য়াই নত্তে লিক্লাং পরেং শিনবা"**

নোংদম্বনা তেংবানবা অসি থবায় পান্দবা ওইহল্লস্লিবা করিগীনো? শক্তমসু থবায় পান্দ্রবা পোৎশক ওইরিবা করিগীনো? লোয়নমক হকচাং য়াওদ্রবা ওইহল্লমদ্রিবা করিগীনো? ওইহল্লস্লবদি- থম্মোয়গা থম্মোয়গা কয়াদা চুনরমগনি? ফজবা শক্তমসু হকচাংগী তঙাইফদবা লৈরম্লবদি-নহাক্কী ঐহাক্কী নোংদম্বনা হকচাং অমতদা ওইহল্লমদ্রিবা করিগীনো? অদুম ওইরম্লবদি অসুক্কী মতিক শেৎনা-খাইনবা থোক্লস্লোয়দবনি। হৌজিক হকচাং অমত্তা ওইবা য়াদ্রবরা? ঐগী হকচাংদা মফম কয়া লৈরি, অদুদা কদাযদসু নঙবু ঐনা থম্বা ঙস্লোয়দ্রা? নঙবু ঙকশমদা শিদুনা থম্মোয় মকালাম্না থম্বা ঙম্লবোযদ্রা? অবাবনি—নঙদি হী নত্তে, য়াই নত্তে পরেং শেমদুনা ঙক্তা শিনবা।

অদুগা বঙ্গ লৈবাক! নহাকসু কবিগী হী- যাই ওইরমদ্রিবনো, নঙবু করিগীদমক লিক্লাং পরেং শেমদুনা ঙক্তা শিবা ঙম্লমদ্রিবা? নঙবু ঙক্তা শিবম্লবদি মুসলমান্না ঐগী থম্মোযবু খোঙগাওনবমদ্রবদি খুযা লৈবিক্লা নঙবু শোকপা ঙম্লমলোয়। নঙবু সনাগী ফম্বাক্তা ফমহন্দুনা, থম্মোযদা থোন্দুনা পুরগা লৈপাক- শিনথুংনা য়েংহল্লমগদবনি। ইউবোপ, আমেবিকাদা, মিশবদা, চীনদা, উবা ফংলমগনি, নহাক কযাগী মতিক ঙাল্লবী হী- য়াই- নো!

**"নগুণলৈরবী নঙগুম্বী নুজা ওইহল্লমদ্রবা বিধিনা**
**কোয়নি লৈবাকশিন্না পুদুনা,"**

অহানবদা কৌজবা, "লাও লাও ইশাবী লাও" মথংদা লুনা তৌবা, "ফিজি তন্থাযদা ফম্লবো" মথংদা অপেনবা লৌবা "য়েংজগে নঙবু ইমিৎ পেন্না"। অদুদা নুংঙাইবা ফংদ্রিঙৈ মমাংগী পুক্লিংগী অবাবা- "কুইববা তুংদা পুক্লিং নীংজবা, উন্নহল্লে ঙসি বিধিনা নঙবু"। নুংঙাইবা মখল অনি লৈ, মপুং ফাবা অমসুং মপুং ফাদবা। মপুং ফাদবগী খুদমদি- "হী নত্তে য়াই নত্তে লিক্লাং পবেং শিনবা"

মথংদা মপুং ফাবা নুংঙাইবা-

**"নগুণলৈরবী নঙগুম্বী নুজা ওইহল্লমদ্রবা বিধিনা**
**কোয়নি লৈবাকশিন্না পুদুনা।"**

খাংঙমদ্রবা মপুং ফাববা নুংঙাইবগী খুদম্নি, হকচাং তথক্লবা, পুক্লিংনা

তপথদবা। করম্না খাঙগনি-অসুক নুংঙাইবা, ঐনা করি তৌনি, ঐনা কদায়দা চৎকনি, ঐগী নুংঙাইবগী পোৎলুম কদায়দা থমগনি? ঐহাক নুংঙাইবগী পোৎলুমসি পুদুনা লৈবাক থুংনা কোয়গনি, নুংঙাইবসি মফম অমখক্তদা কোম্নব্রে, মালেমদা লৈফম ওইরিবা খিবিক্তা, অদুগুম্নবা মফমশিং অদুদা পুদুনা চৎকনি, তাইবংপান, সংসার অসিদা নুংঙাইবসি য়েঙ্খোক্তনি। সংসার অসি নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওহনগনি। মালেম পন্দোল অমদগী পন্দোল ৱাংমা ফাওবা নুংঙাইবগী ঈথক হৌহনগনি। ইদোমতা লুপ্তুনা, তাওদুনা, চেন্দুনা, চোংদুনা কোয়গনি। মসিগী নুংঙাইবা অদুদা কমলাকান্তগী শরুক য়াওদে—নুংঙাইবা অদুদা বাঙ্গালীগী শরুক য়াওদে। নুংঙাইবগী মতাংদা বাঙ্গালীগী শরুক থুংদে। গোপীশিং অৱাবনি, নোংদম্বনা গোপীশিংবু নুপী ওইহল্লমলিবা করিগীনো—ঐখোয়গী অৱাবদি নোংদম্বনা ঐখোয়বু নুপী ওইহল্লমদ্রিবা কবিগীনো-অদুম ওইবল্লদি মায় উৎলমদ্রবসু য়াবম্বনি।

নুংঙাইবগী ৱাফমদা বাঙ্গালীগী তানফম থোকপা লৈতে-তৌইগুম্বসুং অৱাবগী মতাংদা লৈ। অৱা মপাওখোলনা অদুক্কীমতিক লুম্নবা, অদুক্কীমতিক থম্মোয় কাইনিংঙাই ওইজববসু, মদু বাঙ্গালীগী থনুংগী য়াৱানি। অদুগা অৱা খোঞ্জেল, কদায়দবু লৈতবগে? নৌনা পোক্লবা চেক্লাচাদগী হৌদুনা মহাদেবকী লুতোন খোঞ্জেল ফাওবা লোয়নমক অৱা-মপাওখোল ঙাক্তনি। নুংঙাইবা মপুংফাদুনা নুংঙাইজরিবা মহাকসু মমাংগী অৱাবা নিংশিংদুনা অৱা মপাওখোল ফোংদোকই। নত্রবদি নুংঙাইবা কবম্না মপুং ফাগনি? অৱাবা নীংশিংবা য়াওদনা নুংঙাইবা মপুং ফাবা ওইথোকপ্রা? নুংঙাইবসু অৱাবা চেল্লি-

**ইশাবী নঙবু নিংশিংবা তাঞ্জাদা ঐগী পুক্লিংনা**
**বৃন্দাবন তপ্না য়েংঙি ঐনা।**
**চোইজাইনরবা ঐগী শম্লাং পুন্দনা।**

ৱাহে অসি অৱা-নুংঙাইগী ঙমখৈ পরিংনি। মাঙপ্রবা নুংঙাইবগী নীংশিং মমিনা ঙাম্খোরক্লবদি নুংঙাইবগী খুদম হৌজিকসু উবা ফংঙি, মহাক হৌজিকসু নুংঙাইরি—মহাক্কী নুংঙাইবা মপুংফানা মাঙখিবা নত্তে। মহাক্কী মরুপ, মহাক্কী চান্নরবা, খোয়দারবা চৎপ্রে, অদুবু মহাক্কী বৃন্দাবন লৈরি- মপুক্লিংনা থল্লবা, মহাক মদুগী নুংঙাইরবা লমদম মায়কৈ পাংনা য়েংলকপা য়াই। কনাগুম্বগী নুংঙাইবা মাঙখ্রবা—নুংঙাইবগী খুদম লৈত্রবা—মশাবী লৈখিদ্রবা, বৃন্দাবনসু লৈখিদ্রবা-মদুদদি য়েংনিংঙাই মায়কৈ লৈত্রে—

মহাক য়ারবনি, ওমখৈ লৈত্রবা অৱাবা নংলবনি। নহা ওইৰী লুপ্রাবীনা, চেংনা থমজরিবা লৈখিদ্রবা মপুরোইবগী খোংউপ মাওহনপ্রবদি মদুদা নংলিবা অৱাবা অদুগুম্না অৱাবা নংলবনি।

ঐগী বঙ্গলৈবাক্কী নুংঙাইবগী নীংশিংফম লৈ—খুদমদি কদায়? দেবপালদেব, লক্ষ্মনসেন, জয়দেব, শ্রীহর্ষ- প্রয়াগ ফাওবা শন্দোক্লম্বা লৈবাক, ভারতকী নিংথৌরেলশিং, গৌড়গী লোনচৎ, অসি অপুম্বগী নীংশিংফম লৈরি—অদুবু খুদমদি কদায়? পুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওরক্রে, তৌইগুম্বসুং মাইকৈ কদোমদা য়েংগনি? অদুগী গৌড় লমদম কদায়দনো? মদুদি মুসলমানশিংনা তুহৎপীরম্লবা অকায়-অতোয় ওক্কনি। আর্য কোনুংগী খুদম কদায়দা লৈ? আর্যগী ইতিহাসনা কৈদনো? পুন্সিলীচৎ কদায়? মিংচৎনা কদায়দা? মিংচৎ উরোংনা কদায়দা? লানফমনা কদায়দনো? নুংঙাইবা লোয়প্রে—নুংঙাইবগী খুদমসু মাওপ্রে, ইশাবীশু লৈখিদ্রে, বৃন্দাবনসু মাওপ্রে, য়েংগদবা মাইকৈ কদোমদনো?

য়েংফম ওইরবা মোংফম লম্পাক অমদি লৈ—নবদ্বীপ। মফমসিদা, মুসলমান তরাতরেৎনা বঙ্গলৈবাকপু জয় তৌখিরম্মী। বঙ্গ ইমাবু নিংশিংলুবদা, ঐদি অদুগী মোংফমগী লমদমদুবু য়েংঙি। মদুদা উবা ফংঙি, ওসিফাওবা পিক্লবা খুঙ্গংদুবু কোয়শিন্দুনা মেওলবী খোঞ্জেলগী ঈচেলনা ঢ্রোক ঢ্রোক চেহ্নজরি গঙ্গা তুরেল, মদুদা গঙ্গাবু কৌদুনা হংলি- নহাক লৈরি, কোনুংগী লনলৈমদি কদায়দনো? নহাক্লা মখোঙখুয়া চামথোকচরম্বী, ইমাদু কদায়দনো? নহাক্লা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা জগোয় শারম্বী, মদুগী নুংঙাই য়াইফবীদু কৈদনো? নহাক্লা সিংহল, বালী, আরব, সুমাত্রাদগী নথানুংদা লন-থুম য়োমদুনা পুরকখিবা, মদুগী লনচেনবীদু কদায়নো? নহাক্লা মদুগী নিংথিজবী মায়থোং মিতমদুনা শকহেনবী ওইজখিবী-পান্দমনিংঙাই লৈতনা নিংথি চঙখোম্লবী মহাক অদু কদায়দনো? নহাক্লা মহাক্কী লাইকৎ লৈরাংনা মক্লবা থম্মোয়দা লৈ-পরেং ওইজরম্বী লৈরাংফিজোল লৈতেংলম্বী মহাক কদায়দনো? অদুগুম্বী নিংথিরবী মদুগী লন-থুম চামথোক্কুনা কদায়দা পুম্ববক্সে? খাজবা মাওহনম্রবী নহাক্লা করিগী অমুক হন্না তাবদা খোয়থুম্নরবা ঢ্রোক ঢ্রোক খোঞ্জেলনা পুক্লিংবু শুঙ্গাংলিবগে? খঙঙি, নহাক্কী ওমখৈ লৈতনা লূরবা ঈরোম্নুংদা মুসলমানবু কিবনা লনলৈমাদু লুপখিবা ওইরম্লগনি, খঙঙি ফত্রবা মচাশিংগী মায়থোং অমুকহন্না উনিংদবনা লুপ্তুনা লৈখিবা ওইরমগনি। ঐহাক ইথম্নতা মতম অদু নীংশিংদুনা কপ্লিবনি।

ঐগী নুংমিংনা উবা ফংলি, চেন্নিবা লাঙ্গোই খুরুপ খোঞ্জেলনা অহিংগী অচিকপা থুগাইদুনা, মখুত্তা মশেক-মণ্ডাল থোক্লবা তা য়ুংনা পায়দুনা ময়াং লাম্মীশিংনা নবদ্বীপ খোঙদারক্লি। মতম লোয়রে নিংদুনা বঙ্গগী লক্ষ্মী নবদ্বীপতগী মাঙখিরম্মী। খঙহৌদনা অতিয়া মকোয় অমম্বনা কুপশিনখি, নিংথৌ কোনুংগী ফুরা মতোন নিংখায়দুনা কেল্লকপা হৌখিরম্মী। লম্বী চৎপা মীনা কিদুনা লম্বী থাদোক্লম্মী, সহরগী লৈতেং ময়াম নাম্বরক্তুনা কেল্লরুম্মী, মোংশোংলক্তা চেক্লাশিংনা তুমিন্না লৈখিরম্মী; য়ুমগী বাহোং খোঞ্জেলনা খোঞ্জেল তখ্বায় খোংলগা তুমিন্না লেপখিরম্মী। অয়ুক নুংথিলদা অহিং ওইখিরম্মী, পোৎফম পরেংগী মৈরা পরেং মুৎখিরম্মী, ঈরাৎ থৌনিশঙদা মোইবুংগী খোঞ্জেল থোকখিরমদে, পণ্ডিতনা মন্ত্র লান্না শোল্লম্মী, সিংহাসন্দগী শালিগ্রাম ওম্বরক্তুনা তারক্লম্মী। খঙহৌদনা নহারোলগী পাঙ্গল ময়েং তাখিরম্মী, চনুরাশিং খঙহৌদনা লুপ্পাপুন্সি কিদুনা কপলম্মী। অঙাং নবানা লায়না লৈতনা মমাগী মতম্বাক্তা তুমখিরম্মী। মন্নবা, হেন্না মন্নবা, কাহেন্না মন্নবা অমম্বনা মাইকৈ শিন-থুংখিরম্মী। অতিয়া, ফুরা-দলাল, নিংথৌ কোনুং, নিংথৌ লৈবাক, লাইশঙ, পোৎফম পরেং–অমম্বা অদুনা কুপশিনখিরম্মী–শোংলবা মোংশোংলম, তুরেল তোর্বান, তুরেল ঈপোম, অমম্বা অদুদা–অমম্বা মরক্তা লোৎখিরম্মী। ঐহাক্কী ইমিংনা লোয়না উবা ফংলি – অতিয়া নোংনা খুমজিনপ্রে – অদুগী খোঙথাফম লম্বীদা নিংথৌগী লনলৈমা লাঈজনুংদা কুমথরকখি। অমম্বদা মুৎলমদায়গী পীক্লবা মৈঙাল, লাঈজ ঈরোম্নুংদা মৈঙাল’দু তপ্পা তপ্পা মুৎখিরম্মী। গঙ্গাগী ঈরোম্নুংদা লুপখিবা ওইরমত্রবদি–ঐহাক্কী অদুগুম্নবী পোক্লফম ইমা কদায়দা মাঙখ্রবগে?

-:০:-

# হৌদোং

খুত্তা হীদাকফূ অমা পায়দুনা ঐগী তুম্ফমকাদা উইদুনা লৈরম্মী। পীক্লবা পোদোন অমসু লিরি-লিরি থাম্দুনা থল্লি; চেকপল মথক্তা তথক্লবা মমি অমমা ভুতকুম নোল্লি-নোল্লি তৌরি। চাকসু লোইফাত্রি—অদুনা খুত্তা হীদাকফূ পায়দুনা ইমীৎ উইশিন্দুনা খন্দুনা লৈরম্মী—ঐনা নেপোলিয়ন ওইরম্লবদি ৱাটলূগী লান্দা ঐনা মায় পাকপা ঙম্লমগদরা? তাঞ্জা'দুদা পীক্লবা খোঞ্জেল অমা তাবা ফংলম্মী "ঙ্যাও।"

হন্না য়েংলুবদা, খুদক্তা করিসু খঙবা ঙম্লমদে অহানবদা পুক্লিংদা ফাওরক্লম্মী, ৱেলিংটন্না হৌদোং ওন্দুনা ঐঙোন্দা কানি (আফিং) ভিক্ষা নীরিবা ওইরমালে। অহানবা ওইনা থৌনা ফনা, নুঙগুম কল্লবা খোঞ্জেলনা হায়ংগে নিংলম্মী—ডিউক ইবুংঙো, হৌনবী মতীক চাবা মনা মতীক চানা মাঙওইননা পীগ্রবনি; হৌজিক্তি অতোপ্পা অহেনবা মনা পীফম থোক্কে। কাহেন্না মিহৌবসু অফবদি ওইদে। ডিউকনা খুল্লম্মী "ঙ্যাও।" মদুদা নীংথিনা মীৎ পাঙথোক্লুনা য়েঙলুবদা ৱেলিংটন ওইরমদ্রে। পীক্লবা হৌদোং অমোম অমনা শঙ্গোম য়োনবী প্রসন্ননা পীরম্লবা ঐগী শঙ্গোম অমত্তা লেমহন্দনা লোইনা থকখিরম্লে। ঐনা মতমদুদা ৱাটলূগী লানফমদা ব্যূহ শাদুনা লৈরিঙে-অদু অদা অমত্তা উহৌদ্রে। হৌজিক ফজরবী হৌদোঙনা, শেঙলবা শঙ্গোম থক্লুবদগী পেল্লদুনা, মশাগী মপুক্লিংগী নুংঙাইবা ইথিল তাইবঙপান'পুম্ববু তাহন্নীংদুনা য়াম্না মীরবা খোঞ্জেলনা খোংলক্লম্মী-"ঙ্যাও"। ঐঙোন্দবু করেম-কথায়নরিবরা মদুসু খঙবা ঙম্লমদে। হৌদোঙনা মপুক্লিংদা নোক্লুনা ঐবু য়েঙলগা হায়বা ওইরম্বা য়াই "ওক্লা নীল্লগা লমহইনা মনা থাই।" মদুদা মহাক্লা 'ঙ্যাও' হায়না খোংলিবরা? মখোন্দুনা ঐঙোন্দা ৱাখল অমদি ফাওহল্লম্মী, হায়বদি "নঙগী শঙ্গোমদি ঐনা লোইনা থক্কোক্লে—হৌজিক নহাক করি তৌগে খল্লিবগে?"

তশেংনা হায়বদা—ঐ করি তৌসিগে হায়ফম খঙলমদে। শঙ্গোম ঐগী

ইপা-ইপুগীসু নত্তে, ষণবী মঙ্গলাগী শঙ্গোমনি, প্রসন্ননা শুন্নকপনি। অদুনা শঙ্গোমদা ঐগী ফংফম থোকপা অদুগুম্না হৌদোঙগীসু লৈ, মরম অসিনা ঐ শাউবা ঙল্লমদে। অদুগা মহৌশাগী চৎনরোল অমদি লৈরক্লি, মদুদি হৌদোঙনা শঙ্গোম থক্লবদি তান্নদুনা ফুগদবনি। ঐনা অদুগুম্লবা লিরবা চৎনবী অদু থওইদ্রবদি, মীওইপোক্লী শাগে-মৈতাল অশিবগুম খঙনখিবা য়াই। মদুসু ঐগী অপাম্বা নত্তে। অতোপ্পা অমনা, হৌদোঙ অমোম অসিনা মাগী শাগে-নাতৈশিংদা কমলাকান্তবু মীকিথী অমনি হায়না নোক্লখিগদরা? মরমসিনা ঐসু নুপা অমগুম তৌফম থোকপা তৌবা তাবনি। অসুম্না ব্রাবেপ্তুনা খুৎতগী হীদাকফূ থল্লগা কোয়থি থিরবা মতুংদা অতেকপা চৈশু অমা পুথোক্লুনা থৌনাফনা হৌদোঙগী মায়কৈদা চেনশীল্লমই।

হৌদোঙ অদু কমলাকান্তবু মশক খঙলম্মী; মহাক চৈশু উরবসু মশাদা থোইদোক্লা অকিবা অমত্তা ফাওরমদে। শুপ্নগী ঐঙোন্দা য়েঙলগা লাওনা হকাম চন্দুনা, খজিক্তং চৎথোক্লুনা কুনখিরম্মী। অদুগা থোংলকখি "ঙ্যাও"। ব্রাহং অদো খঙলবা মতুংদা খুৎতগী চৈশু হুন্দোক্লমদুনা অমুক হন্না ফমথক্লা ফমদুনা হীদাকফূ চিংলম্মী। মদুদা লাইগী থৌজাল ফংলবা নাকোংনা হৌদোঙ অমোমদুগী ব্রাঙাঙ খিবিক তাবা ফংলম্মী। হৌদোঙনা হায়রক্লম্মী "করিগী ফূ-চৈবা তৌবিগদৌরিবনো? খুৎতা হীদাকফূ পায়রগা চপ লেপ্তুনা অমুক্তা মুন্না খন্থবিয়ু-সংসারসিদা লৈরিবা শঙ্গোম, শঙ্গোম মপাল, দহি, ক্ষীর, শা-ঙা লোইনমক নখোয়খক্তনা চাফম থোকপরা, ঐখোয়সু মদুগী খজিক্তংফাও ফংফম থোক্তবরা? নখোয়না মীনি, ঐখোয়না হৌদোঙনি—করি খেন্নবগে? নখোয়গী অরাম-খৌবাংবা লৈ, ঐখোয়গীদি লৈত্রা? নখোয়না চাবিয়ু, ঐখোয়না অয়েৎপা শীরোই তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না চারগা নখোয়না হৌনবী চৎনরোল মতুং ইন্না চৈ-লাং পায়দুনা ফুবগীদমক চোংথোক্লকই, ঐনা মরম ফনা থিরুদুনসু খঙবা ঙমদ্রে। নখোয় ঐঙোন্দগী পাউতাক খরা লৌবিয়ু। খঙ-হৈরবা মখোঙ মবি পানবা শাদগী ফংলকপা মহে য়াওদ্রবদি নখোয়গী জ্ঞানগী পুক্কে চাওখৎনবগী অতোপ্পা পাম্বৈ উবা ফংদে। নখোয়গী মহৈশঙশিংসি উরগা ঐগী ব্রাহৈশিং'সি খঙবা ঙল্লকনি হায়বসে ঐনা খঙবা ঙম্মী।

"ফমথক্তা য়াতারিবা হে মীওইবা! ধর্ম হায়ব্সি করিনো? মীগী অফবা তৌবনা অথোইবা ধমনি। অদুগী শঙ্গোম খরদু থক্লবনা-ঐগী য়ামা অফবা ওইখিরম্মী। নঙনা থল্লম্বা শঙ্গোম অদুনা অতোপ্পগী য়াইফবা ওইরবনি-মরম অদুনা নহাক অদুগুম্লবা

অথোইবা ধর্মগী শরুক ফংলবনি-ঐনা হুরান্দুনবু ওইরবসু অমবু তৌদুনা ওইরবসু, নহাক্কী ধর্ম তানশিন্নবগী মরুওইবা মরম অমদি ঐহাক্না ওইরিবনি। অদুনা ঐবু কৃবিবগী মহুৎতা ঐবু থাগৎপিয়ু। ঐনা নহাকপু ধর্ম চেনবা ওইহনবদা তেঙবাংলিবনি।

য়েংবিয়ু, ঐসে হুরানবা ওইরবনি; অদুবু ঐনা অসিবু পামজদুনা ওইরকখিবরা? চাববু ফংলবদি কনানা হুরানগদগে? য়েংবিয়ু, অচৌ- অচৌবা সাধুশিং, হুরানবগী মমিং তাবদা অকি- তুজুংলবা মখোয়শিংদু অয়াম্বনা হুরানবদগীসু হেন্না ধর্ম চেন্দ্রবা মীনি। মখোয়শিংদুদি হুরাম্লুবগী মথৌ তাদ্রে খন্দুনা হুরান্দ্রিবা ওাক্তনি। মখোয়গী শীজিন্নফম থোকপদগী হেন্না লন- থুম লৈদুনসু হুরানবশিংদা করিসু মমায় ওনশীনবিদে; মদুদগী হুরানবনা হুবা হৌবনি। ধর্ম চেন্দবা মীশক্তি হুরানবদু নত্তে- হুরানবা অদুনা হুরিবা খুদিংমক অরীকপা ইনাকখুনবা অদুননি। হুরানবগী মরাল লৈ- অদুবু অরীকপা ইনাকখুনবা অদুনা শরুক চান্মা হেন্না মরাল লৈরিবনি। হুরানবদি চৈরাক ফংঙি, হুরানবা ওইহনবগী মরু ওইরিবা অরীকপা ইনাকখুনবদু চৈরাক ফংদ্রিবা করিগীনো?

"য়েংবিয়ু, ঐনা চেকপল খুদিংদা ঙ্যাও ঙ্যাও খোংদুনা চৎলি, কনানসু ঐঙোন্দা ঙা মরু অমফাওবা হুনবিরক্তে। ঙা মরু, চাক অরেম্বা খোংবান্দা হুন্দোকখি, ঈশিংদা হৈথাকি-ঐবুদি কনানসু কৌদুনা পীজদে। ঐগী পুক্তা ফাওরিবা অরাম -থৌরাংবা নবুক থল্লবা নখোয়না করম্না খঙগনি? ওম্ব্লোকপনি, লায়রবগী অবাবদা শরুক য়াদবা নখোয়গী মিংচৎ থীনিংঙাই লৈবরা? ঐগুম্বা লায়রবা অমগী অবাবদা চৈনা খাঙবিবা, চিংনদনা ইকায়নীংঙাই অমনি। মীৎতাঙবা ফাওবদা কৈদৌনুংদসু ভিক্ষা খুয়া অমা পীখিদ্রবা, মহাক নিংথৌ অমগুম ওইরবসু খুদোংথীবা মতমদা অহিং তুম্বা য়াদে—লোইনমক মীগী অবাবদা শরুক য়ানিংঙি। অদুবু অঙকপনি, মী মচাশিংগী অবাবদা খোয়রাঙবিবা কনা লৈবগে?"

"য়েংবিয়ু, অচৌ-অশাং অমনা, করিগুম্বা ব্রাহ্মণ- পণ্ডিত অমনা নহাক্কী শঙ্গোম অদু থকখিবা ওইরম্লবদি চৈশু পায়দুনা ফুনবগীদমক চেম্থোরক্লমগদ্রা? অহোইননা, নখুৎ অনী লোম্নদুনা হায়রম্বা য়াই "খজিক্তগা পুজরকখিগো!" অদুগা ঐঙোন্দনা করিগী চৈ পায়রক্লিবনো? নহাক্না খুল্লকপা য়াই, "মখোয়দি অচৌ-অশাংনি, পণ্ডিতনি। ঐঙোন্দগী মখোয়না অরাম-থৌরাংবা হেনবরা? মদুদি নত্তে, মীওইবগী লায়না হায়ববু 'অতোঙবদা লৈথোনবা' হায়বদুনি। লায়রবগী অবাবদি কনানসু খঙবিদে। চায়রোইদবা মীগীদমক চানবা থৌরাং তৌবা; অদুগা অরাম্বগী মৈচাক্লা,

কনামত্তনা কৌব্বিদ্রবসু, নহাক্কী চাক্লুক চাপ্লব: অদুবুদি হুরানবনি হায়দুনা চৈরাক পীগে হায়রিবা—ওম্বোক্লা ইকায়নীংঙাইনি!

য়েংবিয়ু, ঐখোয়গী দশাসে, চেকপলদগী চেকপল অমদা, মাঙ্গোলদগী মাঙ্গোল অমদা, য়ুমথোঙ খুদিংদা 'ঙ্যাও ঙ্যাও' খোংদুনা মায়কৈ মরিমক য়েংবদা, কনামত্তনা ঐখোয়দা ঙা মরু অমফাওবা লংখোকপিরক্তে। কনাগুম্বা অমবু নখোয়গী লুনা-চাম্না তৌবিবা হৌদোঙ ওইপ্রবদি—য়ুমগী হৌদোঙ ওইদুনা হনুবগী নহা ওইরবী তালোম্নগী মনাওনুপী নৎত্রগা পঙলবা ইনাকখুনবগী ছত্রং শাম্নরোয় নুপী ওইদুনা লৈমিন্নবা ফংলবা, অদু ওইরবদি য়াইফরে। মখোয়গী মমৈ ফন্দোরকই, মশাদা মতু চোম্লকই, মখোয়গী ফজবা মতৌ উবদা হৌদোঙ অয়াম্বা কবি ওইবা য়াওই।

অমুক্তসু, ঐখোয়গী দশাসে য়েংবিয়ু—চামন্দবনা ইয়াও কংশিল্লে, শরু ফাওবা চোংথোরক্লে, ইমৈ কোম্বরে, য়া চোংথোরক্লে, ইরৈসু লেকথরক্লে, অরাম্বনা অরেপ্পা লৈতনা খোংলিবনি 'ঙ্যাও ঙ্যাও'। চাবা ফংদ্রে- ঐখোয়গী অমুবা উনশা উরগা তুরুচবা পোকপিগনু। পৃথিবী অসিদা লৈরিবা শা- ঙাদসু ঐখোয়গী ফংফম থোকপা হক খরদি লৈ। অদুনা ঐখোয়বু পীজবিয়ু, নৎত্রবদি হুরানগনি। ঐখোয়গী অমুবা উনশা, কংশিল্লবা মায়থোঙ, শোম্থাংনরবা খোঞ্জেলনা 'ঙ্যাও ঙ্যাও' খোংবসে তারগা নখোয়বু নুংঙাইতবা ফাওদবরা? হুরানবগীদি চৈরাক পী, মিনুংশি খঙদবগীদি চৈরাক লৈতবরা? লায়রবনা মচীঞ্জাক খোমজীনবদা চৈরাক পী, ইনাকখুনবা অরীকপদুগী চৈরাক্তি করিগী পীদবগে? নহাক্তি মীৎয়েং শাল্লবা কমলাকান্তনি, করম্নো হায়বদা কানি (আফিং) থকপনি, অদুগা ইনাকখুনবশিংগী মরালদগী লায়রবশিংনা হুরানবা ওইরিবনি হায়বা নহাক উবা ফংদবরা? লায়রবা চাম্মঙাবু শরুক পীবিদ্রগা মী অমনা মী চাম্মঙাগী চীঞ্জাক পৈশিল্লিবা করিগীনো? অদুগা পৈশিল্লুরবদি, মহাক্কী চাবদগী হেন্দোক্লবা অরেম-অপাশিং অদু লায়রবদা পীদ্রিবা করিগীনো? পীদবনা মরম ওইদুনা লায়রবনা তঙাইফদনা ইনাকখুনবদগী হুরাল্লক্কনি। করিগীনো হায়বদা—কনাসু চরা হেন্দুনা শিনবগীদমক মালেম অসিদা পোক্লকখিবা নত্তে।"

ঐনা তাবা ওন্নক্লদুনা হায়রম্মী- "তপথবিয়ু, অমুক্তা তপথবিয়ু, হৌদোঙ পণ্ডিত। নঙনা ঙাঙলিবদু সোসিয়েলিস্তকী বাঙাঙ ঙাক্তনি। খুনাইদা অকায়বা লাকপগী মরম ওইরক্কনি। মশানা মশাগী ওমজবা মতুং ইন্না লন-থুম তানশিবা ওমদ্রবদি নৎত্রগা হুরানবগীদমক মদুবু অয়েৎ-অপন য়াওদনা পীরিজবা ওমদ্রবদি কমানসু শেল

তান্নীংবা পোক্করোই। মদুদগী খুনাইদা শেম্নীংলোনগী চাওখৎপা পুরকপা ঙম্নরোই।"

হৌদোঙনা খুম্নকখি, "চাওখৎত্রবসু করি কায়বগে? খুনাইগী শেন-থুমগী চাওখৎপা হায়বদি ইনাকখুনবগী মরল হেনগৎপনি। ইনাকখুনবগী মরল হেনগৎত্রবদি লায়রবগী করি মাঙজবা লৈবগে?"

হৌদোঙবু খঙহন্নবা হোৎনবদা য়াম্না অৱাবা ওইরম্মী। কনাগুম্বা মরৈ কনবা অমসুং ৱায়েল হৈবা অমবু করিনুংদসু অতোপ্পা মীনা শুগাইনা তাক্কুনা ভাব তাহনবা ঙমদে। হৌদোঙ অসিসু মরৈ য়েৎকনবা অমসুং ৱায়েল হৈবা ওইরম্মী, মরম অদুনা মহাক ভাব তারোইদবগী হৌনশা'দু লৈরম্মী। অদুনা মাগী মথক্তা অশাওবা উৎপা তৌদনা হায়রম্মী, "খুনাইগী চাওখৎপদা লায়রবগী মথৌ তাবা লৈরবসু লৈত্রবসু করিসু কায়দে, তৌইগুম্বসুং ইনাকখুনবগীদি য়াম্না মথৌ তারি; অদুনা হুরানবগী চৈরাক ফংফম থোকই।"

হৌদোঙ অমোম অদুনা হায়বক্লম্মী, "হুরানববু ফাঁসী তৌ, মদুদা ঐনা অয়েৎপা অমত্তা পীজরোই, তৌবতবু মদুগা লোয়ননা চৎনবী অমদি শেম্নীয়ু। হুরানববু চৈরাক পীগদবা ৱায়েনবা মহাক্তু চৈরাক পীদ্রিঙৈ মাঙওইননা অমুক্তা নুমিৎ হুম্নিদং চরা হেনহন্নবিয়ু। মদুদা মহাক্না হুরান্দুনা চানিংবা ফাওরক্তবা, মদু ওইরবদি মহাক্না মনীং তম্না হুরানববু ফাঁসী তৌসনু। নহাক্না ঐঙোন্দা চৈশু পায়দুনা ফুনবগীদমক তান্নরকপনি, নহাক ঙসিদগী হৌনা নুমিৎ হুম্নিদং চরা হেন্দুনা য়েংবিয়ু; নহাকপু নসীবাবুগী চাকশঙদা অফা-অপুন নংদ্রবদি ঐহাকপু তান্নদুনা ফুজৌ; মদুদা ঐ য়াদবা তৌজরোই।"

বিচারদা মায়থীবা ফংলবদি, য়াম্না চীং-লেম্না পাউতাক পীগদবনি হায়বসি অখঙ-অহে কয়াগী মোত্তনি। ঐহাকসু হৌনবী অদুগী মতুং ইন্না হৌদোঙ অদুদা হায়রম্মী, "মদুগুম্বদু চৎনরোলগী মায়োক্তা লৈবা ৱাফমনি, মদুদা ঈহৌ শাগৎপদি পাপ ওইগনি। নহাক মদুগুম্নবা ফত্ত-ৱাখল থাদোকপিদুনা ধর্ম লৈরবা লম্বীদা খোঙদাবিয়ু। নহাক্না পান্নবদি, পানবগীদমক ঐনা নঙোন্দা নিউমন অমসুং পার্করগী লাইরিকশিং পীরক্কে। অদুগা কমলাকান্তগী কোর্বেক পারবসু কান্নবা খরদি ফংবিগনি-অতৈ করিসু নৎত্রবসু কানি (আফিং) গী ঙমখৈ লৈত্রবা মগুন খঙবা ঙমগনি। হৌজিকমক নফমদা লেঙবিরো, ঙরাংদি প্রসন্ননা শঙ্কোম ছানা পীরক্কনি হায়রম্বনি, চারমদাই তাঞ্জাদা লাকউ, ঐখোয় য়েন্নদুনা চামিন্নসি। ঙসিদি কনাগীদসু উয়ান লেকউরগনু; করিগুম্বা কাহেন্না লান্নবদি অমুক হন্না লাকউ কানি থোইদিং

মরুমুক শরুক ভন্থিগে।”

হৌদোঙনা খুন্নকথি-কানিগীদি থোইনা মথৌ তাররোই, অদুগা উয়ান লেকপদি অরাম-থৌরাংবগী মতুং ইন্না খন্নবা য়াই।

হৌদোঙ চংখিরম্মী। লৈখা তারবা থবায় মিরেল অমবু অমম্বদগী অঙানবদা চিংথোরকপা ওন্নে খন্দুনা কমলাকান্তগী মপুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওরম্মী।

~:০:~

# কমলাকান্তগী চিঠি
## অহানবা: করি ইগনি?

ইকাই খুম্নজরিবা,

শ্রীযুক্ত বঙ্গদর্শনগী সম্পাদক ইবুংঙোগী নিংথিরবা খুয়াখাদা,

ঐহাক্কী ইমিং শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্তী, হান্নগী লৈফম শ্রীশ্রী নসীধামনি, অদোমবু ঐনা খুরুমজরি। অদোমগা ঐহাক্কা হকথেংননা উন্নদুনা শকখঙনখিবা লৈত্রি, তৌইগুম্বসুং অদোম্না হৈ-শিংবগী ময়ায়না ঐহাকপু থোইদোক্না শকখঙবিরম্লে হায়না খঙবা ঙম্লে। খুৎই-ফজবা ভীষ্মদেব, মখুৎ শাংবা মীনি হায়বসি ঐহাক হান্নদগী খঙলম্বনি, ঐহাক কোর্বেকসি মঙোন্দা শিন্নরম্নগা তীর্থ কোয়বা চৎলুবনি; মহাক্না অদুগী অহাঙবা তাঞ্জা ফংদুনা মদু অদোমদা য়োনখিরম্লে। য়োনবা হায়বা বাফম অদোম্না কয়া য়ানিংদবা ওইরমগনি; অদুবু ঐনা খঙবদি ঐজ্জা ভীষ্মদেব শেল পীদ্রবদি তুলসীমনা অমফাওবা শালগ্রামদা কৎতে, শেল পীদনা মহাক্না শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্তীনা ইবা কোর্বেক অদোমদা পীরমগনি হায়বা—থাজবদা খরা ৱানা থোকই। মদুগী হরান-লনাগী বাফমদু ঐহাক নহানমখৈ খঙলমদবনি। লাইগী নোংদমনি হায়বা তাই, খোঙউপ জুরা অমা লৈরুবদগী খঙলকখিবনি। ছাপা নম্লবা চেরাং অমদা খোঙউপ অনীদু য়োমদুনা লৈরম্মী, মদু উবদা ঐনা বাখল খনবা হৌরম্মী মদুদি লাইবক ফবা কনাবু ওইহরিগবা, মহাক্না ইবা বারেং শ্রীমান কমলাকান্ত শর্মাগী খোঙনা উপকদবা খোঙউপ অনীবু য়োমশিন্দুনা লৈরম্লি। পুক্লিংদা ফাওরম্মী—মহাক্কী কলম পায়জমন মহৈ য়াম্লবনি, থাও তিংদুনা অহিংদা পোদোন থানখিবা মহৈ য়াম্লবনি। মহাক্কী বারেং মুখশিংনা পাবগী মহন্তা সাধু ওইরবশিংগী খুয়াগী উফুলগা মরী লৈননবগী পাম্বে ওইপ্রবা, মসি বাংলালোনগী অইবগী লাইবক ফবনি। অসুম খন্দুনা, লাংতক্ক বগা লোয়ননা চেবাং অদু করিনো হায়দুনা পাদুনা য়েংলম্মী। পারুবদা "বঙ্গদর্শন"

হায়না মথক্তা ইদুনা লৈরম্মী। মনুংদা য়াওরি, "কমলাকান্তগী কোর্বেক"। মদুদগী ঐহাক্না ভাব তাবা ফংলম্মী হায়না মসি ঐহাক্কী মমাংগী মপোক্তগী হৌনা তানশিঞ্জরকপা অথোইবা মহৈনি।

ঐহাক খরা হেন্না খোইরাংবা ফাওরম্মী। বঙ্গদর্শন করিনো হায়বদু খঙনিংলম্মী। মরুপ অমদা হংখি, "ভায় বঙ্গদর্শন হায়বসিবু করিনো?" মহাক ফনা কুইনা খল্লম্মী। খল্লবা মতুংদা মঙক থাঙ্গৎলগা হায়রকখি, "বঙ্গগী লম য়েংব্বু বঙ্গদর্শন কৌবা ওইরম্বা য়াই"। মহাক্কী খঙ-হৈবগী মগুন থাগৎলম্মী, অদুবু অতোপ্পা মরুপ অমদসু ব্রাহং অদু হংবা তারম্মী। মরুপ অদুনা অদুগুম্না লেপ্লম্মী মদুদি "শ"গী মথক্তা তপ্লিবা রেফ অদু লাইরিক নম্বদা লানখিবা ওইরম্বা য়াই। ব্রাহে অদু 'বঙ্গদশন' হায়বদি 'বঙ্গলৈবাক্কী য়া' ওইগনি। ঐনা মহাক্তু মহৈশঙ লিংখৎনবা পাউতাক পীরম্লগা মহৈ নিংথিনা হৈরবা মীওই অমদা হংলম্মী। মহাক্না বঙ্গ হায়বদি নোংপোক বঙ্গবু য়েংবগী পথাপনি তশেংনা 'A guide to Eastern Bengal' অসুম্না মওং কয়া থীক্করবা মতুংদা, কাইনথংদা বঙ্গদর্শনদি থাগী চেফোং অমনি হায়বা খঙলম্মী অমসুং কমলাকান্ত শর্মাগী থাগী অশিলুক কৎফম ওইদুনা লাক্লি। হৌজিক অমুক তেনকাপহৈবা অমনা কোর্বেক্কী ব্রারোলশিংদু মশানা লেংজবনি হায়দুনা পাউ শন্দোক্লি হায়বসু তাবা ফংলি। অতৈ কয়াসু ওইরকখিবা য়ারি।

মরম অদুনা, বঙ্গদর্শনগী সম্পাদক ইবুংঙো, ঐহাক শ্রী কমলাকান্ত শর্মা হকচাং কয়াৎ চুঙ ফিরান চানা হিংদুনা লৈরি হায়বসি খঙবিয়ু অমসুং অদোম খ্বাই থিবিক্লি মফমদা থোইদোক্লা অয়েৎপা থোক্লবসু অহোয়ননা মতম খরগসু হিংদুনা লৈখিগনি হায়না থাজবা থমজরি।

হৌজিক করি মরমগীদমক চিঠি অসি ইজরিবনো—মদু খঙহঞ্জরি। "শ্রীশ্রী নসীধাম" হায়না মথক্তা ইজখিবনি। হায়বদি ঐহাক্কী নসীবাবু শ্রীশ্রী ঈশ্বরগী খুয়াদা চঙজখ্রবনি। মহাক পুম্নমক্কী চঙজফম ওইরিবা ইবুংঙো মাগী খুয়াখাদা য়ৌরম্লগনি তৌইগুম্বসুং তশেংনমক্কী মহাক্কী লমথুংফম কদায়দা ওইখ্রবগে হায়বা অদুগী চপচাবা পাউদি ঐহাক্না খঙদ্রি। মহাক তাইবংপানসিদা লৈত্রে হায়বসিদি তশেংনা খঙজি। অদুনা ঐগীসু লৈফম লৈত্রে। কানি ফংবদা খুদোংচাদবা খরা মায়োক্লরে। মদুগী খজিক্তং থৌরাং তৌবিবা ওম্বীগদ্রা? ঐগী কোর্বেক্কী ওইনা খুৎইফজবা ভীষ্মদেবতা করি করি পীবিখিবা মদুদি ঐহাক্না খঙজদ্রে। তৌইগুম্বসুং ঐঙোন্দা কানি পোব্রা- মখাইমুক

থাবিরক্লবদি (ঐগীদি চাং খরা হেন্না শীজিন্নে) ঐহাক ব্বারেং থাজরকপা গুমগনি। অদোমগী য়াইফবা ওইসনু। মসিদা অদোম্না য়াবিদবা তৌবিনু।

অদুগা, অদোমগা অরোইবা ব্বারেপুস্ত্রিঙৈ মাঙওইননা ব্বাহং খরা হংগদৌবা লৈজরি। অসিগী কমলাকান্তগী কোকসিদা অপাম্বা মতুংইন্না তাকপীরকপা ব্বারেং মখল শুনা শুংদুনা পুথোকচে-অদোমগী অপাম্বা করম্বনো? নোবেল, ড্রামা পাম্না নত্রগা পোলিটিক্স পাম্বীব্রা? ইতিহাসকী থিজিন হৃমজিনবা (রিসার্চ) নত্রগা নৈনবা ব্বারেং খুদোল তম্বীরকউ তাকপীব্রা? বিজ্ঞানগী মরমদা হেন্না পাম্বীব্রা নত্রগা মাঙেম নৈনরোলদা খোয়দাবীবরা? শম্না হায়রবদা অরুবা হিরমগী ওইনা তৌসিরা নত্রগা অরায়বা মওংগী ওইনা ইজৌ হায়বরা? ঐগী ব্বারেংগী মমল মোনগী চাংদা ওনবীগদরা, নত্রগা খুদুপকী চাংদা পীবিগদরা? অদুগা অরুবা হিরমদা পাম্বীবা লৈরবদি ব্বাহেংগী লৈতেং-লৈশি-লৈথোন হাপ্না য়াবরা? অদোম্বু কোটেশন পাম্বীবরা নত্রগা ফুটনোটতা থব্বায় তাবিবরা? অদুগা কোটেশন নত্রগা ফুটনোটকী মথৌ তারবদি-কবম্বা লোনগী ওইনা তৌসিগে-মদুসু তাকপীরকউ। ইউরোপ অমসুং এসিয়াগী লোন পুম্নমক্কী কোটেশন খোমজিন্দুনা থমজরে-আফ্রিকা অমদি আমেরিকাগী লোন খরদি থিবা ফংদনা লৈরি। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্নবা লোনশিংদুগী কোটেশন ঐহাক্না য়াম্না থুনা খোম্মদুনা পুথোকচগনি-মদুগীদমক খনবীরুনু।

অরুবা হিবমগী ব্বারেংদা কা-হেন্না খোয়দাবীবা লৈরিবদি অদোমগী অপাম্বা অরুবা হিরম অদু পনবিরকউ। ঐহাক ইশামক্না মদুদা করিসু তৌবা ওম্নবসু ঙমদ্রবসু-ঐগী তেংবাংবিনবা অথোইবা পাম্বে অমসু ফংলে। ভীষ্মদেবকী ইবুংঙো মচানুপানা ইউটিলিটি* হায়বা ব্বাহেংগী অঙকপা ব্বাহম্থোক পীরকখিরম্মী। মহাকপু অদোম্না নিংশিংবীরম্বা য়াই। মহাক হৌজিক মহে তম্বা লোইরে। এম.এ পাশ তৌরবা মতুং মহৈংগী থৌরি কোঙ্গোয় মঙক্তা হুকুন্দুনা লৈরে। অরুবা হিরম খিবিক্তা মহাক্না মপুফানা মায়পুনগনি। স্কুলগী লাইব্রিক পাম্বীবা লৈবরা? ময়েক মপীদগী হৌদুনা রোম লৈবাক্কী ইতিহাস ফাওবা লোয়নমক মহাক্না ইবা ওস্মী। ন্যাচরল হিস্ট্রিদি মায়কৈগুনা তকথদুনা লোয়ত্রবনি, অরীবা পেনি-মেগাজিন্দগী য়াম্নবা ব্বারেংশিং হন্দোক্তুনা থমত্রবনি, অমসুং গোল্ডস্মিথনা ইরম্বা এমিনেন্টেদ নেচরগী ব্বামচং খোমজিন্দুনা থমত্রবনি। অদুগুম্বশিং অদু পাম্বীবরা? অরুবদগী হেন্না লুরবা পাটীগনিত অমসুং জ্যামিতি, অদুদসু মথৌনা

* ইউ-টিল-ইট-আই

লৈতবা নত্তে। জ্যামিতি ত্রিকোনমিতিদি থন্দু থন্বীখো, চুথেক মরি ওনবা ফাওবা মহাক্তি হৈরবনি। লাইগী মহে কংলবগুম মহাক্কী অহল-লমন হাক্তকী পুন্নী অদু ফাওবা গুন্দুনা লোয়ণ্ণবনি। হেনজিন্না হায়জবা নচ্চদে-মীয়াম্না ঙমখে লৈতনা থাগৎনণ্ণবনি। মহাক্কী ইতিহাসকী মীংচৎতি করি অমুক হায়গনি? মহাক চিতোরগী নিংথৌ আলফ্রেদ দি গ্রেট কী পুন্সি ৱারী লমায় তরা-তরামঙারোম ইদুনা লোইণ্ণবনি; অমসুং বাংলা সাহিত্যগী নৈনৱারেংগী মরুমদা মহাভারত তগী খোমজিন্দুনা ইথোকণ্ণবনি। মদুদা কোমোত অমসুং হর্বার্ট স্পেন্সারগী ৱায়োল ফাওবা ককণ্ণবনি; অমসুং ডারুইনগী মতুং ইন্না পৃথিবী অসিগী ময়ায়রোমদা চিংশিনবগী পান্থেনা লেপ্লিবনি হায়বা অদুগী মায়োক্তা ৱাকৎ থাঙ্গৎণ্ণবনি। লাইরিক অদুদা মালতী মাধবতগী শ্লোক মরি-মঙা লৌথোক্তুনা হাপখিবনি। অদুনা তশেংনমক্কী লাইরিক'সি কা- হেল্লবা অরুবা হিরমগী লাইরিক অমা ওইণ্ণবনি হায়বা য়ারবনি। চেংনা থাজবদি - লাইরিক নৈনবদা বাংলা লোন্দা অনী শুদ্রবা লাইরিক্তি হায়না অদোম্না হায়বীরক্কনি।

খল্লুবদা অরুবা হিরমগী ৱারেং নত্তনা অরাইবা হিরমদা অদোমনা থোইনা পান্বীরম্লোই। করিগীনো হায়বদা মদুদা ময়ামগী ওইনা খুদোংচাদবা খরা থোক্কনি। খুংইফজবগী মচানুপা'দুনা দ্রামা অমগী মচাকসু শেম-শাদুনা থম্লে হায়বা য়াই। মদুদা য়াওরিবী নুপীগী মমিং চন্দ্রকলা হায়বরা শশীরন্তা অমদি অরেপ্পা ওইরগনি, মাগী মপাবুং বিজয়পুরগী নিংথৌ ভীমসিংহ কৌই; অদুগা মরু ওইরিবা নুপা অদুনা করিনো সিংহ অমা কৌই; অমসুং অরোইবা তাক্কতা শশীরন্তানা নুপাগী মবুক্তা ছুরিনা থিন্দুনা হাৎলগা "ঐদি মাংজরে" হায়দুনা মৈনা চাক্লুনা শিজগনি, অসিনা অরেপ্পা অরোইবা তাক্কনি। অদুগা দ্রামাগী অহানবা অমসুং ময়াইগী শরুকশিং করম্না ওইগনি অমসুং দ্রামাগী মীওইশিং করম করম্বা মওংগী ওইগনি হায়বদি অরেপ্পা লৈত্রি। অরোইবা তাক্কতা ছুরিনা থিনবা সিনগী ৱাহে খরা ইদুনা থমখিরম্মী অমসুং ঐহাক ৱাশক্লুনা অদোমগী মফমদা হায়দোকপা ঙমগনি মদুদি পরেং কুন ইরম্লিবা অদুগী মনুংদা "হা চান্নবী!" হায়বা ৱাহে নিপান; অমসুং তরাহুমদোইলক "করি ওইরসিগে! করি ওইরসিগে!" হায়বা শ্নাওম্লি। অরোইবদা ঈশে অমা হাপ্লি, শশীরন্তানা মখুত্তা ছুরি পায়দুনা ঈশেদু শক্লুনা চৎলি। তৌইগুম্বসুং [illegible]বদি- দ্রামা অদুগী অন্তে শরুকশিং করিমত্তা ইদনা থম্লি।

অদুগা নোভেল ওইনা পান্বীবা লৈরব্দি ঐখোয়, হায়বদি খুংইফজবগী

কাংলুপশিং শেম-শাদবকাদি নত্তে। ঐখোয় অখোইবা নোভেল ইবা গুন্মী; অদুমওইনমক ঐখোয়না মরক ময়াগী নোভেল ইবগী মহত্তা ডোনকুইকসোট নত্রগা জিলব্লাগী ৱারোইশিন ইসিন্না হায়না খল্লম্বনি। লাইবকথীবদগী হায়রিবা লাইরিক অনীসিগী অমা ফাওবা ঐখোয় হৌজিক ফাওবা পাবা ফংদ্রি। হন্দক্তা মেকলেগী ৱারেংগী ৱারোইশিন ইদুনা থারক্লবদি অদোমগী থবক্তা চন্নবা য়াগদ্রা? মদুসু নোভেলগুম্বনি।

কাব্য পাম্বীরবদি,মিত্রাক্ষর নত্রগা অমিত্রাক্ষরছন্দগী মরমদা ময়েক শেংনা পনবিরকউ। মিত্রাক্ষর ঐখোয়দদি ওইথোক্লোই—ঐখোয় ছন্দ চানহন্বা গুমদে। অদুগা অমিত্রাক্ষর ওইরবদি হায়বিরকপা মখৈ পুথোকচবা গুমগনি। হন্দক্তা খুৎই ফজবগী মচানা জীমুতবাহন বধ কৌবা কাব্য অমগী অহানবা শরুক ইদুনা লোইদ্রে, মদু চাংচৎতা মেঘনাদ বধ হায়ব'দুগা চাংদম্না য়াই-মিং মরি মঙাগী খেন্নবা খক্তনি। পাম্বীবরা?

অদুগা অরুবা-অরাইবা লোয়না থাদোক্লগা, খুৎই ফজবগী ৱারেং নত্তবদা, অশেংবা কমলাকান্তগী মওংদা অদোম্না পাম্বীরবদি, মদুসু তাকপীরকউ, ঐহাক্না লেংজবা উৎ-ৱাইগুম্বা অরৈবা খরা থাজরক্নে। কাউদি কাওবীগনু, মদুগী মমল কানি ওইনা লৌজনি। আনা-শিকিপাদুনা লৌজনি-মকুপ-মতা ৱাৎপা য়ারোই।

অদোম্সু য়াবিরবরা? অদোম্না য়াবিরবসু য়াবিদ্রবসু, ঐহাক্কীদি য়ারবনি।

~:o:~

# অনিশুবা: পোলিতিক্স

নিংখিজরবা খুয়াখাদা, কানি ফংজরে। কানি য়াম্না থাবিরকখি, অদোমগী খুয়া থম্বাল অনিমক্তা নোলুকচরি, কানি অতৈসু খরা থাবিরকউ।

তৌইগুম্লসুং অদোমগী সনাখুয়াখাদগী কমলাকান্তগী মফমদা থোইনা কল্লবা য়াথং পীবিরকপগী মরম করি লৈবনো খঙবা ঙমজদ্রে। অদোম্না ইবিরকখিবা অদুদি হৌজিক পোলিতিক্সকী অবাংপা খরা লৈ- নহাক পোলিতিক্স খরা খিকথরক্লবদি য়াম্না ফগনি। করিগীনো মহাশয়? ঐনা করি লংজবা লৈখিবনা পোলিতিক্সগুম্লবা মৈরো হেল্লবা চেক্লা ইকোক্তা য়ৈহনগদৌরিবনো? কমলাকান্ত শোঞ্জুনরবা ব্রাহ্মন অমনি, মাঙোন্দা পোলিতিক্স ইবগী য়াথং তাকপিরগা করিগীনো? কমলাকান্ত মশাগী ওইজবা থিবা মীশক নত্তে-কানি নত্তনা ঐনা থিবা পোৎশক অমত্তা লৈতে, ঐঙোন্দা পোলিতিক্স নমশিল্লকপগী মরম করিগীনো? ঐ নিংথৌ নত্তে, চিরোল-খারোল তৌবা মীশু নত্তে, জুবারীশু নত্তে, চাক্রিবসু নত্তে, সম্পাদকসু নত্তে-অদুবু ঐঙোন্দা পোলিতিক্স ইরকউ হায়বিরক্লিবা? অদোম্না ঐগী কোর্বেক পবীরল্লগনি, মদুদা ঐঙোন্দা কল্লম্বা অথোইবা লৌশিংগী খুদম ফংবীদুনা ঐহাকপু পোলিতিক্স ইরকউ হায়বিরিবা? তশেংবদি ঐহাক কানিগীদমক চিরোল-খারোল খরদি তৌখিরম্মী, অদুম ওইনমক ঐদি ইশাগী ওইজবা তানবদা মীনম- শোরি তৌদুনা পোলিতিক্স ইগে হায়বগী বাখল ঙসি ফাওবা পোকিত্রে। অদোম্না সম্পাদক ওইববু তুরুংচবা পোকই, অদোম্না কানি পীবিরকপসু তুরুংচৈ! অদোম্না ঙসি ফাওবা খঙবিদ্রিমালে, কমলাকান্ত শর্মা থাক বাংলবা কবিনি, কমলাকান্ত শোঞ্জুনরবা পোলিতিশিয়ান নত্তে।

অদোমগী য়াথং ফংলবা মতুং পুক্লিং নুংঙাইহন্দুনা তুথদুনা লৈরবা উপাল অমগী মউদা বঙ্গদর্শন সম্পাদকী শেরাম্নরবা মবুদ্ধিগীদমক খন্দুনা লৈরম্লনি। করি তৌসিগে! কানি ফনয়াম্না থৌনাউগী মথারোমদা অঙম্বা পাম্বেনা য়োৎশিনখিরম্মী। মাংদা

থাউশুম্বা শিবুগী য়ুমনি-য়ুমগী শুমাংদা ষনলাবা অনিঅহুমপুন্দুনা লৈরি। লৈবাক হন্দোক্নুনা থিল্লিবা খাংজাওদা শিবুগী নুপীনা থাওথি তোংলবা চক্ক মকুপশিং হাপীরম্মী, ষণশিংদুসু মমিং উইশিন্দুনা হাওনা চারম্মী। ঐহাক ঙাইহাক্তং পুক্লিং চংনা খল্লম্মী—মসিদদি পোলিতিক্স লৈফম থোক্তে। খাঙজাও অসিগী মনুংদদি ষনশিং পোলিতিক্সকী ঈথিল য়াওদনা তশেংনা য়াম্না নুংঙাইনা চারম্মী, মদু উবদা খরদি অপেনবা পোক্লম্মী। মতম অদুদা নিশাগী মহাওদা তাউদুনা পুক্লিং নুংঙাইনা মীয়াম্না পোলিতিক্স পাম্বগী মরমদা খনবা হৌরম্মী। লোয়ননা বিদ্যাসুন্দর লীলাগী ঈশৈ অমা ঐনা নিংশিংলম্মী।

**লোনথোক্তবনা ঙাংনিংলি খোঙতেকপনা চেন্নিংলি**
**মহে হৈবা পাম্নি নঙনা**
**পামজবনি পামজবা।**

ঐখোয়না পামজবা পোলিতিক্স, চয়োল খুদিংগী নুংতি খুদিংগী পোলিতিক্স, অদুবু লোনথোক্তবনা ঋাঙাংহৈবা ওইনিংবগুম, খোঙতেকপনা লমজেন কন্না চেন্নিংবগুম, মিংতাংবনা অয়েকপা লাই উনিংবগুম, হিন্দু লুখ্রাবীনা মপুরোইবগী নুংশি ইথৌ লাংবগুম, থোইনা চান্না থমলিবী য়ুম্বুরেম্বীগী লুনা তৌহন্নিংবগী মতৌগুম, নোক্লিংঙাই ওইরবা ওইথোক্লরোইদবঙাক্লি। পোলিতিক্সবালা ইচিন ইনাওশা, কমলাকান্ত চক্রবর্তী ঐহাক্লা মখোয়দা কান্নরবা পাউতাক হায়রগে, নিংথৌ মনাইগী মকু ময়ুম লৈ, অদুবু শুপ্নতগী শগোল লাম্মী তরাতরেৎনা জয় তৌঙ্রবা জাতি অদু, মখোয়গী পোলিতিক্স লৈতে। "জয় রাধে কৃষ্ণ, ভিক্ষা পিনবিয়ু" অসিনা মখোয়গী পোলিতিক্সনি। মসি নত্তনা অতোপ্পা উজাওদা পানবা পোলিতিক্সতি,মদুগী মরু লমদম অসিগী লৈহাওদা হৌগদবা মান্দে।

অসুম্না খন্দুনা লৈরম্মী, তঞ্জাদুদা থাউশুম্বা শিবুগী মশুনুপা, চহি তরামুক শুরবা নুপামচাদুনা শেঞ্জেং পুখমদা চাকপুথোরক্নুনা শুমাংদা ফল্লগা চাবা হৌথিরম্মী। অরাপ্পদগী মুরি-ঙৌরীনবা হুই অমনা মদু উরম্মী। য়েংদুনা, অমুক লেপখৎত্তুনা, য়েংনা য়েংনা , হুম্বুরবা অনীংবগা লোয়ননা মরৈ তিংথোক্লম্মী। পশোংকুম ঙৌরবা চাক মপৈনা শেঞ্জেংগী পুখমদা লৈ- চবুনগুম থেন্দুনা লৈরি, হুইগী মবুক অদুনা নপশিন্দুনা লৈবা উরম্মী। হুইনা হৌগত্তুনা য়েংলগা তিংলি য়াংলিদুনা হকাম চল্লম্মী।

মথংদা হুই অদু য়াম্না তপ্না ঋাখল তৌরদুনা খোঙথাং অমমম থাংদুনা চঙশিনবা

হৌরম্মী, অমুক অমুকসু নুপামচাদুগী চথোম থল্লবা মায়থোংদা য়েংলম্মী, খোঙকাপ অমমম চঙশীল্লম্মী। খঙহৌদনা নিশাগী ময়াইনা অথোয়বা মীৎয়েংনা য়েংলুবদা উবা ফংলম্মী- মসিসু পোলিতিক্সনি। মদুদগী পুক্লিংচঙনা য়েংশিনবা হৌরম্মী, মদুদা হূইনা হৈরেবা পোলিতিক্স খোঙথাংনা পোরম শিল্লম্মী। হূইনা উবা ফংলম্মী , থাউশুম্বগী মচা'দুনা করিসু লাওবা চৈবা তৌরকত্রে, য়াম্না মবুক তপ্লা অঙাংনি, হূইনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা খুমাং অনি তিংথোক্লুনা কুনখিরম্মী। তপ্লা তপ্লা মমৈ নোম্লি, অদুগা নুপামচাগী মায়থোংদা য়েংদুনা মরৈ শাংনা তিংথোক্লুনা হা-হা লাওবা শ্নোর থবেৎ-থবেৎ হোম্লি। মশাদু ময়াং কংত্রিক কংলে, মপুক নপশিল্লে, খৌরাংলবা মীৎয়েং অমসুং নিংশাশোর থবেৎ থবেৎ হোনবা উবদা নুপামচা'দুনা নুংশিবা উৎপিরক্লে; মাগী (হূইগী) পোলিতিকেল এজিতেশন মহে য়াম্লে, নুপা মচা অদুনা ঙা মরু অমা শেংনা চুপথোক্লগা হূইগী মাইকৈদা হূনবিরক্লে। হূইদুনা ঋংজবগী হরাওবনা ঙাওদুনা, মদু শাইবা, লেকপা, চুপ্পা, য়োংপা অমসুং তুমহন্নবা হোৎনবা হৌগ্রে। পেনমনখিবনা মাগী মমিৎ উইশিনখিরম্মী।

ঙামরু মতেক অমা ফংলবগী মতুংদা থোইনা চাউরবা থবক অমা নিংখিনা পাংথোক্লে হায়না লৌরগা, হৈশিংলবা পোলিটিশ্যান অদুনা মরূ অমত্তং ফংলবদি ফগনি হায়দুনা খল্লম্মী। মদু খন্দুনা পোলিটিশ্যান'দু অমুক হন্না নুপামচাগী মায়কৈদা য়েংদুনা লৈরম্মী। অঙাং অদুনা চাকতা চিনি-মঙ্গে হাপ্তুনা য়াম্না হাওনা মখোলথোক চপ চপ চারম্মী, হূইরোমদা অমুক হন্না য়েংলমদে। মদুদা হূইদুনা Bold move তা চঙশিনবা হৌরম্মী। হৈশিংলবা পোলিটিশ্যান ওইবনা করিগী ওইথোক্লোইদবগে? রাজনীতিৱালাদুনা মথৌনা লৈনা খরা চঙশিল্লক্লুনা অমুক ফংলম্মী। অদুগা অমুক হকাম চল্লম্মী। মদুদসু থাউশুম্বগী মচাদুনা হন্না য়েংবিরমদে। মথংদা হূইদুনা মখোল খজিক্তং থোকহন্দুনা নীবা হৌরম্মী। অসুম্না হায়রমগদৌবা মাপ্লি- মদুদি হে নিংথৌমচা ইবুংঙো তেলীগী মপারী! লাইরবগী মপুক হৌজিকসু থল্লি। মদুদা তেলীগী মচানুপাদুনা মাবু য়েংবীরম্মী। ঙাকদি অতৈ লৈত্রে। চাক চাদুম অমা হন্দুনা পীবিরম্মী। ইন্দ্রনা স্বগগী লৈকোন্দা নুংঙাইনা অমৃত মহী থকপগুম কর্দিনেল উলসি নত্রগা কর্দিনেল জেরেজ ঙমখৈ লৈতনা হরাওবগা লোয়ননা টুপী উপখিবগুম হূই অদুসু অদুগুম্না হরাওদুনা চাক চদুম অদু চাবা হৌরম্মী। তাঙ্গা অদুদা তেলীগী য়ুমু নুপী য়ুমদগী মপান থোক্লম্মী। অঙাংগী মনাক্তা হূই অমা চপ্ চপ্ লাওনা চাক চারি-মদু উবদা তেলীগী নুপীনা মৈহৌরবা অশাউ-মীৎয়েংনা চেকতুম অম্না খুম্লগা হূই তম্না লংলম্মী।

রাজনীতিবালা অশোক-অপন থোক্তুনা, মমৈ কোনশিল্লগা মখল-মখাগী রাগ-রাগিনীগী খোঞ্জেলদা খোংদুনা খুৎলৈ-খুনা চেনখিরম্মী।

অদুগী তাঞ্জা'দুদা থৌদোক অমসু উবা ফংলম্মী। শোল্লবা হূই অদুনা মপুক থন্নবা মখল-মখা কয়াগী পান্থে পুথোক্লিঙৈ মতমদুদা ব্রাং-চাউরবা ষণ লাবা অমা লাক্তুনা থাও-থি তোংলবা চরূশিং হাপ্লিবা খাংজাও মনুংদা মচিন লুপশিন্দুনা মনিং তম্না চারম্মী। ষণ লাবগী চাউরবা-কোল্লবা মচী উবদা, য়ুমগী ষণলাবশিং থৈদোক্তুনা লেপ্লগা কীরবা মীৎয়েংনা ষণজাওদুনা চারিবদু য়েংদুনা লৈরম্মী। হূই তাম্থোক্লবা মতুং তেলীগী নুপীনা চৈশাং অমা পায়রদুনা অনম কল্লবা ষণজাও অদু তাম্থোক্লবা চঙশিল্লম্মী। অদুবু চৎপদি হায়রুনু-ষণজাও'দু খোঙফম অমা ফাওবা হন্দোকতে, তেলীগী নুপীনা মনাক খজিক্তুং চঙশিল্লুবদা, চাওরবা মচী ওনশিল্লক্তুনা, মহাক্কী মবুক্তা ব্রাইনবা ফীভম শেমদুনা লৈরম্মী। তেলী নুপীদুনা লান্দগী মায়থিদুনা ইমুং- মনুং তম্না চেনশিনখিরম্মী। ষণ লাবা অচৌবদুনা অদুদা খাংজাও অদু তেংমা চাথোক্লগা নোম্লি নোম্লি হাই- হুম্না মশাগী মফমদা হনখিরম্মী।

অসিসু পোলিটিক্সনি হায়না ঐনা খল্লম্মী। মখল অনিগী পোলিটিক্স উবা ফংলে-অমনা হূইগুম্লবা মখলগী, অতোপ্পা অমনা ষণজাও লাবগী পোলিটিক্সনি। বিসমার্ক, মর্শাকফ মখোয় ষণ লাবগী পোলিটিশ্যাননি-অদুগা উলসিদগী হৌদুনা ঐখোয়গী নক্লবা মরী-মতা রাজা মুচিরাম রায় বহাদুর ফাওবা হূইগুম্লবা থাক্কী পোলিটিশ্যান ওাক্তনি।

~:০:~

## অহমশুবা: বাঙ্গালীগী মীওইপোক

ইবুংঙো! অদোমদা চেয়োল ইঙ্জরকউ হায়বরা- ইনিংঙাই য়াম্না লৈ, য়েক্লবসু য়ামই। ঐহাক্না লৈজরিবা হৌজিক্কী খাংপোকশঙ অসিদা, লাইবক থিবদগী লৈপাক্সী অনি-অহুম থাজরুরে। কমলাকান্তগী কনাসু লৈতে,অসিগী লৈপাক্সীশিংসিনা ঐগী মরুপ- মপিজা ওইজগে পুক্লিংদা খনজরুবনি। শাংকায়হন্নবগীদমক মখোয়দা মোইথেম তৌনিংঙাই লৈতে-শেন তিংগদবসু লৈতে, লৈতেং শিবিগদবসু নত্তে, মপুক্লিং হরাওনবা ওইদবা হায়জিনবগীসু মথৌ তাদ্রে, মশানা মদোম ফুগাইনা শাংচরক্কনি। মখোয়দি নোকপতনি, কপ্পা হৈতে; হরাওবাখক্তনি-অশাউবা য়াওদে। শঙ্গোম য়োনবী প্রসন্ননা ঐবু থাদোক্লন্নবদি, লৈরাংগা নুংশি চান্নবা লৈগে হায়না নিংলম্লনি।

মথংদা লৈরাং শাংলক্লে- ফুগাইনা নোক্লক্লে। নীংলুবতনি-মহাশয় ইবুংঙো! ব্রাখলগী পোমাই কাঙব্রিঙৈ ফুগাইনা শাংলিবা লৈরাং উবদা খোইমু শঙ্গু লাখ-লাখতা, চবুন-চবুন পাইরক্লে, খোইমু, খোইরা, হুয়িংখোয় মহী-মহাও চেল্লবা নুংশিগল্লবা কাঙবু ময়াম লাক্কুনা ঐগী থোংজিন্দা তিল্লরে। অদুদগী গুন্ গুন্, ফ্রং ফ্রং, ঙুং ঙুং ঙংদুনা ঐঙোন্দা খোইদৌ থিংলবা চৈনা পীবা হৌররে। মখোয়শিংদা কয়াগী মতীক থেমদুনা হায়জরম্মী। হে ইবুংঙোখোয়! মসি মীফম নত্তে, লৈকাই নত্তে, এসোসিয়েশন নত্তে, লীগ, সোসাইটি, ক্লবকুম্বা অমত্তা নত্তে, কমলাকান্তগী মল্লবা খাঙপোকশঙনি; নখোয় ঙুং ঙুং ঙংগে হায়রবদি অতোপ্পদা লেঙবিগ্রো-ঐহাক মখাতাবা অনিশুবা রিজোল্যুশন লৌগে খনবা লৈত্রে; নখোয় অতোপ্পা অমদা চংনবা তৌবিয়ো। ঙুং ঙুং ঙংলিবা কাঙবুশিং মদুদা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে-থোইনদুম লৈপাক্সী থাদোক্কুনা ঐগী খাংপোকশঙগী মনুংদা চঙলক্কুনা লান্দাবা হৌরক্লে। হৌজিকসি অদোমদা চিঠি ইজগে তৌজরল্লিবনি-(কানি লোইখোকপ্রে)-অসিগুল্লবা তাঙ্গা অসিদা মুশুক মুরবা খোইমু অমা পাইশিল্লক্কুনা ঐগী নাকোং ময়াদা ঙুং ঙুং ঙংবা হৌররে- করি হায়নি, ইবুংঙো?

খোইমু ইবুংঙো মহাক্কা শেংনা খঙ্গরম্বদি, মহাক কজনা কাপি হৈবনি-য়াম্না য়াঙাং হৈবনি-য়াগী ঙ্কুং ঙ্কুং ঙংবনা ঐগী হকচাং পুম্বা ইংথহনবা ঙমগনি। ঐগী লৈ পাম্বীগী লৈগী লৈকা থাদোক্লম্লগা ঐগী নাকোংমক্তদা ঙ্কুং ঙ্কুং ঙংলরবা? ঐহাক শাওনিংবনা খাঙবা ঙম্লমদে। ঐনা হুমাই পায়দুনা খোইমু লানথেংনবা হৌরম্মী। ঐনা কোইলে লৈনা, হাইনা, হুম্না, উঙদুনা মখল মখাগী ফৈনা-য়ুংনা হুমাই হুম্না হৌরম্মী। খোইমুসু নাকতা-য়েংতা, মথক্তা মখাদা, পাইখৎ- পাইথ তৌদুনা লৈজবী হৈশিংবা উংথোক্লম্মী। ঐহাক কমলাকান্ত চক্রবর্তী কোর্বেক মুক্তা পরেংগী অইবনি, তৌইগুম্বসুং ওম্থোকপনি, মীওইবগী মপাঙ্গল! নঙদি করিসু কান্নদে। নহাক মতম চুম্নদা মীওইববু নমথাক তৌদুনা অরোইবদা নশাবু কান্নদবনি হায়বা উংথোকচে। নহাক জামাগী লানফমদা হনিবলবু, পলটোবাগী লানফমদা চার্লসপু, য়াটলুগী লানফমদা নেপোলিয়নবু অমসুং ঙসিগী খোয়মুগী লানফমদা কমলাকান্তবু মায়থিহল্লে! ঐনা হুমাই উঙদুনা ঙমজবী নুংশিংবী ঈপোম পুথোক্তুনা তাম্থোক্লিমখে, ফত্রবা খোইমুদুসু উরু-উরু উঙদুনা ঙ্কুং ঙ্কুং ঙংলম্মী। করিগুম্বদসু ঐগী ফি মরক্তসু নগুনা লোংলম্মী, নোংলক্তগী ইন্দ্রজিৎকুমসু লান্দারক্লম্মী। করিগুম্বদসু কুম্ভকর্ন হাৎপা রামগী লাম্মীগুম ঐগী শেংগ্রাক মখাদগীসু থোক্লক্তুনা পাইথোকখিরম্মী, করিগুম্বদসু স্যাম্পসনগুম ঐগী কোকথক্তা, পাজল য়াওগ্রবনি খন্দুনা, লাংবনগী নোংগী মপৈনা ইকায়রবা ঐগী খোই- খোইরবা মুরি-তৌরিবা শন্নাংলক্তা চংখিদুনা খোঞ্জেল হৌনা ঙংলম্মী। মদুনা চীক্লক্তনি খনবগী কিংবনা লান্দগী মায় লৈরম্মী। খোইমুসু ইতুং ইন্নদুনা তান্নরম্মী। মতম'দুদা থোংজিন্দা খুদী থিদুনা কমলাকান্ত লৈমায়দা ভুখিরম্মী। অসিগী সংসার লানফমগী মহারথী—শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্তী- লাইরবগী, পুন্সি য়ুমলীংদবগী অমসুং কানিগী মফমদা মায়থিরক্লবা মহাক-ওম্থোকপনি! পীক্লবা তীল অমগী মখুৎতা মায়থিবা ফংখিরম্মী।

মদুদা উফুল- য়াইফুল তৈরবা মশাদুনা খোইমুগী মফমদা ঙাকপীনবগী নোল্লুক্লা হায়রম্মী, "হে খোইমু অথোইবা! অবাবা ব্রাহ্মন ঐনা করি ইরাল লংজখিদুনা নহাক্লা মাগী লাইরিক ইবদা করিগী অয়েংপা পীবিরিবনো? য়েংবিয়ু, ঐহাক হৌজিক বঙ্গদর্শনদা চিঠি ইরগে খন্না ফন্নিবনি, চিঠি ইরবদি কানি থারক্তনি—নহাক্লা করিগীদমক ঙ্কুং ঙ্কুং ঙংদুনা মঙোন্দা অপনবা পীরিবনো?" ঐহাক অয়ুক্তা বাংলা লীলা (নাটক) অমা পারম্বনি-মদুদগী লীলাগী ময়াই কাখিদুনা ঙাংবা হৌরম্মী-হে খোইরাবা, হে অপাম ঈথক- ঈপোম কাইহৌ মকা লাংলিবা! হে তমখিরবা থৌদু নঙগুল্লবা পুক্লিং

লকা নৈখেকপা! হে লৈকোন-লৈরাং লমকোইবা করিগী নওনা ড্রুং ড্রুং ওংলিবনো? হে খোইমু! হে খোইরাবা! হে খোঙ তরুক্লা লৈতেংবা! লৈবাং খোইহি লৈশংবা!

খোইমু ইমাংদা লাক্কুনা শং ফল্লবে। মদুদগী গুন্ গুন্ হায়না ওংদুনা মখৌ শেংদোক্লদুনা হায়বক্লম্মী। ঐহাক কানিগী খৌজালনা পুম্নমক্কী বারোল খঙবা ওম্মী। ঐহাক পুক্নিং চঙনা তারম্মী।

খোইমু লাবনা হায়রক্লম্মী-হে ব্রাহ্মন, ঐঙোন্দা অদুক য়াম্না ব্রারৌবিরিবা কবিগীনো? ড্রুং ড্রুং ওংবসিবু ইদোমতরা? নঙগী বঙ্গ লৈবাক অসিদা পোক্লগা ড্রুং ড্রুং ওংবা নত্তনা অতে করি তৌনিংঙাই লৈবগে? বাঙ্গালী ওইরবদি ড্রুং ড্রুং ওংদবা কনা লৈবগে? ড্রুং ড্রুং ওংবনা মশিন ওইদবা বাঙ্গালী কনা য়াওবগে? নখোয়গী নিংথৌ- মহাবাজ ফাওবা করিগুম্বা মওং অমগী কোকয়েৎ য়েৎপা ওইরবসু, মহাক বেলভিদিয়বদা চৎতুনা ড্রুং ড্রুং ওংবা হৌখ্রবনি। কনাগুম্বা অমনা কবিগুম্বা অমা ওইবা ফংগনি খঙলবসু অহিং-নুংথিল নিংথৌ থোংজিন্দা ড্রুং ড্রুং ওংলিবনি। থবক অমা ফংগদবা লৈরবদি-মহাক্তো অরেম্বা লৈতনা ড্রুং ড্রুং ওংদুনা লৈবগদৌবনি। ইংরেজী মরোল অহুম- মরি খঙবা ওম্লবা বাঙ্গালী বাবু অদুদি থবক থিবগী দবখাস্ত নত্রগা টিকেত পায়দুনা ড্রুং ড্রুং ওংদুনা- হয়িং খোংয়াম্পীগুম চাবমদায়, তুম্লমদায়, লেপলিঙে, ফম্লিঙে, অয়ুক-নুংথিল, নুমিৎ তাবমদায়, নুমিদাং-অদুম ড্রুং ড্রুং লৈরবনি। অচুম- অরানগী সমুদ্র ঈতিনফমদা অয়ুক্কী হৌনবা চাইথজদুনা, ব্রায়েলশঙগী ব্রাংলবা তাংবলথক্তা ফম্লিবা জজ অচৌবা, জজ মচা, সব-জজ, দিপুটি, মুনসেফ- মদুদা চঙদুনা মশাগী শিনফম ওইনা ড্রুং ড্রুং ওংবগী ঈপোম হৌহল্লিবনি, খবা অমনা খল্লি, ড্রুং ড্রুং ওংলবদি মরৈবাক কনবা ঙমগনি, অদুনা নুপা অঙাং-হনু-হনা পুম্নমক খোমজিল্লগা মীফম পাংথোক্কুনা ড্রুং ড্রুং ওংলি। নোং চুদবা লৈবাক কদায়দনো, লাও ইবুংঙো ড্রুং ড্রুং ওংলুসি রমাকান্তগী মমা লৈখিদ্রে-লাও মদুগীদমক ড্রুং ড্রুং ওংসি। মদুদসু নখোয় নপুক্নিং পেন্দ্রবদি নখুৎতা চে-কলম পায়দুনা, চয়োল খুদিংগী, থা খুদিংগী, নুমিৎ খুদিংগী ড্রুং ড্রুং ওংনরিবনি অদুগা ইবুংঙো ঐগী ড্রুং ড্রুং ওংবসিদা করিগী অদুক শাওবগে? নহাক্লা তৌরিবদুনা কবিনো? বঙ্গদর্শনগী সম্পাদকতা কানি খরা পীবিরক্লবা ড্রুং ড্রুং ওংবা হৌরিবনি। ঐনা খজিক্তং ওংলিবসি কয়াগী মতীক তানিংদ্রবগে? নঙোন্দা তশেংনা হায়রিবসিনি, কমলাকান্ত! নখোয়গী জাতিগী ড্রুং ড্রুংবসি অতে তানিংদ্রে। য়েংঙু, ঐসে পীক্লবা তীল অমনি, ঐদি শুপ্নগী ড্রুং ড্রুং

ঙংবখক্তা নত্তে, খোইহি লৌরিবনি অদুগা মমুসু থিল্লিবনি। নখোয়দি খোইহি লৌবসু হৈত্তে, মমুনা থিনবসু হৈত্তে, ঙ্ডং ঙ্ডং ঙংবতনি নখোয়না হৈরিবসে। অতোপ্পা থবক্কী পাও খঙদে-শুপ্পগী কপচেৎপী নুপীগুম মতমপুম্বা ঙ্ডং ঙ্ডং ঙংবতনি। চবেং চবেং ঙাঙবা ইবা খরা লেপ্পগা, থবক্তা খজিক্তং পুক্লিং চঙবিয়ু—নখোয়গী য়াইফবা ওইগনি। খোইহি লৌবা তম্মু, মমুনা থিনবসু হৈয়ু। নখোয়গী নরেন্দগী ঐখোয়দগী মমুনা হেন্না ময়াই কল্লি- ব্রাহ্মেগী চৈনাদি মীওইবা পুম্নমক কীনরিবনি। স্বর্গদা ইন্দ্রগী ব্রজ, মর্ত্যদা ইংরেজগী তোপ, নোংথক্তা ঐখোয়গী মমু। অদুবু ফরে—খোইহি লৌ, থবক্তা মায় ওনশিল্লু। করিগুম্বদা লৈয়েংদা মরেং-মরেং চংশগী লায়নাদগী থবক্তা পুক্লিং চঙবা ঙমদ্রবদি লৈখেৎ থাদুনা খেত্তোক্লগা নথৌদা পুক্লিং লুপহনবা য়াই। শুপ্পগী ঙ্ডং ঙ্ডং ঙংবদি তানিংদ্রে। অসি হায়রল্লগা খোইমুলাবা ফ্রং পাইখিরম্মী।

ঐহাক্লা খঙলম্মী, খোইমু অদু মরৌশিং চেন্নবা তীল অমনি। তাখিবা লৈখি, মখোঙ য়াম্বা মীদি অচৌ- অশাং ওইগল্লি। অদুনা মখোঙ অনি পানবা মীওইবদগী হৌদুনা মখোঙ মবি পানবা শা—অতোপ্পদা মখোঙ য়াম্বা মীওইখিবিক অখঙ- অহে ওইম্লবনি। খোইমু অসিদি অমত্তা নত্তে, অনিসু নত্তে- মখোঙ তরুক্কি। শোয়দনমক্কী মহাকসি থোইদোক্লা অখঙ-অহে ওইফম থোকই, মহাক মখোঙ য়াম্বা হায়বদু ওইরম্মী। অসিগুম্লবা খঙ-হৈরবা তীলগী পাউতাক করম্না লায়থোক্লা লৌগনি? মরম অদুনা হৌজিক্কি ওইনা ঙ্ডং ঙ্ডং ঙংবা লেপ্লবনি। অদুবু খোইহি লৌবগী আশাদি থমজনি। বঙ্গদর্শন লৈরাংদগী কানি খোইহি লৌজবা ফংগনি হায়বগী আশাদা থবায় মঙানা হিংদুনা লৈরি।

অদোমগী য়াথং ইঙ্গরিবা
শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্তী

~:০:~

# মরিশুবা: অহল ওইশিল্লকপগী ৱারী

সম্পাদক ইবুংঙো, কানি য়ৌরক্লে, য়াম্না ৱানা লৈরক্লি। ঙসি ইরিবা মখোসে মীৎ লাওনা পাংথোক্কুনা ইবনি। ইশাগী ইয়ৌশিংদগীনি, কানিগী থৌজাললনা নত্তে। পুক্লিংগী অৱাবা ৱাকম ইরগনি।

অহল ওইশিল্লকপগী ৱারী ইরগে। ইগে-ইগে খনবা কুইরক্লবনি অদুবু ইবা ঙমদদুনা লৈরি। অসিনসু ওইবা য়াই, মদুদি ঐগী হৌগ্রবা মতমগী খাঙমদ্রবা ৱারীসি ঐনা থোইদোক্লা থোইদাজে। অদোমগী থম্মোয় শোক্লবা হৌগ্রবা অৱাবা অদোমগী মফমদা থোইথুম্লবা ওইরিগনি। ঐহাক্লা ইরগা কনানা পাবীগনি? নহাবোলশিংনদি পাবীবা য়াই, অহলশিংনদি পাবীররোয়। ঐনা খনবদা ঐগী অহল ওইশিল্লকপগী ৱারী পাবীনবা কনাসু লৈরোয়।

মবম অসিনা ঐহাক অহল ওইশিল্লকপগী ৱারী ইববোয়। হায়বা ঙমদে বৈতরনীগী ঈপোম য়েশিল্লক্লবা পুন্সিগী অরোয়বা কৈরাক্ত ঙসিফাওবা থোঙথাদনা লৈবি। ঙসিফাওবা হীরান্মনগী শেন তুংশিন্দ্রি। ঐগী পুক্লিংনা ইনখৎলক্লিঙৈ মতমদসু ঐগী নীংবা-পাম্বা লৈখিদে, কুমগী লৌশান কুমশিংশুদুনা লোইখরে। মতম্না মথৎ মথৎ হৌখিরম্মী, তৌইগুম্বসুং ফংফম থোকপা অৱাৎপা ঙসিসু লৌখৎপা লোইদ্রি, মদুদি খরা চেনচোংগদবা লৈরি, নহা ওইবা পুন্সিগী মতম লোইশিনবগী কায়না ৱারেপসু তামদ্রি, মদুগীসু মথক্তা ইনাক খুনবগী শেনসু খরা তোনশিল্লে, কুম কাঙবা চহিদা পুসিন্দুনা খরা হেন্না চাখিবম্মী। শিংদোকপা ঙম্বগী ইতীকসু লৈত্রে। অদুগী মথক্তা হীরান্মনগী শেন তুংশিনবগী মতমসু য়ৌরক্লম্মী। ঐহাক্কী অসিগুম্লবা অৱাবা মতমগী ৱারী ইরগে, নখোয় ইনখৎলক্লিবা মতমগী নুংঙাইবা থাদোক্কুনা অমুক্তা তাবিগদ্রা?

অহানবদা—অসিদি তশেংনা লৈখায় তাথোক্লসি, ঐবু অহল ওইরবরা? ঐ ইশাগী ওইনা হায়জবমক্তি নত্তে, ঐ হনুববা, নত্রগা মীয়াই চল্লবরা, অনিসিদগী

অমদি ওইবা য়াই হায়না লেপচরে। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বগী চহিনা অহল ওইরবা, মীয়াই ওইবা অনিগী মরক্তা লৈবা মওং ওইরবা—কনাগুম্বগী মীরম্না লোংপোকরোমদা মমি তারক্লবা, মাঙোন্দা হৌলসি—অদোমু অহল ওইরবরা হায়বদু মঙোন্দগী অরেপ্পা লৌরসি। অদোমগী শম ঙসিসু অমুবা খোয়মুগী মচুগুম ওইবিরম্বা য়াই। য়া শুম্নমক ঙসিসু চরোং চুন্নবা মুক্তা পরেংনা ইকায়রম্বা য়াই। ঙসি ফাওবা অদোমগী খোঙ্গেন তুমখুল অদুক্কী মতিক কন্না তুম্বীরম্বা য়াই মদুদি নুপী অতোম্বীনা ফাওবা য়াকায়হনবা ঙম্নরোয়—অদুম ওইনমক অদোমসি অহল অমা ওইবা য়াই। নত্রগা অদোমগী শম অদু অঙৌবা-অমুবনা পুন্নবা গঙ্গা-যমুনা ঈচেলনা তিম্নবগুম, য়াগী মুক্তা পরেং কেনখিরম্বা য়াই; মুক্তা অমা-অনি কেনগ্লবা ওইরম্বা য়াই-তুম্বনা মীৎতা নমথাক তৌবীরম্নবা, অদুম ওইনমক অদোমদি নহা ওইরি। মদুগী মরমদি নহাক্লা হায়রকপা য়াই চহিনা অখণ্ড-অহে ওইবা নত্তে, জ্ঞান খক্তনা ওইবনি। মদুসু নত্তে-ঐহাক খণ্ডহৈবগী মতাংদা হায়রিবা নত্তে, লীরকপগী ঋাফম পঞ্জবতনি। অরিবদি চহিনা পীবা মহয়নি, অতে করিসু নত্তে। শাহৌনা পীবা খরনা খেন্নবসু উবা ফংগি। খরনা নিফুদা হনুবা ওই, কনাগুম্বনা নিফুনিথোইদা নহা ওইনা লৈবা য়াওই। চহিনা হেন্না খেন্নবদি নহাক কৈদৌঙৈনুংদসু উবা ফংলোয়। চহি নিফুমঙাদা নহা ওইরি হায়হন্নিংলিবা মহাক্তু মহাক শিবা কীদুনা ওইবা য়াই, নত্রগা অহমশুবা নুপী থীবা মীওই ওইরম্বসু য়াই, কনাগুম্বনা কুম্থামঙাদা অহল শানিংলবদি, মহাক অহল ওইজনিংবা নত্রগা অনাবা মী, নত্রগা করিগুম্বা ফিভম্না অবাবা মী ওইরমগনি।

তৌইগুম্বসুং পুক্তি লশ্বী তথ্মায় লাম্থোরক্তুনা, খুৎতা পায়রিবা অহানবা আনোকতু রুমালনা তৈথোক-তৈথোক্তুনা অশেংবা হায়দোকপা খরা লুনা থোক্কনি তশেংনা, ঐবু অহল ওইরবরা! ওইবসু য়ারি, ওইদ্রবসু য়ারি। পুক্লিংদা নীংলিবদি, মীৎকি খজিক অশোয়বা ওইজরবসু ঙসিসু চহি লীরবা হায়বদু ওইদ্রি। কদায় করিগুম্বা অমত্তা ঐখোয়গী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা মালেমসি ঙসিসু ইনৌ লৌরি। ঐনা পামজবা কোকিলগী খোঞ্জেল অরীবা ওইদ্রি; ফজবনা লৈতেংলবা মুক্তানা হৎলবা, গঙ্গাগী পীক্লবা ঈপোমসু অরীবা ওইদ্রি; অয়ুক্কী লিরি শীৎপা মালংবা, বকুল কামিনীগী মনম, উপালগী শংবান্নরবা অমসুং থবান্মিচাক্কী তনিক্লবা মঙাল, কনাসু অরীবা ওইদ্রি-মহৌশাগী অদুম্মকুমনা নিংথিজরি। ঐখক্তবু অরীবা ওইরক্লবরা? ঋাহে অসিদা ঐদি থাজবা ঙম্লোয়। মালেমসিদা খোঞ্জেল হৌরবা মীনোক ঙসিসু লৈরি। শুপ্লগী ঐখক্তগী নোকপগী মতম লোইদ্রবরা? মালেম অসিদা কুমহে, শান্নবা, হরাওবা

ঙসিন্ধাওবা ঙমখে নাইদনা লৈরি শুপ্নগী ঐগীখক্তরা লৈত্রিবা? মালেমসি মঙালনা ঈপোম হৌরি; ঐখক্তংগী ওইবিবা অমম্বরা? সলমন কোম্পনীগী দুকান্দা অকান্ন- অতোয় থোক্লসনু, ঐহাক আনোক অসি থুগাইরগনি, ঐহাক চহি অহল ওইরক্লে হায়বা য়াবা ঙম্লোই।

অদুমকপু য়ৌরক্লি শেংনা থানবা য়াদে। তপ্না-তপ্না, নোংমা-নোংমগী, মীংকুপ মীংকুপ্তা চহিনা লোন্না চঙলকই, হকচাং-কয়াংনুংদা চঙলক্লি—ঐহাকী পুক্লিংনা ফনা খঙবসু, ঐ অহল ওইববনি, নিংশা-শোর খুদিংমক্তা মদু ঐনা খঙবা ঙম্লি। অতোপ্পনা নোকই, ঐনা শুপ্নগী চিন্নান পৈবগ তৌদুনা মখোয়গী মতুং ইল্লি। অতোপ্পা কল্লী; ঐনা ইকায়বা খাঙদুনা, মায় শুক্তোকতুনা লৈথোকই, খল্লিমখোয় অরেম্বদা মতম মাঙহল্লিবা করিগীনো? থৌনা ঐগী মফমদা অরেম্বনি। নীংজবদি ঐগী মফমদা ইশাবু নমথাক তৌজবনি। কদায়, ঐগীদি পামজবা- নীংজবা অমত্তা কবিসু লৈত্রে। ফবে! হৌখ্রসনু লৈতববু থীরুবগী করি কান্নগনি।

থীদুনবু য়েঙলুসিবা? লৈবাং মপৈ কয়ানা পুক্সি লৈকোনসিবু ঙালহলবিবন্নবা, মখোয়শিংদু লম্বী নাত্তা মচোয় মচোয় কেন্দুনা লৈবন্লে। নুংশিজরন্নবা চেংলৌ-শক্তমশিং অমম্মম লোয়না উবা ফংখিদবে, নত্রগা নুংশাগী মৈশানা কাথেক্লবা নুংথিলগী লৈরাংগুম খুইথবন্লে। কদায়, নিঙখাইববা মন্দিব অসিদা, হুন্দোকপীরবা লীলা শান্নফমসিদা, মীফম কায়খ্রবা ফন্বাকসিদা ঙাল্লম্বা পোদোনগী মৈরাদু কদায়দনো? অমম্মম মুংপা হৌখিবন্লে। মায়থোঙ খক্তা নত্তে থম্মোয়সুনি। মপুকচেল চন্নবা মহাক, নুংশিবনা থল্লবা মহাক, থাজবদা চেংলবা মহাক, চান্নবদা মায় লৈদ্রবা, লংজরবসু য়ারৌদ্রবা— অদুগুন্নবা পুক্লিংগী মরুপ অদু কদায়দনো? লৈত্রে। কনাগী মরালনা লৈত্রিবনো? ঐগী ইরালনা নত্তে। মরুপকী মবালসু নত্তে। চহিগী মরালননি নত্রগা অশিবগী মরালননি।

মদুদা করি মাঙজবগে? ইদোম লাকপনি, ইদোম চংকনি—মদুগীদমক করিগী খল্লুগনি? মীরন্নেন অসিগা ঐগা চান্নদ্রে-ফরে, অদুবু ঙাইখো। হে পৃথিবী! নঙ নশাগী ওইজবা মহৌশাগী লৈয়িদা অদুম উঙদুনা চংচখো, ঐসু ঐগী পামজবা পম্বুং তম্না চংচগে, নঙগা ঐগা মরি অমতা লৈনদে- মদুদা হে লেঙনাইদ্রবা লৈপাকমতুম খিবিকী নাপলনা ময়াই কারবী মালেম নঙগীবু কবি অমাঙবনো, ঐগী করি মাঙজবনো? শুম্মংদা নঙদি লোয়বা নাইদ্রবা মতমগী লৈইদা কোয়না লৈদুনা লৈহৌগনি, ঐসু

মতম খরদং লৈরমগদবাখক্তনি। মতুংদা নঙগী ফিগাওদা উং খরা চাইশিল্লনল্লগা মৈচাক কোকহুনবীবা মাগী মফমদা চঙজদুনা মৈচাক ইংথহল্লুগনি।

অদুনা—অসুম্না লেপ্লসি মদুদি চহি অহল ওইরক্রে, হৌজিক করি তৌবা তাহি? "পঞ্চাশোর্দ্ধে বনংব্রজেং"(ন্নাথ্রে হেল্লবদি উমংদা চংকদবনি)- করম্বা মুর্খনা হায়রম্বা ন্নাহেনো। অদুগা উমংনা কদায়দা? চহি মতাংসিদা, ঙসিগী মীয়াম্না থল্লবা ফুরা দলালনা য়োল্লবা কৈথেলশঙনা মল্লবা শহরসি উমংনি। মরমদি পাবীরিবা হে চহি য়াল্লবা! নহাক্না ঐহাক্কগী মবক্তা করিসু পুকচেল শেঙবা অমত্তা লৈত্রবনি। খুদোংথিরবা মতমদা কনাগুম্বনা লাক্তুনা হংলবা য়াই-"অহল ইবুংঙোদি য়াম্না থেংনরক্লবনি, অসিগী খুদোংথিরবা অসিদা কবি তৌগনি, অমুক্তা তাকপিয়ু"- তৌইগুম্বসুং মরল- মথুম লৈরিঙৈদা, "অহল ইবুংঙো, ঙসিদি ঐগী নুংঙাইবা নুমিৎনি, অমুক্তা লেংবিরক্তুনা ঐখোয়গী কুমহৈ অসিদা শরুক য়াবিয়ু" হায়না কনানসু হায়বিবোয়। থোয়নদুম হন্নাও নুংঙাইবা মতমদা হায়রমগনি "য়েংঙু অহলসি খঙহল্লুনু"। অসিবু উমংগী পাংখক ওইদ্রিবরা?

নহানমখৈ নুংশিবিবমগনি খল্লুবা মফম অদু, হৌজিক্তি মফম অদুদা নহাক অকিবা নত্রগা ইকায়খুল্লবা মীশক ওইববনি। নহাক্কী অঙাং ওইবিঙৈগী নচানুপা, নহাক্না পীক্লিঙৈদা ফমথক অমত্তদা তুমিন্নরিঙৈ, তুমখুল মিকপ থোক্লকপদা, পিক্লবা মখু মচাদুনা নঙবু মাদুনা থীবক্লম্বা, হৌজিক মহাক অদু "পাবুংদু করম লৈরিবগে" হংদুনা মীঙোন্দগী পাউ লৌবিবনি। অতোপ্পা নুপামচাবু মশক নুংশিদুনা, পোদুনা পমদুনা নুংশিনা তৌরল্লবা, মহাক হৌজিক চহি মপুং- মরৈ ফাদুনা চাউরে, মশক কেংলে নত্রগা ওক্তবদা খমথেংলবা মহাপাপী, মালেমদা পাপকী ঈচেলদা শথৌদুনা চৎলি, হৌজিক নহাক্কী য়েক্লবা ওইরম্বা য়াই। "মসিবু ঐনসু পো-পমদুনা চাউহনখ্রিবনিকো" হায়দুনা নহাক্না কপ লাউদুনা হায়জবা ঙম্বা নত্তনা অতৈ করিসু তৌঙল্লোয়। নহাক্না নতম্বাক্তা ফমহন্দুনা 'ক - খ' তম্বীখিবা, মহাক হৌজিক মমিং লৈরবা অখঙ- অহৈ ওইখ্রবনি, নহাক্কী অপঙবদু উদুনা মহাক্ল উশিং থৌওইবিদ্রে। নহাক্না স্কুলগী ফী পীদুনা মহৈ তম্বদা মতেং পাংদুনা মী ওইনখিবা, মহাক হৌজিক নঙোন্দা শেন শান্দোক্তুনা শেন্দোই লৌরি। নহাক্না তাকপী- তম্বীরম্বা মহাক্না ঙসিদি নঙোন্দা অমুক তাকপীররে। নহাক্না ইম্বোক্লম্বা মহাক অদু ঙসিদি মহাক্না নহাকপু ইম্বোকপীরে। অসিবু উমংগী পাংখক ওইদ্রিবরা?

নুংগী তাইবং থাদোক্লুনা পানগী তাইবংদসু মসিগুম্না উবা ফংগনি। নহাক্কী নখুৎমক্তা শেমজরম্বা লৈকোন অদুদা অথম্নবা গুলাপ, মালিকা ,দালিয়া, বিগ্নোনিয়া, সাইপ্রেস, ওরকেরিয়া থিরুদুনা থারম্লবা, ঈশিং নখুৎনা চাইদুনা শেম্লম্লবা মদুদা গুসি চানা- মঙ্গলহন্বাই থারম্লে-য়ামধনিগী মচানা লেংবান্দা খুদৈ য়ান্দুনা চাউরবা ষনলাবা পুথদুনা নিংঙাইদনা লাঙ্গোলনা খোইরি-মাগী লাঙ্গোলগী য়োৎলমদুনা নঙগী থম্মোয়বু থুগাইবগী চৈনা পীরি। নঙনা নহা ওইরিঙৈদা য়াম্না পাম্না শাখিবা নীংবা থুংহল্লবা ফুরা দলাল, মদুদা কাংথোল থাদুনা মিংকা মিংকা, চিনবানগা চিনবানগা তিম্নদুনা পুল্লিগী অমাঙ অতা লৈত্রবা নুংশিবগী অহানবা শেঙলবা য়াম্বা মীংগৌনখিবা, মফম অদু হৌজিক্তি দামুঘোষকী শগোল শঙ শানবা য়ুমদুগী চেকশিং থুগাইরম্লনি, কাংথোল অদুগী অতেক-অকায়শিং কৈলাশিগী মমা চাকথোংবীনা মৈ থারম্লগনি—উমংগী পাংখক ওইগদবা করি ব্রাৎলিবগে? নুঙাইতবদগী হেন্না নুঙাইতবদি—ঐনা নহা ওইরিঙে, য়েংবদা য়াম্না নীংথিজরম্বী মহাক অদো হৌজিক্তি মশকথিরে। ঐগী নুংশিরবা মরুপ দাসুমিত্র, নহাওইরিঙৈ ফজরবা মায়থোংনা খুনু লাবগুম মঙক হায়গত্তুনা চৎলম্বা—নুপীমচা কয়ানা গঙ্গা মপান্দা ঈরুজবা মতমদা, দাসুমিত্রবু উবদা 'নমঃ শিবায় নমঃ' হায়দুনা লৈ কত্তদুনা 'দাসু মিত্রায় নমঃ' হায়না লৈ কৎখিবনি। হৌজিক মদুগী দাসুমিত্র অদো মখৌরি চপশিল্লে, মশম কেনখ্রে, ময়া হৌদ্রে, উনশা খুইজিল্লে,ময়াং কংলে। দাসুগী চাক চাবা মতমদা ব্রাণ্ডি অমা, য়েনবী অহম চাবগী হৈনবীনি—হৌজিক্তি নামাবলী থাদোক্লে, চাক্লুক্তা ঙা য়াওরবদি পুখম চামথোকই। উমং ওইগদবা করি ব্রাৎলিবগে?

অদুগা যদুগী মমাবু য়েঙবীয়ু। ঐগী অদুঙৈগী লৈকোন অদুদা তরঙ্গিনী কৌবী লৈশাবী মচাদুনা লৈ হেকপা লাকপদা, ঐ খল্লম্মী স্বগগী লৈকোন্দগী পুরক্লুনা লৈশাৎ তল্লিবা নোম্ নোম্ চৎলিবা পারিজাৎ পাম্বী কনানা থারম্লিবনো! মাগী চোইজায়নরবা শল্লাংদা লৈকোনগী লিরি হুম্বনা শাম্নজরম্মী, মাগী ফিজিদা আতর গুলাপনা মশাগী তিংখংনা চিংদুনা শাম্নরম্মী। অদুগা গুসিগী যদুগী মমাবু য়েংবিয়ু। মশম পোকনা তৌরে, উনসা খুইথরে, পাম্বোম শরু ঙাক্ত, মচিন্দা চবেং চবেং ঙাংদুনা চেঙ খৈরী; ফিজোল মোৎলবী, ময়া য়াওদ্রবী, মচিন কল্লবী, ব্রাং-চাউরবী, ময়াং কংলবী, কুচু মুরবী। অসিবু অদুঙৈগী তরঙ্গিনী কৌবী'দুরা? উমং ওইগদবা করি ব্রাৎলিবগে?

উমংদা চৎলরোয়, মসিদি লেপ্লবনি। অদুদি করি তৌগদগে হিন্দুশাস্ত্রদা

শুদ্রাংখিদুনা কলিদাসনসু মপুংফারবা শুগনা লৈতেংবা রঘুশিংবুসু অহল ওইরক্লবদা - মুনি লাইহনিংবা ওইনবা পাউতাক পীরম্মী। ঐনা তশেংনা হায়বা শুমগনি—কালিদাস নিস্থু লাম্ফোক্লগা রঘুবংশ ইরম্বা নত্তে। মহাক্লা নহা ওইরিঙৈদা 'রঘুবংশ' ইরম্বনি অদুগা নিস্থু লাম্ফোক্লবা মতুংদা 'কুমারসম্ভব' ইরম্বনি। মদু ঐনা মথাগী শৈরেং অনি অসিদা ফোংদোকচরি। অহানবা অজবিলাপ্তা,

ইদমুচ্ছসিতালকং মুখং
তব বিশ্রান্তকথং দুনোতিমাম্।
নিশিসুপ্তমিবৈকপঙ্কজং
বিরতাভ্যন্তরষটপদস্বম্।।*

অসি যৌবনগী তেংথারোলনি।
অসিগী মতুং রতি বিলাপতা—

গত এব ন তে নির্বত্ততে সসখা দীপ ইবানিলাহত:
অহমস্য দশেব পশ্য মামবিসহ্যব্যসনেন ধুমিতাম্।।#

মসিনা অহল ওইরকপগী তেংথাবনি।

অদুম ওইনমক, কালিদাসনা অহল ওইরকপবু লেমজনিংঙাই ওইবা মতমনি খণ্ডলবসু অহলশিংগী মরাইবক্কীদমক মুনি লাইনিংবা ওইহনবগী ব্রাফম ইরল্লোয়দবনি। বিসমার্ক, মোল্টকে অমসুং ফ্রেডরিক অহলনি; মখোয় মুনিগুম ওইরল্লবদি- জর্মান জাতিগী অমত্তা ওইবা কৈদগী ওইথোক্লমগনি? টিয়র অহলনি, টিয়র লাইনিংবা ওইরল্লবদি ফ্রান্সকী নিংতম্বা অমসুং মীয়ামগী লৈঙাকলোন করম্না ফংলমগনি? গ্লাডষ্টোন অমসুং ডিস্রেলি অহল ঙাক্তনি, মখোয়না মুনি লাইনিংবা ওইরল্লবদি পার্লিয়ামেন্ট রিফোর্ম অমসুং আইরিশ চর্চকী দিসেষ্টাব্লিশমেন্ট করম্না ওইথোক্লমগনি ?

অহল ওইরকপা মতমদি নুংঙাইথোক্কদবা মতমনি। ঐহাক হায়রিবসি ময়া য়াওদ্রবা- মঙৈ নীক্লবা হনুবাগী ব্রাফম নত্তে। মখোয়দি অঙাংগী মপোক্তা হঞ্জিল্লক্লবনি। নহা নংলকত্রে হায়রবা অহলশিং'দুগী মরমদনি ঐনা হায়জরিবসি, নহা

* অদুগুম্লবা মায়থোং মকালাম্লবা চিন্বান- বাহৈ অমত্তা ঙাংদ্রবা, নুমিদাংগী মতমদা হরাও- তয়াম্লবা, অদুবু খোইমুনা কাইদোংবিদ্রবা থম্বালগুম ঐঙোন্দা চৈনা পীররি। থম্মোয়নুংদা তত্তনা।

# নঙগী অদুগুম্লবা মরুপ, মালং- শাহমদা মুৎখ্রবা মৈরাগুম হল্লক্লরোয় অমুক হন্না, ঐসু মুৎখ্রবা মৈরাগী মতৌগুম খাঙমল্লবা অন্নাথগা লোয়ননা লেপ্লিবনি।

ওইরিঙেগী মতমদি থবক্কী মতমনি হায়বদু চুম্মী, তৌইগুম্বসুং পাংথোকপা থবক্তি মচু তাদে। মরৌশিংসু মপুং ফাগ্রি, অদুগী মথক্তা অশাওবা, কল্লকপা, নুংঙাইবা লৌবা পাম্বা অমসুং নুপী ফজবা থীবদা মঙাল য়াওদ্রবনা অয়াম্বনি; যৌবনগী মতমদা হৌনবী ওইনা থবক্তা মঙম শান্দবা মতমনি। অদুনা ঐনা হায়জৌ হায়রবদি, অহল ওইশিল্লক্লে হায়দুনা কনাগুম্বনসু মশাগী মথৌদাং তুংওইনদুনা লাইনিংবগী মতৌ তম্লীগনু। অহল ওইরক্রবসু নুংঙাইথোকনা লৈগদবনি। মদুদি হায়দ্রবসু য়ারবা থানি, নথোয়না হায়রকনি; কনাসু মপাজল লৈরিঙে, মপুন্সি লৈরিঙে নুংঙাইনবগী হোৎনদবা লৈতে। মমাগী খোল্লাং থক্লিঙেদগী হৌনা ঊইল তৌরমদায় ফাওবা অঙাং-নহা-অহল লোয়নমক শুপ্নগী নুংঙাইনবগীদমক কঙাওনরি। অশেঙবনি, অদুবু ঐদি অদুগুম্লবা নুংঙাইবা থিবা হনুবগী মতাংদদি হায়জরিবা নত্তে। নহা ওইরিঙেদা পাঙথোকখিবা থবক অদুদি মশাগীদমক্কি; মদুগী মতুং নহাগী পুন্সি লোইখ্রগা পাঙথোকপা থবক্তি অতোপ্পশিংগীনি। অসিনি ঐনা হায়জবদি। অদুগা ঙসিফাওবা ইশাগী ইথৌদাং পাঙথোকপা ঙমদনা লৈরি। মীগী অমুক করিগী তৌবীগদৌরিবা—অদুম্নদি খনবীগনু। ইশাগী থবক লোয়বা নাইরোই, মীওইবগী পুন্সিনা চহি লাক্ক অম্না শাংদোলস্বা ওইরম্লবসু, ইশাগী থবক্তি লোয়বা নাইরস্লোই; মীওইবদি মশাগী ওইজবা থীবদা ঙমখৈ নাইদে- অরোইবা নাইদে। ঐনা হায়জবদি অহল ওইরক্রবা ঐগীদি ইথৌদাং লোইরে খন্দুনা অতোপ্পগী য়াইফনবা তৌবদা পুক্লিং চঙবীরো। মদুগী লাইনিংনা অথোইবা লাইনিংনি। মসিগী লাইনিংসি চথবীরো।

অহল ওইরবা ফাওবা ইশাগী ওইরবসু, মীগীবু ওইরবসু হরাও- নুংঙাইনা ইথৌদাং পাংথোক্লনা লৈগদবনি অদুম ওইরবদি লাই-তিন নীংবদি করম তৌগনি? মথং মপোক্কী থবক্তি করম্বা মতমদা তৌগনি? ঐনা হায়জরি, অঙাং ওইরিঙেদগী হৌনা মথং মপোক্কী থবক তৌগদবনি, অঙাং ওইরিঙেগদগী হৌনা তাইবং মপুবু থম্মোয়নুংদা চেৎনা নীংজগদবনি। থবক পুম্নমক্তগী মদুন্ন অথোইবা থবক্লি, মদু অহল ওইরকপা মতমগী খাক্লনা থমগদবা নত্তে। অঙাং ওইরিঙেদা, নহা ওইরিঙেদা, যৌবনগী মতমদা, অহল ওইরক্রবা মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরবু নীংজগদবনি। মসিগীদমক্ত থোইদোকপা মতম কাইথোকপগী মথৌ ত্রদে, মসিগীদমক্তা অতোপ্পা থবক অমদা অকায়বা ওইবা করিসু লৈতে। অহোয়নদুম ঈশ্বরবু থাজবগা লোয়ননা পাঙথোকপা থবক্তি মতম'পুম্বা মায়পাকপা, মহৈ চাবা অমসুং অফবা ঙাক্ত ওইগনি।

ঐহাক্না খনবদা- কনাগুম্বা খরগী মফমদা ৱাহৈ অসি কয়া নুংঙাইহবিরম্লোয়। মখোয়না হায়বীরকপা য়াই, হৌজিক্তা তরঙ্গিনী লৈশাবীগী ৱারী তম্লমলিবনি। লোইবু লোইফাৎত্রি অমুক ঈশ্বরগী ৱাফম করিগী পুশিল্লক্লি? হৌজিক্ত অহল ওইশিল্লকপগী শুক পুখোক্তুনা বঙ্গদর্শনগীদমক ফৌ শুবা হৌরম্লগা, মথংদা অমুক লাইশোন ঈশে শক্লিবা করিগীনো? ইরালনি খন্না য়াজরে, অদুবু পুক্লিং ইংনা- চিক্লা ৱাখল লাম্বা ফংঙি মদুদি থবক পুম্বদা লাইশোন ঈশে খরা খরা নীংশিংবিবদি অফবা ওইগনি।

অফববু ওইরবসু নত্রগা ওইদ্রবসু, অহল ওইরক্লবশিংগী অতোপ্পা পাম্বে লৈত্রে। নহাক্কী তরঙ্গিনী, হেমাঙ্গিনী, সরঙ্গিনী, কুরঙ্গিনী কাণ্ডবুশিং ঐঙোন্দদি কয়া চঙলক্লরোয়। নহাক্কী মিল, কোমত, স্পেন্সর, ফুয়রবাকনা পুক্লিংদা মমি তাবা ঙমদ্রবনি। নহাক্কী ৱাংউলোন, কাংলোন লোয়নমক অরেম্বনি। লোয়নমক মীৎ তাণ্ডবনা শাদানবা চৎপগুম্বনি। মতম'সিগী নোংজুগী ৱারবা তাঙ্গা'সিদা ঙসিগী অৱাবা অহিংগী অরোয়বা ফৎত্রবা ক্কেনফম'সিদা থৱানমিচাক লৈত্রবা থাশি অহিংগী নোংলক'সিদা- ঐবু কনানা কনবীগনি? তাইবঙ ঈপাক্কী শারবা তোর্বান'সিদা, ঈচেল কল্লবা বৈতরনীগী ঈরে কল্লবা লৈরায়সিদা—লানঙমদ্রবা সমুদ্রসিগী অহানবা ঈপোমগী শাফুদা, কনানা ঐবু কনবীগনি? নুংশিংনা হুম্লকলি কল্লবা শাহুমদা—অমম্বনি, প্রভু! মায়কৈ মরি মমশিনখরে! ঐগী পীক্লবা হিনাউসে ফৎত্রবগী পোংলুম্না য়াম্না লুমথরক্লে! কনানা ঐবু কনবিগনি?

~:০:~

## কমলাকান্তগী
## কায়ন-ৱারোল

সম্পাদক ইবুংঙো,

কায়নরসি, ইবা লেপচরগে। কনাগসু চানদ্রে, অপাবশিংগসু চানদ্রে, সংসার অসিদা কনা'মত্তগা চানদ্রে। অদোমগা ঐহাক্তসু চানদ্রে। অসিদবু ইফম থোক্লিবরা? খোঙ্খাং হৈত্রবা ঐনবু করম্না বাঁশী খোঙগনি। বাঁশী খোঙজগে তৌবনি অদুবু খোঙবা য়াদ্রে, বাঁশী কায়খ্রে। অমুক্তা খোংঙু য়েঙসি, ঐগী থম্মোয় বাঁশী! ওহ্লোকপনি! নঙবু ঙসিসু অদুঙৈগুম্না খোঙবা ঙমখিগদ্রা? অদুঙৈগীখোঞ্জেলদু নীংশিংলিবরা? নত্তে, নঙবু হান্নগী অদুম্না অদুম্মক লৈরিবরা? নত্রগা ঐসু হান্নগী'দুগুম্না ঐ অদুমক লৈরিবরা? নঙসু শুম চারবনি, ঐসু শুম চারে। ঐবু শুম্না চারবরা চাদ্রিবরা মদু ঐদি খঙদে, ঐগী হান্নগী যুমদু লৈত্রে। মতৌ করম্না খোঙগনি? ঐগী হান্নগী খোঞ্জেলদু লৈত্রে। কনানা তাবিগনি? ঐগী থম্মোয়! অমুক্তা খোংঙু য়েংসি! তাইবঙপান অসিদা মনা পঙলবা, শেনগী ৱাখলদা কঙাওনৱবা, ফুম্বংনরম্বা সংসার'সিদা ঐগী অদুগুম্নবা পুক্লিংগী অরোনবা ৱাফমশিং অদু অমুক্তা মরিকচুম্না তম্মু। তম্নবদি কনানা তাবিগনি? মতমদু চহি নৌরিঙৈনি। কোর্বেক ইরম্বসু মতম কয়া হৌখ্রে। হৌজিক্কী চহি মতাং'সিদা মদুগী নুংঙাইবা মহাওসু লৈত্রে। হৌজিক ঐগী মহাও য়াওদ্রবা য়াক্রবা ৱাহৈশিং কনানা তাবিগনি? অদুঙৈগী য়েন্নিংথাদু লৈত্রে। হৌজিক্তি খোঞ্জেল ফাইরবা কোকিলগী খোঙ্খাং কনানবু তাবিখিগনি? ভাই! অতে হায়রুদুনা কান্নদে। লাওরুবগীসু কান্নবা লৈত্রে। ৱা অকায়বগী হৌরবা খোঞ্জেলনা তাউবা হুইগী শৈহেক্তা খোঙলুবগীসু কান্নবা লৈত্রে। হৌজিক্তি ঐনা নোকপদা কনাসু নোকপীররোই। কপ্লবদি থোইনা নোকপীরকনি খল্লি। চহি নৌরিঙৈ মতমদদি নোকপা-কপ্পগী নুংঙাইবসু লৈরম্মী। মীশিংগা লোয়না লোয়ননা নোক্লম্মী, কপ্লম্মী। হৌজিক্তি নোকপা-কপ্পা তৌশিন্নবা ফাগী মাল্লগনি।

হে অথোইবা সম্পাদক ইবুংঙো! অদোমদা তশেঙনা হায়দোকচরি। কমলাকান্তদি হান্নগী অদুগুম্না মরেক মহাও য়াওদ্রে। ঐগী অদুঙৈগী নসীরাম বাবু লৈখিদ্রে। কানি (আফিং) গী অৱাংপা লৈরে। অদুঙৈগী প্রসন্ন কদায়দা লৈত্রবনো খঙদ্রে। মহাক্কী মণবী মঙ্গলাদুসু কদায়দনো খঙদ্রে। অশেঙবদি মতম'দুদসু ঐহাক ইতোমতনি। হৌজিকসু ইতোমতনি। তৌইগুম্বসুং মতম অদুদা ঐহাক ইতোমতনা লিশিং অমা ওইরম্মী, হৌজিক ইতোমতনা তখায় খক্তনি। অদুবু ইতোমতগী করিগী অসুক কল্লবা লীপুম্নো? ঐনা লোয়জরম্বা চেক্লা অদুসু শিখিবা কুইস্রবনি। ঙসিসু মাগীদমক কপ্পি। লৈশাং মপুং ফাহনখিবা লৈরাংদুসু মতম কুইরে কংখিবা, মাগীদমক ঙসিসু কপ্পি। লাইজ ঈরোম্নুংদা কোরৌ মশেক্লা য়ৈরিঙৈ উখিবা মীরুমগী ফজবা—মদুগীদমক ঙসিসু কপ্পি। কমলাকান্তগী থম্মোয়নুংদদি সন্যাসীনি, অসুক কল্লবা লীপুম্না মাবু করিগী পুল্লিবনো? হকচাং কয়াংসি পুমথবা হৌরক্লে। উৎ-তাঙ্গোয়গুম্লবা পুক্লিংগী অনীঙবদি পুমথত্রিবা করিগীনো? য়ুম মৈনা চাকখ্রে। মৈদি মুৎত্রিবা করিগীনো? পুম্রি কংথবা হৌরক্লে-লৈখোমথক্কী লাইজদা করিগী থম্বাল শাৎলিবনো? নোংলৈ- নুংশিৎ লেপখ্রে, সমুদ্রদা মালং শাহুম লেপত্রিবা করিগীনো? লৈরাং খুইথখ্রে। হৌজিকসু করিগী লৈনম চেল্লিবনো? নীংশিংবনা করিগীনো? পুক্লিনা করিগীনো? নুংশিবা কাইনখ্রে, মৈচাক্লা লৈহৌরিবা করিগীনো? থবায় লৈত্রে, করিগী পিণ্ড কংলিবনো? থাজগা পুন্সি- লৈপুন শেম্লম্বা অদুগী কমলাকান্ত, কোকিলগা শৈশকমীন্নরম্বা, লৈরাংবু থাজরম্বা, মদুগী কমলাকান্ত লৈখিদ্রে, হৌজিক মহাক্কী কানিগী শরুক করিগী তমগদৌরিবনো? য়া-চেকথাইরে-করিগী সা রে গ ম শক্তদৌরিবনো? থবায় য়াওদ্রে,'মরুপ করিগী নিংশা- শোরনো? নুংঙাইবসু লোইখ্রে, করিগী অমুক কপ্পগনি।

অদুবু, কপ্পা তাবনি। পোক্লকঙৈদা কপ্পুনা লাকখিবনি, কপ্পুনা শিগনি। অতৈ ইররোয়, হৌজিক কপ্পগে।

নয়াথং ইল্লবা, হৌত্রবা
শ্রীকমলাকান্ত চক্রবর্তী

# কমলাকান্তগী জবান লৌবা

(খুৎই ফজবা জুনিওরনা লেংজবা)

কানি থকপা কমলাকান্তগী ঈ- পাউ তাখিদবা মতম কুইখ্রে। য়াম্না কন্না থিরুরবনি, খঙহৌদনা হন্দক নোংমা মহাকপু ব্রায়েল চৈরাক লোয়শঙদ উবা ফংলম্মী। য়েংলুবদা ব্রাহ্মন অমা উখোঙ অমদা ফল্লগা উপালগী মঙদা ওারগা, মমিং উইশিন্দুনা হিদাকফু চিংদুনা লৈবি। খল্লুবদা, করিসু থোয়দোকপদি ওইরম্লোয়, মহাক মীহৌবদগী কনাগুম্বা অমদগী কানি খরা হুরাল্লুবা ওইরম্বা য়াই—অতোপ্পা পোৎশক্তি কমলাকান্তনা হুগদবা লৈত্তে—মদুদি তশেংনা খঙই। মনাক্তা ফিমু শেংপা কলটেবল অমা লেপলিবদু উবা ফংলম্মী। ঐহাক কুইনা লেপ্লমদ্রে-কবিগুম্বা ঐবু জামিন ওইবীনবা কমলাকান্তনা হায়রকপা য়াই। লাগুক্লা লৈদুনা করি মতৌনো হায়দুনা য়েংলম্মী।

ওাইহাক মতুংদা কমলাকান্তবু কৌরক্লম্মী। মতম'দুদা কলটেবল অমনা রুলাব অমা মখুত্তা উরু উক উওদুনা কমলাকান্তবু ব্রায়েলশঙ মনুংদা পুদুনা চঙখিবম্মী। ঐসু মতুং ইন্নদুনা চংলম্মী। লেপ্তুনা ব্রাহে অমা অনি তাববা মতুংদা থৌদোক অদু খঙলম্মী।

ব্রায়েলশঙ মনুংদা হৌনবী মওংদা ব্রাংলবা ফম্বাক্তা জজ ফমদুনা লৈরি। জজ অদু ইরৈবাক্কী ধর্মলৈবা, ফমথোল অমসুং লেমজনিংঙাই ওইরবা ডিপুটি অমনি। কমলাকান্তদি মরাল লৈবা নত্তে-সাক্ষীনি। ব্রাকৎনা ঋন হুরানবগী। ব্রাকৎলিবা অদুনা প্রসন্ন শঙ্গোম য়োম্বীনি। কমলাকান্তবু, সাক্ষীগী জবান লৌফম উনা থাজিল্লবা মফম অদুদা পুশিনখিবম্মী। কমলাকান্তগী মায়থোং নোকমি নোকমি তৌরম্মী। চাপ্রাশীনা “নোক্লনু” হায়দুনা ধমকা তৌরি। কমলাকান্তনা মখুৎ লোম্নদুনা হঙ্গৎলি, “ইবুংঙো কনাগী লৌবুক্তা লৌ চারুবগী ঐবু অসিদা হোয়জিন্দুনা থম্বীরিবনো?”

চাপ্রাশী ইবুংঙো ভাব তাবা ঙমদ্রে। মমায় ওনশিল্লগা হায়রকখি- “ফাগি তৌফম নত্তে মসি—সে ব্রাশকউ”। কমলাকান্তনা হায়রকই—তাকপিয়ু ইবুংঙো। মুহোরী অমনা

য়াশকতু পাবা হৌরম্মী। হায়রকখি- "হায়ু ঐহাক ঈশ্বরবু ইমিংনা উরে খন্দুনা ..........."।

কমলাকান্ত—(অঙকপগা লোয়ননা) করি হায়গদৌরিবা?

মুহোরী— ননাদু তাদ্রও—ঈশ্বরবু ইমিংনা উরে খন্দুনা......

কমলাকান্ত—ঈশ্বরবু মিংনা উরে হায়বা- মাঙলে মাঙলে,

জজনা উরম্মী শাক্ষী অসি য়াম্না কারন তৌরক্দৌরি, হংলকখি

— করিনো মাঙলে হায়বদি?

কমলাকান্ত—ঈশ্বরবু ইমিংনা উরে-য়াহৈশিমক হায়বা তাদ্রা?

জজ—করি অকায়বা লৈবগে- য়াশকপগী মওংনি....

কমলাকান্ত—হুজুরদি অচুম্বা য়ায়েনবিবনি। অদুবু য়াহৈ অমত্তদি হঙ্গৎচগে, সাক্ষী পীবগীদমক য়াহৈ অমা অনি অরানবা হায়জিনবা ময়াওখিবসু য়াই, তৌইগুম্বসুং হেক হৌবদা অদুক চাউববা ওইদবা য়াহৈনা হৌবা তারবদি—মদুবু অফবা ওইগদ্রা?

জজ—অসিবু কয়ম্না ওইদবনি হায়রিবনো?

কমলাকান্তনা মপুক্লিংদা শোঞ্জে "নঙগী অদুক্কী নরৌশিং লৈবা মরম্না অসিগুম্বা ফমথোক্ল পায়রিবরা?" ফোঙনা হায়রম্মী-

—য়ায়েল মপু ইবুংঙো, ঐহাক্না খজিক্তং খঙজবদি "ঈশ্বরদি তশেংনা মীৎনা উবা ফঙবা পোৎশক নত্তে। ঐহাক্কী মীৎকী অশোয়বা ওইরবসু নত্রগা করিগুম্বা অমবু ওইরবসু, ঙসিফাওবা ঈশ্বরবু ইমিংনা উবা ফংজদ্রি। অদোমদি আইনগী আনোক উপশিন্দুনা মহাকপু মীৎমাঙদা উবিবা ফংবীরমগনি, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী কা অসিগী মীৎমীৎদা উবা ফংজদ্রিবা মদুদা করম্না ঈশ্বরবু ইমিংনা উরে হায়দুনা য়াশকউ হায়বীরিবনো?

য়াকৎলিবীগী উকিলনা শাউরম্মী, মাগী তাঙলবা মতম, মিনিট খুদিং শেল ওরো ওরো থোকপদু তোল্লবা সাক্ষী অসিনা মাঙহনবা হৌরক্লে। উকিল অদুনা শাউদুনা হায়রম্মী—"শাক্ষী মহাশয়! Theological lecture অদু ব্রাহ্ম সমাজকী ওইনা থন্নীবনা ফরোইদ্রা? মসিদা আইনগী চৎনবী ঙাক্লা চৎপীনবা পুক্লিং লেপ্পিয়ু।"

কমলাকান্ত মাঙোন্দা মায় ওনশিল্লম্মী। নোকফেৎ তৌরগা হায়রম্মী — অসোম উকিল ওইরমগদবা মাল্লি।

উকিল (নোক্তুনা)—কয়ম্না খঙবীবগে?

কমলাকান্ত—য়াম্না লায়না। চেইন অচৌবা, অমুবা অমোংপা উবদা। অদুবু মহাশয়! অদোমগীদমক Theological lecture নত্তে। অদোমদি উকিল থিবা মীওইশিং লাকপা মতম'দুদা ঈশ্বরবু ইমাংমক্তদা লাকপা উবীরম্বা য়ায়।

উকিল শাওখিবনা হৌগৎলগা জজতা হায়ম্মী– "I ask the protection of the court against the insult of this witness." কোর্টনা হায়রকখি- "O Baboo! the witness is your own witness, and you are at liberty to send him away if you like."

হৌজিক কমলাকান্তবু থাদোক্লবদি উকিলনা লেপ্লিবা কেস অদু মায়পাকপা ওগ্লোয়দৌরি, উকিল তুমিন্না ফমখিরম্মী। কমলাকান্তনা খল্লম্মী, জজ অসি কাংলুপ পুম্রবা তোখায় তারবা অমনি।

থৌদৌ অদু উবদা জজনা মুহোরিদা হায়রম্মী-"ওথ অদু সাক্ষিনা য়ানিংদ্রে-মাঙোন্দা Simple affirmation ওইনা তৌরো।" মদুদা মুহোরিনা হায়রম্মী- "ফরে মদু তোক্লসি-হায়ু ঐনা বাশকচরি-হায়ু"।

কমলা—করি বাশকচগনি মদু হান্না খঙলগা হায়জবনা ফরোইদ্রা?

মুহোরিনা জজরোমদা য়েংলগা হায়রম্মী—"বায়েল মপু ইবুংঙো, সাক্ষীসি ওষ্থোক্লা শাথিপ্রে"।

উকিল বাবু অদুসু হায়রম্মী "very obstructive"

কমলাকান্ত—(উকিলদা য়েংলগা) চেজমদা হান্না সহি তৌবদি বায়েলশঙগী মপান্দা তৌনবা য়াওই, মনুংদসু তৌনবা য়াগদ্রা?

উকিল—কনানা নঙবু চেজমদা সহি তৌ হায়বগে?

কমলা—করি বাশক্লদবা অদু খঙদনা, হান্না ঐনা বাশকচরি হায়বসিবু, চেদা করি ইগদবনো খঙদনা হান্না সহি তৌবগা অন্নানি।

জজনা মুহোরিদা য়াথং তৌই—"বাশক অদু মাঙোন্দা হান্না তাহনবিরো, য়েংনদুনা কায়দে।

মুহোরিনা পাথোক্লম্মী, "তাও অসুম্না হায়গদবনি—ঐনা বাশকচরি মদুদি ঐনা সাক্ষী পিরিবা অসি অচুম্বা ঙাক্ত ওইগনি, অরোংপা বাকম অমত্তা থমজরোই—অচুম্বা নত্তনা

অমত্তা হায়জরোয়।

কমলাকান্ত—য়ারে- য়ারে- য়ারে।

মুহোরি—অতে করি অমুক লৈরি?

কমলা—পাবীরো, ঐহাক হায়জরগে।

কমলাকান্ত অদুদা মরে মরা তৌদনা বাশকপা হৌখিরম্মী। মদুদা বাহং হংনবা উকিলবাবু হৌগংলকখি, কমলাকান্তদা মমিৎ খানা য়েংদুনা হায়রকখি—হৌজিক অমুক ঙাওরি- কৈরি তৌরনু—ঐনা হংলিবা খুদিংমক্কী চপচাবা পাউখুম পীয়ু—কান্নদবা বা ঙাংবা য়াদ্রে।"

কমলা—অদোম্না হংলিবা অদুগী পাউখুমতমক পীবা তাবা, অতোপ্পা অমতা হায়বা য়ারোইদবা?

উকিল—য়ারোই।

কমলাকান্তনা জজরোম য়েংলগা হায়রম্মী "অদুদি ঐবু করিগী অরোৎপা থমজরোয় হায়না বাশকহল্লিবা? বায়েলমগু ইবুংঙো, থৌগল্লোন কায়বা ঙাকপীগনি। লৈকাইদা লীলা অমা তৌগনি তাজবা, য়েংলুগে খঞ্জরম্বনি, মদু অসিদা অদুম নিংবা থুংজরে। উকিলবাবু দিরেক্তরনি, ঐনা লীলা কুপ্লিবা মীনি, হায়হল্লিংবা অদুমক হায়জগনি। হায়দোক্লোইদবা বাফমদি হায়জরোয়। হায়জরোয়দবা বাহৈনা অরোৎপা ওইনা লৈজগ্রনি। বাশক থুগাইবগী ইরাল ঙাকপিগনি।

জজ—বাহংদা য়াওদ্রবসু হায়কমথোকপদি অদুম হায়বিয়ু।

কমলাকান্ত জজবু মখুৎ লোম্নদুনা খুরম্নগা হায়রকখি- "য়াম্না ফগনি"।

উকিলনা অদুদগী হংবা হৌরক্লম্মী- নঙগী মিং করি কৌই?

কমলা—শ্রী কমলাকান্ত চক্রবর্তী।

উকিল—নঙগী অপোকপগী মিং করি কৌই?

কমলা—জবান লৌবদা মদুগীসু কান্নবা লৈব্রা?

উকিল শাউখিরম্মী—"হুজুর মসিদি contempt of court নি।" জজনা হায়রকখি- "অদোমগী সাক্ষীনি"। অদুনা উকিলনা কমলাকান্তদা অমুক ওনশিল্লগা হায়রম্মী—"হায়যু হায়দবা য়াদবনি"। কমলাকান্ত মপাগী মমিং হায়রম্মী। উকিলনা অমুক হংলকখি- "নহাক করি জাতিনো?"

কমলা—ঐবু জাতি অমরা?

উকিল—নঙ করম্বা জাতিগী মীওইনো?

কমলা— হিন্দুজাতকী মীনি।

উকিল— বর্ণ করিনো?

কমলা— কাহেম্না অমুবা।

উকিল— ওহ্নোকপনি ইস! অসিগুম্বা সাক্ষীসিবু । হায়বদি নঙগী জাৎ লৈতবরা?

কমলা— কনানা মাঙহনখ্রগে?

উকিলনা হংলিবদু ওইররোয় খঙদুনা জজনা হংলম্মী- "ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রিয় জাৎ মখল খরা লৈবদু খঙঙ্গিদনা, মদুগী মনুংদা করি জাৎ ওইরবনো?

কমলা—ৱায়েলমপু ইবুংঙো, উকিলসি খরা কা-হেনমল্লি। ঐগী গুকশমদা লগুন থাংলি, মিংসু চক্রবর্তী হায়জখ্রে, মদুদসু মহাক ভাব তাদ্রে—ঐসি ব্রাহ্মননি"।

জজনা "জাতী ব্রাহ্মন" হায়না ইরম্মী। উকিলনা মথংদা হংলম্মী"নঙ চহি কয়া শুরে"?

ৱায়েলশঙ মনুংদা ঘড়ি অমা লৈবম্মী, মদোমদা য়েংলগা য়াম্না কুপ্পা পারগা কমলাকান্তনা খুমলকই,- " ঐগী চহি য়াঙ্খেমাথোই, থা অনি, নুমিৎ তরাহুমদোইনি, পুং মরি, মিনিট মঙা"-

উকিল—ওহ্নোকপা মতৌনি, নঙগী পুং মিনিট কনানা হায়য়ু হায়বগে?

কমলা— করিনো তাকপীরিবসিবু, ঙাইহাক্কী মমাংদা ৱাফম অমতা অরোৎপা থমজরোয় ৱাশকচখিবদুদি।

উকিল— ফরে ফরে হায়নিংবা হায়জরো। ঐ ঙমদ্রে। নঙগী লৈফম কদায়দনো?

কমলা— ঐগী লৈফম লৈতে।

উকিল— য়ুমবু কদায়দা লৈবগে?

কমলা— য়ুমদি তোক্লসি, ঐগী কা মচা অমা ফাওবা লৈতে।

উকিল— অদুদি কদায়দা লৈরিবা?

কমলা— অমা অমদা হেক্তা লৈ।

উকিল— ফমফম-হিপফম অমদি লৈদনা?

কমলা— লৈরম্মী, নসীবাবুনা লৈরিঙৈদা লৈরম্মী। হৌজিক্তি লৈত্রে।

উকিল— হৌজিক্তি কদায়দা লৈ?

কমলা— কোর্ট মনুংদা লৈ।

উকিল— ঙরাংনা কদায়দা লৈরুবা?

কমলা— দুকান অমদা।

জজনা হায়রম্মী— 'ব্রা ঙাংদুনা কান্নদে, ইরগে, লৈফম লৈতে।" মথংদা....?

উকিল— নঙগী শিনফম করিনো?

কমলা— ঐগীবু শিনফম হায়বা? ঐবু উকিল্লা-নত্রগা ওক্তবীরা, ঐগীবু শিনফম লৈগদ্রো?

উকিল— অদুদি করম্না চাবগে?

কমলা— চাক্তা হব্রায় তোংলগা, য়েংকী খুংনা চখোম লৌখত্তুনা চিন্দা হক্লগা চায়।

উকিল— অদুগী চেঙ-চাক হব্রায় করম্না ফংবগে?

কমলা— ভগবান্না ফংহল্লগা ফংঙি, ফংহন্দ্রগা ফংদ্রে।

উকিল— শেল-থুম খরা তান্দ্রও?

কমলা— পৈশা অমা ফাওবা তানদে।

উকিল— অদুদি হুরাল্লিবা জাৎলা?

কমলা— অদুম ওইরম্লবদি মমাংদগী হৌনা অদোমগী মফমদা চঙজরম্লবা অমা ওইরমগনি। অদোমসু শরুক খরা ফংবিরমগনি।

উকিল অদু তৌফম খঙদ্রদুনা ব্রায়েজশঙদা হায়রকখি- "ঐহাক মসিগী সাক্ষীসি পামজদ্রে, ঐহাক মাগী জবান লৌবা ওল্লরোয়।"

ব্রাকংলিবী প্রসন্ন, চেনশিল্লগা উকিলদা হায়রম্মী, অসিগী সাক্ষীসি থাদোকপা য়ারোয়। অসিগী বায়োন অসি অচুম্বা হায়রক্তনি হায়ব্রা ঐহাক খঙঙি—কৈদৌনুংদসু ওইদবা ঙাংদবনি। মাঙোন্দা নখোয়না ব্রাহং হংবা হৈত্তবনা মহাক্লা অসুম্না তৌরিবনি। অসি ব্যায়োনসিগীবু করি শিনফমনো? য়ুম অমদগী অমদা কোয়চৎচত্তুনা চাবা মীনি।

মাঙোন্দা শেল থোকপা শিনফম করিনো হংলবদি করিদি খুন্নক্কনি।

উকিলনা জজদা হায়রম্মী- "ভিক্কানীবনি" হায়না ইবিরো।

কমলাকান্ত মদুদা শাউরক্লম্মী- "করি কমলাকান্ত চক্রবর্তী ভিক্কা নীদুনা চাই হায়বা? ঐহাক চাউথোক্লা ব্রাশকুনা হায়রিবসিনি, ঐহাক কৈদৌনুংদসু কনাগুম্বদা পৈশা অমত্তা ভিক্কা নীদুনা চারক্রি।"

প্রসন্নদু খাঙবা ঙন্নমদে, হায়রকখি- "অদুদি ঐগ্যা কৈদৌনুংদসু কানি নীদুনা থকখিবা য়াওব্রা?

কমলা—"হেই গোবালা নুপী অফাওবী! কানিবু পৈশারা? ঐহাক পৈশা অমা ফাওবা মীঙোন্দগী নীদুনা লৌথিদ্রি।

জজনা নোক্লগা হংলকই—'করি ইসিগে কমলাকান্ত?' কমলাকান্ত নৌরবা খোঞ্জেলনা খুন্নকই- "শিনফমদি ব্রাহ্মন চাকপীজবগী বার্তোন লৌবা' হায়না ইবিয়ু।" ময়াম্মা মখোল হৌনা ব্রা ব্রা নোক্লম্মী। জজনা অদুম্মা ইবা তাখিরম্মী।

মথংদা উকিল বাবুনা কেস চথবা হৌখি। হংলকই- "নহাক ব্রাকৎলিবী অসিবু খঙবরা?"

কমলাকান্ত—খঙদে।

প্রসন্ননা লাওরকই—করিনো ঐগ্যা? মতম'পুম্বদা ঐগী শঙ্গোম, দহি চাদুনা লৈবিরন্নগা ঙসিনা খঙদে হায়রিবা?

কমলাকান্ত খুন্নকই—নঙগী শঙ্গোম, দহি খঙদে হায়বদি নত্তেদনা। নঙগী দহি শঙ্গোমদি নিংথিনা খঙম্ভি। শঙ্গোম পব্রা অমদা ঈশিং পব্রা অহুম য়াওরবা মদুদি প্রসন্নগী শঙ্গোমনি খঙবা ঙম্মী। মপংনা ঈরু কারবা শঙ্গোম অফব্রা উবদা নঙগী দহিনি খঙবা ঙম্মী।

প্রসন্ননা মঙক নোল্লদুনা হায়রকই—ঐগী দহি, শঙ্গোমদি খঙবা, অদুগা ঐবুদি খঙদবা?

কমলাকান্ত—নুপীবু কনানা কৈদৌঙেদা মশক খঙবা ঙমগ্রবগে? থোইদোক্লা গোব্রালা নুপীগী মব্বাংদা শঙ্গোম চকু য়েপ্লবদি মাবু কনানা মশক খঙবা ঙমগদগে? উকিল মদুদা ব্রাহং চথবা হৌরক্লম্মী—ব্রাকৎলিবীসিবু মশক খঙম্ভি হায়বদু খঙবা ঙন্ত্রে, মন্ত্রক্লা মঙগা করি মরি থোক্লবগে?

কমলাকান্ত—অঙকপনি, মদুগী গুনদু লৈত্রবদি করম্মা উকিল ওইংগদৌরিবনো?

উকিল—ঐঙোন্দা করি গুণ উবা ফংলবগে?

কমলা—ব্রাহ্মন অমগা গোৱালা নুপী অমগা মরি লৈনবা খীগৎপীরিবদুগী....

উকিল—মরি অমত্তা লৈনবা য়াদে হায়ব্রা? নঙ করিগুম্বা মাগী অয়োকপা মচাগুম ওইরম্লবদি?

কমলা—মাগী নত্তে, মাগী মপবীগিনি।

উকিল—খঙঙে, ৱাকৎলীবগা নঙগা মরিদি অমা লৈনরে, অদুবু শৎ হায়দোক্লগা লোইরপোৎনি, অদুক মরে য়েৎলিবা করিগীনো? ফরে, নঙ কেস অসিগী মরমদা করি খঙবগে?

কমলা—ঐনা খঙবদি কেস অসিগী অসোমনা উকিল, প্রসন্ননা ৱাকৎলিবী, ঐনা সাক্ষী, লুকোকপা অসিনা খৎনরিবা বিবাদীনি।

উকিল—মদু নত্তে, মণ হুখিবগী মরমদা খঙবরা?

কমলা—মণ হুবগী মরমদা ঐগী ইপা- ইপু কনামত্তসু খঙখিদে। মহেদু ঐবু খরা তম্বিয়ু। ঐগী শঙ্গোম, দহিগী দরকার য়াম্না লৈ।

উকিল—ইসো! হায়বদি মণ হুরানবা উবিহৌবরা?

কমলা—নোংমদি উখিরম্মী। নসীবাবুগী মণ হাতম অমা মুচি নুপা অমনা ...

উকিল—ওষ্থোকপনিদা! নত্তে প্রসন্ন গোৱালা নুপীসিগী মণহুদুনা পুখিবা মতমদা উবিহৌবরা?

কমলা—ঐবু কৌরগা সাক্ষী থমদুনা হুরাম্লিবা হুরানবদু অদুক্কী মতীক্ক অপঙবা মীদি ওইরম্লোয়। অদুম তৌরম্লবদি- ঐগীসু খরা খুদোংচাবা, অদোমগীসু খরা খুদোংচাবা ফংলম্বা য়াই।

প্রসন্ননা উকিলদা পীখিবা শেল অরেম্বদা তাদৌরে খন্দুনা, মশানা পোরম য়াংকে হায়না, উকিলগী নাম্নদা চিরোন তৌদুনা হায়রম্মী। বামন অসি অদুগুম্বা করিমত্তগী সাক্ষী নত্তে, মাদি মণ মশক খঙবা খক্তনি"।

তাঞ্জা'দুদা উকিলবাবু নে-তানা ভাব তাররুম্মী। খোঞ্জেল কল্লপ তৌনা হংলকই— "নঙ মণদু খঙবরা?"

কমলাকান্ত হায়খেৎ নোক্কুনা খুম্লকই" অহোম্ন খঙঙি হায়বা তাই—নত্রবদি অদোমগা

য়ারী-য়াতাই শানবা ফংলমগদ্রা?"

জজনা সাক্ষী অসি কা-হেন্না কাতু- কারল তৌবা হৌরক্লে হায়না নীংলম্মী—হায়রকখি, 'মদু ঙাইথো', প্রসন্ন গোয়ালানুপীগী ষণ অমুবীদু য়ায়েলশঙগী মমাং থংবা লম্পাক্তা পুন্দুনা লৈবা উরম্মী। জজনা মায়কৈ অদোমদা য়েংলগা হংলম্মী- "নঙ আদগী ষণ অসি থঙব্রা?

কমলাকান্ত মখুৎ লোন্নদুনা — "করম্বা ষণনো য়ায়েল মপু ইবুংঙো?

জজ—করম্বা ষণনো হায়বা? অমা নত্তনা অতৈদি লৈতেনা।

কমলাকান্ত—"অদোম্মা অমত্তা উবিরি, ঐহাক্তি ফনা য়াম্মা উজরি"।

জজনা শাউনা হায়রকখি—উদ্রও আদগী অমুবা'সে? কমলাকান্ত ষণ অমুবীরোমদা য়েঙদদুনা অমুবা ফিজোলগী উকিল ময়ামদা য়েঙলম্মী। খুন্নকখি-অমুবশিং ময়ামসি হুরাল্লকপা ঙাক্তরা?

জজ অদুনা কমলাকান্তগী য়ারেম-থৌরেম তাবা ঙন্নক্রদুনা হায়রকখি, নঙ য়ায়েল লোয়শঙগী থবক্তা অপনবা য়াম্না ওইহল্লে, Contempt of Court কীদমক নঙবু লুপা মঙা জরি পীবা তারে। কমলাকান্তনা মখুৎ অনি লোন, মকোক নোন্দুনা খুরন্নগা হায়রকই—করি হুজুর, জরি লৌবগী থবক্তি কনানা পাঙথোকপীগনি?

জজ—করিগীনো?

কমলা—করম্মা জরি লৌবিগনি, মদুগী পাউতাক খজিক্ত পীজগে।

কমলা—তাইবঙপানসিদা ঐঙোন্দগী জরি লৌবগী ওইথোকপদি অমত্তা লৈয়রোয়, মহাক তাইবং য়াংমদা চংনবগী থৌরাং তৌবিবা য়াগদ্রা হংজগে তৌবনি।

জজ—জরি পীবা ঙমদ্রবদি বন্দী ওইনা লৈবা তারে।

কমলা—মতম কয়াগী ওইগদবনো? য়ায়েল মপু ইবুংঙো!

জজ—জরি পীবা ঙমদ্রবদি থা অমগী বন্দী ওইনা লৈগনি

কমলা—থা অনি ফাহনবিবা য়ারোইদ্রা, হুজুর?

জজ—মতম শাংনা পাল্লিবা করিগীনো?

কমলা—মতমসি খরা ফংত্রে। ব্রাহ্মন চাক খাঙবগী বার্তোনসু কয়া ফংল্লে। অদুনা থা অনিরোমগী ব্রাহ্মন চাক পীজবগী বার্তোন ওইনা, অদোম্মা থৌরাং তৌবিরবদি

ঐগুম্না লাইরবা ব্রাহ্মন অমগী উপায় অমদি ওইজগনি হায়জরিবা।

অসিগুম্বা মীবু বন্দী থমদুনা নত্রগা জরি লৌদুনা ফান্নবা অমত্তা ফংলরোয়। অদুনা জজনা নোক্লগা হায়রম্মী। ফরে, নণ্ডগী নরানদু কোকপীরগে। হায়য়ু আদগী ষণ অসি নণ্ড খণ্ডব্রা?

কন্সটেবল অমদা জজনা প্রসন্নগী ষণ মনাক্তা পুশিন্দুনা য়েংহন্নবা তাকলম্মী। মায়থোং মকশিল্লবা উকিল অদুনা হংলম্মী—ষণ অসি নণ্ড খণ্ডলবরা?

কমলা—মচি য়াওবা ষণ অদুরা?

উকিল—অদুনামুক করিনো?

কমলা— ঐনা হায়বদি অমুবা-ফরে, মচি য়াওবা ষণদু ঐ খণ্ডিি। নিংথিনা খণ্ডি।

উকিল—মদু কনাগী ষণনো?

কমলা—ঐগী।

উকিল—নণ্ডগী!

কমলা—ঐগীনি।

হরে-হরে, প্রসন্নগী মায়থোং মকশিনখিরম্মী। উকিলনা কেস অদু মায়থিবা ফংলনি নীংলম্মী। প্রসন্ননা শাওবনা মৈ হৌরদুনা হায়রকখি- "হৈ চিষ্ট্রিবা, ষণ অসিবু নণ্ডগীরা?"

কমলাকান্ত-ঐগী নত্রদি কনাগীনো? ঐ মাগী শঙ্গোম চারকই, দহি চারকই, মাগী ছানা চারকই, মাখোন চারকই, ষণ অসি ঐগী ওইরোইদ্রা? ইবেমা, নণ্ডনা লোইবনি হায়দুনা নণ্ডগী নপাগী ষণনি হায়রিব্রা?

উকিলদু করি'মত্তা ভাব তাদ্রে। হায়রম্মী— ঝায়েল মপু ইবুংঙো witness hostile! Permission পীবিয়ু, ঐ মাবু Cross তৌজগে।

কমলা—করি? ঐবু Cross তৌগে হায়বা?

উকিল—হোয়, তৌগনি।

কমলা—থোং শাদুনরা নত্রগা হি নরা?

উকিল—অদুনমুক করিনো?

কমলা—ইবুংঙো, কমলাকান্ত সমুদ্র লানবা ঙম্বা, অদুকচাউবা হনুমানদি নহাক ঙসিসু ওইদ্রি।

মদু হায়রগা অশাওবনা মৈ হৌরবা কমলাকান্ত চক্রবর্তী উগী কাংথক্তগী কুমথরক্লম্মী, চাপ্রাশীনা ফাদুনা অমুক পুলিন্দুনা থমখি। মতমদুদা কমলাকান্ত উপায় লৈত্রদুনা ভুকথদুনা লৈখিরম্মী- হায়রকখি, ইবুংঙো সে তৌরো, Cross তৌরো! ঐ ঙমখে নাইদ্রবা সমুদ্রদা তারবনি। চোংনিংবা মায়কৈদা চোংবিরো-অপামিবাধার মনত্তরঙ্গং! "উকিল বাবু, অসিগী ঈংলবা মহাসাগর অসি ঈপোম হৌদবনি, অদোম্মা নুংঙাইগদবা মওংদা চোংবিয়ু।"

উকিলনা মদু তারবা মতুংদা কোর্ট হায়রম্মী—ব্রায়েলমপু ইবুংঙো! মীওই অসি অঙাও-অফেগুম্বা মওং অমনি, ঐহাক্না মসিদা Cross তৌরুবগী কান্নবা ফংলরোয়। অঙাওবনি হায়না মাগী পাউখুম লৌগদৌবা মান্দে। মহাকপু থাদোকপিরসি।

জজ অদুসু কমলাকান্তগী জবান লৌবা অসিতা লোইরবদি হায়দুনা তাঞ্জা ঙাইরম্লিবনি, থাদোকপিরগে খল্লিঙৈ তাল্লক অদুদা, প্রসন্ননা মথুং লোম্নদুনা কোর্টতা হঙ্গংচৈ- "য়াথং পীবিরবদি ঐহাক ব্রাহং অমা- নিদং হংজখিগে, মদুগী মতুং থাদোকপীগে হায়রবসু থাদোকপীয়ু।"

জজনা য়ানিঙবগা লোয়ননা য়াথং পীরম্মী। প্রসন্ননা কমলাকান্তবু য়েঙলগা হংলম্মী। ঐজ্ঞা-নিশা শিজিন্নবা মতম য়ৌদ্রিবরা?

কমলা—নিশাগীবু মতম হায়বা লৈত্রা, ইবেম্মা! "অজরামরবৎ প্রাজ্ঞঃ বিদ্যাং নেশাঞ্চ চিন্তয়েৎ।"

প্রসন্ন—অং বংকা ঙাইখো ঐগী হংলিবসিগী পাউখুম পীখো, অদুগী মতুংদা তৌরসি।

কমলা—সে শং শং হংঙু- শং শং হেক্তা খুন্নগে।

প্রসন্ন—অদুদি ষণ্ড়সি কনাগীনো?

কমলা—ষণ মী অহমগীনি। ষণ অহানবা মতমদা গুরুগীনি, চহি ময়াই চল্লকপদা নুপীশিংগীনি, অরোইবদা চাদা-নাওদাশিংগীনি। থৌরি থদংলবা মতমদা কনাগীসু নত্তে।

প্রসন্ন—হায়বদি ষণ অমুবীসি কনাগীনো?

কমলা—মাগী শঙ্গোম থক্লিবামীওই অদুগীনি।

প্রসন্ন—ষণ অসি ঐগী নত্রাও?

কমলা—ইবেম্মা নঙদি মাগী শঙ্গোম মরিক্ক অমত্তসু থক্লকখিদে, য়োম্দুনতা

লাক্লি- অসিমু নঙগী ষণ করম্না ওইরিবনো? ষণ অসি নঙগী ওইরবদি বেঙ্গল ব্যাংকতা লৈরিবা শেন পুন্নমকসু ঐগীনি। শে, ইবেম্মা.... ষণদু হরানবদা পীথোকপ্রো... লাইরবসু শঙ্গোম খরা চাদুনা হিংজসনু।

জজনা মখোয়গী ৱাহৈশিংদু তাবদা নুংঙাইতবা ফাওরম্মী। কোর্ট অদু ঙায়োনফমগুম পুমনিল নিপ্লে। মদুদা জজনা মখোয় অনীমকপু খামদোক্লগা, মশামক্লা ৱাহং হংবা হৌররকখি- "প্রসন্ননা ষণবী'সিগী শঙ্গোম য়োনপ্রা?"

কমলা—অহোয়, ঐগ্যা

—মাগী শঙ্গোম্দা ষণবীসি লৈব্রা?

—ষণবীসিসু লৈ, ঐসু মরক-মরক্তা লৈ।

—মহাক্লা পীজব্রা?

—ঐখোয় অনীমকপুসু পীজে।

ৱাকৎলিবীগী উকিল মদুদা হায়রকখি- "ঐগী থবক মহৈ য়াল্লে- ঐহাক মঙোম্দা অতৈ অমত্তা হংজররোয়।" অসি হায়রগা উকিল ফমথখি। মদুদগী, মায়োক্তা লেপ্লিবা উকিল হৌগৎলকখি। মাবু উবদা কমলাকান্তনা হংলকখি- 'অসোমবু কনা ওইরিব্রবনো?

উকিলনা খুন্নকই—ঐদি কেস অসিগী মায়োক্তা লেপ্লিবা বিবাদীগী উকিলনি- নঙবু ক্রোস তৌবা তাবনি।

কমলা—মী অমদি ক্রোস তৌপ্রবনি, হৌজিক অমুক অদোম্না করম্না মচা ইবুংঙো?

উকিল—মচা ইবুংঙো হায়বদি কনানো?

কমলা—মচা ইবুংঙো ফাওবা খঙদে? ত্রেতা যুগতা হান্ননা ক্রোস তৌপ্রবা নুংশিং নিংথৌগী মচা....। মথংদা মচা ইবুংঙোনা* ক্রোস তৌখি

উকিল—অদুগুম্বদু ঙাংবিরনু নহাক্লা ষণবীসি খঙঙি হায়রিবসি- করম্না খঙলিবনো?

কমলা—করিগুম্বদা মচিদা, করিগুম্বদা অমুবসিদা! উকিল খোঞ্জেল থোক্লা, অশাউবগা লোয়ননা টেবলদা মখুৎনা য়ৈদুনা হায়রকখি—নঙ ঙাওশিন্নবা তৌরনু- নঙ ষণবী অসি করম্না খঙলিবনো?

কমলা—মাগী অমো: খোঙবদা।

---

* অঙ্গদ

উকিল নীংবা কায়বগা লোয়নলনা "Hopeless" হায়রগা কমথখি- অতৈ ব্রাহং চথখিদ্রে। কমলাকান্তনা য়াম্না তপ্না হংলকই, "থৌরী থাদোক্লবদি করি তৌরবগে?"

উকিলনা অতৈ ব্রাহং চথদ্রবদা জজনা কমলাকান্তবু থাদোকপীখি। কমলাকান্ত ঙমজবী থাদুনা চেনখিরম্মী। ঐহাক থবক শুরা লোইশিল্লগা মপান্দা থোক্লকপদা কমলাকান্ত হিদাকফু পায়দুনা ফমদুনা লৈরম্মী। মীনা মাগী মায়গে মরিমক কোইশিন্দুনা লৈরি। প্রসন্নসু মফমদুদা লাকখিরম্মী। কমলাকান্তনা মঙোন্দা চৈবিরম্মী অমসুং হায়রম্মী—নঙগী মঙ্গলাগী খোম্মী পায়দুনা ব্রাশক্লি, নঙগী শঙ্গোম চফু পায়দুনা ব্রাশক্লি, নঙগী শঙ্গোম অফম্বা পন্দুনা ব্রাশক্লি। নঙনা হুরানবদা ষণবী হেক পীথোকখিদ্রবদি—খঙগনি!

ঐহাক্লা হংলম্মী—করিনো মহাশয়, কবিগী হুবানবদা ষণবী'দু পীগদৌবিবনো? কমলাকান্ত খুল্লকখি "থায়না মমাঙৈদা মহারাজ শেনজিৎতা ব্রাহ্মন অমনা হায়বম্মী— ইবুংঙো, ষণমপু অমসুং হুরানবা, মখোয় অনিগী মরক্তা ষণগী শঙ্গোম চারিবা অদুনা অশেঙবা মপুনি। অতোপ্পা অমনা মদুদা মীনুংশি ফোংদোরকপদি অয়েংপা পীবনি।*

হায়রিবা অসি ভীস্মদেব ব্রাহ্মনগী Hindu law নি। অদুগা হৌজিক্লা ইউবোপকী International Law নি। অথোইবা অমসুং চাউখৎপা পান্নবদি- মুন্দুনা চাগদবনি। ষণসু ওইসনু, পৃথিবীসু ওইসনু, হুরানবশিংনা মপু ওইবা ঙাক্তনি। সেকেন্দবদগী হৌদুনা রনজিৎ সিংহ ফাওবা হুরানবা ঙাক্তনি। অশেঙবা খুদমনি। Right of Conquest হায়বা Right অমা লৈরবদি Right of theft হায়বা Right অমা লৈফম থোক্তবরা? অদুনা—হে প্রসন্ন কৌবী গোৱালা চনু, নঙ আইনগী চৎনবী মতুং ইন্না নথৌদাং পাঙথোকউ। হৌপ্রবা ইতিহাসকী চৎনরোল ঙাক্তুনা চৎলু। হুরানবদা ষণদু পীথোকপ্রো।"

অসি [illegible] কমলাকান্ত মফম অদুদগী য়াম্না শাউনা চৎখিরম্মী।

লোইরবা-



* শান্তিপর্ব, [illegible] অজক



মথংগী ফোঙলক্কদবা লাইরিকশিংঃ-

১। স্বর্গগী অরোয়বা থাক - কৃষন চন্দর

২। লন্দনগী মচু তরেৎ- কৃষন চন্দর

৩। মিস নৈনিতাল- কৃষন চন্দর

৪। চিতা বহ্নি মান- ফালগুনী মুখোপাধ্যায়

৫। থওদ্রিবা কম্লাবু- শংকর

৬। অশিবনা হল্লকপা